# যংলেম পেচিময়ুম

# তাইতোম্বী



**TAITOMBI**, (a collection of sixteen short stories)

by Manglem Pechimayum





***Price : Rs. 80/-***

S Hemant
Published on behalf of the
**Eikhoigi Panthung** Group of Publications

**Cover by** : Budhibanta Karta

**Printed at** . Panthung Computerised Printers
Keisamthong Laishom Leirak Machin Imphal

# ৱারোল খরা

ঙসিদগী চহি ৩০ বোম মমাংগী মতমদা থোকখিবা থৌদোক, ৱাথোক নিংশিংলুবদা থাজদবা মযাম অমা থেংনবসু যাওই। হৌখিবা চহিদুগী মতমদা ঐখোয় পুন্না চংমীদুনা মতম অদুগী থৌদোকশিং অদু হন্না নিংশিংমীনশি। মংলেম পেচিমযুমগী ৱাবিমচাশিং অসি অযাম্বনা চহি ৩০ বোমগী মমাংগী ওইবনা মতমসিগা চান্নবদি খবা ৱাৎকনি, অদুবু হৌজিক্কী মতমসিদা অসি গুম্বা ৱাবীমচাশিং অসিনা মমাংগী থৌদোক কযাবু নীংশিংহনবদা অচৌবা মতেং অমা পীগনি। ৱাবী মচাশিং অসিনা ঙাইহাক অৱা-পোত্থানবা অমদি মসিবু পাকবগা ৱাখল লৌশিং পীবা ঙম্লবদি ৱাবী মচা অসি পুথোকচবগী মতৈ যাল্লে হায়না খঞ্জে ।

মংলেম পেচিমযুম হৌখিবা চহি ৩০ বোম অসিদা পাউমীগী শিনফমদা লাকখিবা মীওইনি। হৌজিকসু পাউমীগী শিনফমদা লৈবি। মানা ইবা বাবী মচাশিং অসি 'ঐখোযগী পল্লুং' থাগী চেফোংদা মথং মনাও নাইনা ফোংখিবা ঙাক্লনি। ৱাবী মচাশিং অসি খোর্মজিল্লগা মপুং ফাবা লাইবিক অমা ওইনা পুথোক্ল বা মতম কযাদগী হোৎনজবকপনি। ঙসিদি মীযাম মমাংদা মপুং ফাবা লাইবিক অমা ওইনা খুদোল তমর্জবি।

'ঐখোযগী পল্লুং' চেফোংদা পবিং নাইনা চথখিবা বাবেংশিংদা লাইবিক ওইনা পুথোকখ্রবাশিংদি লৈখিদ্রবা নোংমাইথেম পহাবিনা ইবা 'এগী দাইবিদগী' শগোলশেম হেমন্তনা মাণপৃবিদা হন্দোকপা 'লেন্দ ওফ জেদ' 'খেংজোই চীংশংদা' তাযাববা লাইবিকাশং অসি মীযামদা ফংহঞ্জখ্রে।

বাবী মচাশিংগী ওইবা মংলেম পেচিমযুম্না ইবা ***তাইতোম্বী*** বাবী মচা তবাতকক্কী অপম্বা লাইবিক অসি মাবসুনা লাইবিক ওইনা ঐখোযগী পল্লুংনা পুথোকচাব।

ঐখোযগী পল্লুং

## মনুংগী লমায়দা

# মহৈ ফংবা

তা তোমাল যু থকপা মী ওইরবসু ময়ামগা মান্নদবা গুন অমদি লৈ । মানা লৌগে খনখ্রবা পোৎ অদু লৌদনা খক তোক্তে । শিথশন্নবা হৈখ্রবা কাকা মনিগী দুকানসি লৈকাইনা হাযনরিবনি পোৎ শোৎকে য়াদবদা । তাতোমালখক্তনি কাকা মনিদগী পোৎ শোৎপা ঙল্লিবা । মসিগীদমক মাবু লৈকাইনা ব্যবহার তৌবির্বান । নহারোলশিংনা করিগুম্বা থবক অমগী দবকার লৈবা পোৎ ৱায়বগী মহৈ মহৈ তল্লি হৈনদে হায়দুনা ইস্তোক ইন্সিন তৌনবকপদা তাতোমালবু হেক্তা থিবক্কনি । মযাম্না মায় চান্নদে হৈনদে হায়রিবা য়ুমদুদা তাতোমালবু থাজিনখ্রবা পোৎ পুরক্তনা খক থোরক্লোই।

ঙাংনবা ৱাখ্রবা মহাজন নিল্লোনি । মান য়াওদ্রবদি শেল পীথোকপগী ৱা লৈখিদ্রবা। মানা হেক ঙম্ববু অসুক শাথীখ্রবা মীসিদগী মান শুংয়াও য়াওদনা শেল পুবা ঙম্মী । যু নিরগা থক্তে । ইমুং মনুংদা নুপী অঙাংগা নিংঙাই শাংদানবা তৌদে । মসি মাগী প্রিন্সিপলনি, হোংবা য়াদ্রবা ।

নুমিত্তু তাতোমাল থবক হল্লকর্পানি । য়ুম চঙবা ফরক তারে, থোরক্লগা পীরবা হায়বদুনি খন্দুনা যু য়োনবা কালাগীদা চঙলুবনি । নুমিত্তু তাতোমালগী দাউ য়াদবা হায়গদ্রা মায়থীবা নুমিৎ হায়গদ্রা কালাদু যু ঙাউরগা লৈরম্বা নুমিৎ হেক থোকউরে। তাতোমালনা থোরক্লগা পীরগে গ্লাস অমতা চিংখিগে ফনা য়াম্না হায়বনি । কালানা চোইত্রং পাত্রং তৌদুনা হেক্তা পীদবনি । তাতোমাল শাউরে । শাথীখ্রবা কাকা মনিদগী পোৎ শোৎপা ঙল্লিবা মীনি । ঙসিদি কালানা ঙমখ্রে । মী খঙহনবা য়াবা পোৎ নত্তে খন ফৎ থোরক্লগা শাউনীংনা ময়ুমদা

প্রপ প্রপ চঙখি । ময়ুমদগী কুন চৎপী অমা পাযবগা অমুক তম্থোক থোবকই অদুগা কালাদা কুন চৎপীদু শৎ হুঞ্জিল্লি । কালাদু ঙাওবি ঙাওবি পৈশাদুদা হাইফেৎ যেংলগা গ্লাস অমা শৎ হৈবগা তাতোমালদা লানশিল্লি । অদুদগী মমীৎ উইকুম উইকুম মঙক্তা যাল্লিবা খাউদুদগী মঙা চৎপী অথুপ্পা অমগা তবা চৎপী অথুপ্পা অমগা লৌথোক্লগা তাতোমালদা পীন পীনা হায -

"ঙসিগীদি শাউবনু তাতোমাল থা নানা খব পেকখ্রে অদুননি । নহালখে অদুম পীবিদুনি ।"

"শাউদেদা -"

শোল্লপ খুম্লম্লগা মখা তাবমদনা থোবকই । শাউদে হাযজবদনি মথম্মোইনদি ইযা যানীংদ্রি । কাকা মনিগী দুকান্দা চঙলগা অথুপ্পা মঙা চৎপীদু শৎ হুঞ্জিল্লগা -

"চুরুট লুপা মঙাগী পীযু ।"

"ঙসিদি শাউনা উইদা !"

তাতোমাল খুমদে কাকা মনিনা পীবকপা চুরুটতু তাপ পাযবগা চৎলগে হাযদুনা মমায ফৎ লৈথোবকই । মদু উবদা কাকা মনিনা -

"পৈশা হন্দ্রিনহে, কবিনোনে মসিবো ? লুপা কযাগী থকচিল্লুবে ঙসিনা ?"

তাতোমাল ঙক্লপ্পা মমায লৈশিল্লগা কাকা মনিদা মুন্না যেংই হংলকই

"কৈদৌবা কাকা মনি ?"

"সে - সে শুবব্রা যেংউ । নঙবু ঙসিসি মওং অমা ইতৌ তৌইদা ।"

"কৈসু তৌদেদা - - - ঐনা পীখিবদুবু ?"

"নঙনা পীবিবদু চাম্ম চৎপীনিনে, অদু ফাওবা খঙদ্রব্রা ? অতোপ্পদা ওইববদি কমদৌনি নঙ ? যুদুদা থকঅনু হাযবসি যাদেনে নখোয । থোবাইমচাশিংসিদি ।"

মখা তাকুবা যাবা মতাং নত্তে হাযবা তাতোমাল খঙই হল্লকইবা অচোযবদু মশীং থীব- থীবদুনা অমম্বদুদা থোবকই । চৎনা - চৎনা খল্লি - চাম্ম চৎপী! নত্তে ঙসাই কালানা হল্লকপদুবু ! মান্নিদা মঙা চৎপীনিদা । অদুবু কাকা মনিগী মগুন মা মুন্না খঙই, মীঙোন্দা ঝুৎ তৌবা মীশক নত্তে । অদু ওইববদি কালানা যু ঙাওবদগী চাম্মা চৎপী অথুপ্পদু অমম্বদুদা মঙা চৎপী ওইনা উদুনা পীবক্লবা জাৎলা ? তাতোমালদু নিশাগা কাবকপগা কালাগী মওংদুদা

শাউনিংবগা পৈশাদু হাপচিল্লগা অমুক হন্না কালাগীদা চঙলগা পেন্ননবা থকতোক্লে । কমদৌই গ্লাস অমতা শোৎকে যাদবা খববদাব - মথম্মোযদা খঙ্ঞে ।

নোং ঙাল্লে । ঙবাংগী পৈশা অবেম্বদু পাযবদুনা মনীং খব হল্লুগে খন কালাগীদা হাইবং হাইবং চঙখি । থকপা যাবা থক্লে । অযুক্নি হেঞ্জিল্লুবা যাবা নত্তে খন্দুনা ফুক হৌগৎলগা হাইবং হাইবং থোবকপদা থোঙজিন মযাদা কুল্লিবা শিকুম নাকুম্বা হূইনাওদুগী মমৈদা হেক নেৎলুবনি । অদুদগীদি চৈনা ফংলবা হুইনাওদুনা থোক ওনশিল্লক্লগা মখোঙদা তাপ হেক্তা লাকপনি । তাতোমালদু যুগী নিশাগা পুমহল হল্লি । ইস হাযবগা মখোঙদু পাযবগা ফমথখি ।

নুংথিলদু মাগী নুপীনা কোযচেন চেন্দুনা হূইনা চিকপগী লাযেংবা মাইবদা পুদুনা যেংহল্লুই । হীদাক চাবগী লুপা ৪০ অযেংমল লুপা ২০ পুন্না ৬০ দি তিংখ্রে । তাতোমাল ফমুংদা লোংনা হিপ্লগা ব্রাখল খল্লি ।

"পুন্সিদা ঐ ঙসিদি অবানবা তৌখ্রেকো, কালাদা ঐনা মীনম্লেকো । মদুগী মহৈনি ঐনা ঙসি ফংলির্বসি । সিদবু মাগী হূইনা চিকপনি হাযদুনা মঙোন দা শাউকুব যাবিব্রা ?"

"তাতোমাল হো তাতোমাল, ইতৈমা - ।"

মপান্দা কৌবা অমা তাই । তাতোমাল ফিংলপ খুম্মী

"হা কনানো ?"

"ঐনি তাতোমাল কালানি ।" ইমুংদা চঙনা চঙনা কালানা খুম্মী । মখা তাবকই - "ঐগী হূইনাওদুনা চিকই হায ঐদি হৌজিক্তা তাবদা ঙার্যবি । কযা থীনা চিকপনো , মাইবদা যেংলুবব্রা ?"

"যাম্না থীনা চিকপা নত্তেদা । মমৈদা নেৎলুবদুদা খংদুনা হেক চিক্লকপজাৎনি। যেংউবে, যেংউবে ।"

"শাউনুকো তাতোমাল সে হীদাক লাংথক লৈনৌ । ঐসু যাম্না নুংঙাইত্রে।"

"এ : কবিগী পৈশানো, ঐ লৌবোই কালা যাম্না থীনা শোকপসু নত্তে । ঐ কৈসু খন্দে, শাবুক ঙাবুকপু তম্বা ঙম্ব্রা ?"

তাতোমালনা পৈশা লৌ হাযবা মযাদ্রবদুদদি কালাদু নুংঙাইতা নুংঙাইতনা

চৎখ্রে । কালানা নুংশুক নুংজাননা চৎখিবদু তাতোমাল মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

মতম খর হৌখ্রে । মাইবনা হায়রকপা মতুং ইন্না তাতোমাল য়ু থক্লক্কবা থা ৫ /৬ ফারক্লে । ফাখিবা ইশৈ ঙংনীংলকই হায়বদুনি । ঙসিদি তাতোমালদু য়ু খংথক হেক থক্লীংলকই । অসুক কুইনা হেল্লক্লবু থকপা য়ারম্লনিদা । য়াম্না থকপীদ্রগা লোইরে খন্দুনা কালাগীদা নুমিদাং ব্রাইরমদা থোঙ নম্লুই । থোঙ হেক হাংবগা মনুংদা চঙলুবু মী ফনা য়াম্না ফম্লম্মী । কালাদু সুম য়েংবদা মমীৎ মনাদু মওং অমা ইতৌ তৌই । তাতোমাল খল্লি - মাগীসি য়ু ঙাওবা মাম্দেসে । নম্বর ফোররা গুলিরা কৈনো অমদি চারম তারে । মশাদু ইতাউ তাউই । মমায় মমীৎ মুন্না য়েংলগা ফুরিৎ খাউদগী ৫০ চৎপী অমা লৌথোক্লগা -

“সে কালা পৌব্রা অমতা পীরকউ ।”

“য়ানি তাতোমাল ঙাইহাক্তং ফম্বীয়ু ।”

মনুংদা চঙখ্রগা পৌব্রা অমা পীরৈ । তাতোমালদু ঙাইহাক ফম্লগা পৌব্রাদুমা লোইশিন্নবা হোৎনৈ । ময়ামদু মানা মানা থোকপা থকপগা চাবগা ব্রারীদা নঙথনরি । থকপা লোইব্রদুনা তাতোমাল হৌগৎ হৌগৎনা হায়রকই -

“কদাই লুপা ৪০ হল্লোদনা কালা ।”

“ঙসাইনা হল্লম্লবদুদি ।”

“এ কদাইদা ?”

“পোৎ পীবদা হল্লম্বদু কাউরব্রা তাতোমাল ? ”

“হন্দ্রি কালা, নঙ পৈশা হন্দ্রিকো ।”

“হনখ্রে তাতোমাল ফুরিৎ খাউদা য়াওব্রা য়েংউ ।”

“হন্দ্রি হায়বনি নঙবু কালা । ঐনবু নঙোন্দা ওইদবা ঙাংগদ্রা ? করিনোনে মসিবো ।”

“ঐ কাউদ্রি তাতোমাল, হনখ্রে ।”

“ফরে অদু ওইরবদি পৈশা হনখ্রে হায়না ব্রাশকউ ।”

কালাদু ফ্রং শাউগৎলকই । মমীৎ মনা শংদোক্তুনা ব্রাশকই - হে সৈত্য অদু অদা তৌগে ঐ পৈশা হনখ্রে । তাতোমালসু হন্দে হেক্তা ব্রাশকই - হে সৈত্য ঐসু অদু অদা তৌগে পৈশা হন্দ্রি ।

“ফরে ফরে নঙ ব্রাশকখ্রবনিকো । নঙনা তৌবনা নঙনা ফংবা । ঐনা

তৌবনা ঐনা ফংবা খঙলেদনা। গুলি খব চাশিল্লগা মথোঙ মবম খঙদবা।"

"এ, অদুদি হাযনু তাতোমাল ।"

" হাযবে কৈদৌগে হাযবনো ?"

"হেবা অদুদি তৌবা তাবে।"

ফিভমদু যৌবক্লবদুদদি মযামদু ফুক ফুক হৌগৎনৈ । অমমম তাপ তাপ ফাবগা খামদোক্লে । তাতোমাল মৈহৌনা শাউই । মচিন্দা কবি কবিনো ঙাংলম্লগা ইমুংদগী মপান থোকখি । চৎনা চৎনা খল্লি- নোংমা মীনমখিবা,হূইনা চিকখিবা থৌদোক্তু । নোক্লিংলকই খল্লুবদা । লুপা চান্মদি তিংলেকো, পাঞ্জল মান্নবেদনা ।

১০।২।২০০৬

# ময়ায় লন্বী থবং

সৈত্য দাওসি যামনখিদ্রে হাযব্রানি । কনানবু মুন্দাদা তবুকলক নমথা নমথা থাববু মশক ফাওবা হেক উদেদা । তাতোম্বসি খাওবা ফাওবদি ওখাক হৈবজাৎনি সৈত্য। ঝঞ্জিদু মঙানি পুবা হেক সো তৌবা, মপু যোকপী হাযনা অমুক্তং নোংশাগী লাল্লাও লাউবল্লগা দক্তনি উপশিনখিবা । মদুদদি মুন্দাদা যাঙখৈ চৎপী অমা কিৎ হেক্তা নম্বনি । হাংদোবকপা মতমদদি ঙসাই উৎখিবা ঝঞ্জি মঙাদুমক পুবা হেক লোং লৈবম্বা । কবিনো তামুনালদি মমীৎ কুপখিদ্রেদনা । নাকচিদা কার্বাল্লিবা হুমাং মবীকশিংদু থাওথী তৈবা মখুৎ অদুনা অমুক্তং শৎ তৈথোকলুবগা তাতোম্বদা পৈদুনা অমুক্তং যেংলুববু তাতোম্বদু নোকফেৎহেক তৌই । মশাগী হৈশিংবদু থাগৎলদুনা হাযবকই -

"হৈদকো তোম্বা ! সে - সে হন্দক্তি ঝঞ্জি ৬ মক উৎকেকো।"

মাঙবা যাবা মাঙলেদনা । লোইবে ! পুমতেং । ঙসিদি যুম চঙবগী ব্রা লৈতে । দাওনিগী ব্রাদি তাতোম্বা পাই নাতৎপী ফাও হনবীজাৎ নত্তে, শাথীখ্রবা ।

"মাঙগে তোংগে শান্নর্বনি, কবিগী দাওনি নব্রা লৌদে " সিদসুম লোইবে।

তামুনান্দি হনবা লৈতে । তাতোম্বগী নাকন্দা পাকথবগা উপলিবা কৌতা খুৎউপতু মুন্না যেংই । অনি অহুম্লক য়েংলুবগা মখুৎতা পাযরিবা শেল চবুক দুদগী কুন চৎপী অঙাংবা ফজখ্রবা অমা শৎলগা মুন্দাদা শেৎ,

"হেবা মুনালদবো ফাওদ্রি ফাও থাগদবনি "

কনানবু তমলুবা পাওনো খঙদে, তা মুনালখোয় ইতৈমদু মনীংশা ফি, ফি কান্নদুনা চেল্লকই । মরেংবান্দা য়াল্লিবা খুদৈ মতেক্কু লৈবাক্তা শোরো শোরো হেক চিংলদুনা, পালাগী দোহারদা খুদৈ থাবা কয়াদি মাল্লে । য়ৌবু য়ৌরক্তি, ওথোরকপা ব্যবহারদুদা রাগাও য়েংলম্বশিং লুখম খোৎতুনা খাঙনৈ । তামুনাল ইহা হেক হাদনা ঃ-

"হেরা নুংঙাইখিদ্রেদা মসে, চঙও চঙও, চঙওকো । মীয়াম মমাঙসিদা ঐ ৱা য়াম্না ঙাংনীংদে ।"

তৌবগীদি ইতৈমনা ৱাজরিবদু মরম চায় । পৈশাদু মীনা রিক্সোগী শেল থীবীখো হায়না শিন্নরম্বনি । মাঙখ্রগা ইতৈমদা ভাগদৌবা দষা অদুগীনি ইতৈমনা রাগাও মফমদা সিংহানাদ লাউরম্লিবদু ঐগীবুদি থোইদোক্ত্রে, পংযাম য়াম্বসু নত্তে । তামুনালদি কয়া মাঙলিদৌনো খঙদে, মখুত্তা পায়রিবা শেলদু মশীং ফনা য়াম্না ৱাৎলে । অঙাংবা অশংবা মচু শুরক্ত্রে । জ্বার পামখ্রবা তামুনালনি । মখোঙ অমা বাৎলিদং হায়রুবদা দুকান থোঙ হেক্তা লোল্লিবনি । নিংশানা থিগল্লিদি, মাগী মতৌদুদা মীনা চে লোয়বে হায়বা হেক্তা খঙই । চে চেকশীনবগী ৱাদি, দুবি অমবু চঙখ্রবদি চে উবা ফংবগী ৱা লৈত্রে । মানা হেক শাউনীংবসি মাগা মাইনম তাবগী বাউন্দুদা বন্দ লাউরকপসি ওইরে। মসিদদি তামুনাল মনা পায়বা য়াদ্রে ।

"এ তোকসি, নাতে চাদবা । মীনা মাইনস তারগবু । ঙস্মোই শান্নবা নখোয নরকসিদা । করিগীনো ক্লাক সাহেব পীরমক্তদা থম্বাল সাহেব অমুক পীশিল্লিবু ? সিবু ফাগিরাও" মানা হেক খোইদৌ শীকপী হাযদুদা ভাবক্লা চগৎ চগৎ তৌবসিনি । থংনবদুনা হংই -

"কবিনো খুল্লিদো তামুনাল ?"

" থাম্বাল নো"

ইতপ তপ্না খুম্মী ।

"থম্বাল নো নি ইবুংঙো"

"করিনো ঙসাইসু থম্বাল নো নি মহায় হৌজিকসু থম্বাল নো নি মহায় ।"

"করিনো ইবুংঙো শান্নববু মীঙোন্দা হং- হংদুনা শান্নগদ্রা? নমীৎ পান্দ্রাও ? নঙগী চেদুদা সুম য়েং লৈরিদুবু নত্তে, ফোটো যাওব্রাও চেদুদা ?"

ৱং শাওগৎলকই । নহাদু তুমিন লৈখি । তশেংনা মান্নকুবা তনবনি । বোৎ ৱাৎকেকা হায়রুরবদি লোইরে তামুনাল ।

"নখোয় শান্নবা লাকপা নত্তে লাক্কে লাকপনি । মতুং মনাও লাইয়ুম তিন্নগুমসি ।"

বোং শিকি অমা শোংপিবা মুনাল নত্তে। জ্বারগী জাৎ শুরে, খুনু তুনবদনি য়াওদ্রিবা । ব্রাখল অমদা উংলুরিঙৈ খোঞ্জেল অমা তারকই । তামুনালখোয় ইতৈমনি, হৌজিকফাও চৎলমদ্রি ।

"ঙসিনে সরকসিদা ঐবু ফত্তে হায়নুকো "

"মসি ব্রা য়াম্না ঙাংখ্রেদা । নুপীনা চগৎ চগৎ তৌবা য়াবা মুনাল নত্তে , খঙলেদনা চৎখ্রো চৎলো । থোমজিল্লক্কুনা নচুবাদো শোয়দনা কায়বা তারে। দাওনা দাও য়াদবনে - নত্তে চঙখ্রো হায়রমক্তদা হৌজিকফাও চঙলমদ্রিসিবু করিগীনো হা ? হৌরিব্রা নঙ, বদমাস"

ফুক হৌগৎলকই । মতুংদা লেপ্লম্বা তাবীরেন্না ফারগা খাম্মী । ঙাংবদি লেপ্তে । মদুদদা ইতৈমদু তুমিন চঙখ্রিবনি । মীগী ব্রাদি পিক্তকপা বাসোপ অমগী মী অদুমক তিল্লে । শিকি অনা থানরম্বা ঙম্নমক ভাবক ওইখি । তাতোম্বদু লোইশিননিংলবা জাৎনি । অদুবু পাক হেক তোক্লসি হায়বা ঙমদ্রে । জ্বারদা শেলবু মাঙলবা তামুনাল হিংচাবনি । রাগাওদি কয়াবু খোয়দাদে, মরমসু কয়া খঙবা নত্তে। মানা হেক হৈনবসি ক্লাস, দুরি, শাৎপাতিনি । ক্লাসকী চেদা খজিক্তংবু দাক লৈরবা লোইরে শাউবগী জাৎতা । নোংমা অব্রাং লৈকায় তাদ বীহারিখোয় শঙ্গোইদা ক্লাস শান্নবদা যেন্সিন একাদু খজিক্তনি দাক লৈবা । তৌববুদি হেদ ক্লাক মনিহারনা খুজিন্না খজিক নমলুরবজাৎনি । মদুদা তামুনালনা থীথরকপা শ্লোক ময়ামদুদি কনাগী ঐগ্যা বীসমভরনা যগ্যগী হোম তৌবদা থীবা শ্লোক্তু মঙাই । হেদ ক্লাক মনিহার মমায়দু অতরগুলাপ অঙাংবমুক ঙাংবনি । "তৌনুনে ইবো ঐখোয় চহী ৩০ হেন্না ক্লাস শান্নদুনা লাক্লবনিনে । লোয়না খঙবজাৎনি । গেম স্পিববিৎ লৈনা শান্নবা তম্মো । শেল মুনগে হায়রিব্রাও? অদুগী শরুকপুদি ইফ ফজনা তামুনালগী পৈশাদু পীরম্লো হায়য়ো । হে সৈত্য পীরোইদবা মুনাল নত্তে, । খঙলেদনা । অদুক গপ লৈতনা শান্নবা হৌনব্রাও ? নিপা মচা নত্রাও ? চেদা খুজিন্না শিকপকাইদুদি য়াম্না পাংদবৈ ব্রানি ভাব তারেদনা ?"

ঐগী শেল মাঙবগা পুমকাউ কাউই তামুনালগী মতৌদুদা হান্নগা খর মুবনে শেল মাঙবগী পৈশানে,মায়থোঙদু শুরুপ ওম্থোক্লা থীরে । মাবু খাম্বীদৌ লৈতে মমাঙ খুনৌদা । খুনৌ মুনাল, দুরী মুনাল হায়রগা লোইরে।

মাগী ব্রার্কসোপ মচা অমখক লৈরিবদু থোঙ লোনবদা মমিং চৎলি । মাগীদা গাড়ি শেমগে হায়রবদি থা মখায় অমা কেজ্যুল লীভ লৌদবা য়াদে। খুখাদি নিপানি তামুনাল, ওস্থোক্লা বীৎ লৈখ্রবা । মাগী এক্তিংদা ভাবক ফাওবা মিহুন ফ্রং ফ্রং চোংলিবনি । মখুত্তা চপ্লিবা মস্তু বিডি মতেক্কু অমুক্তং পেদ্রেক লাউনা চিংলুরগা তাতোম্বদা হংই-

"কয়াফাও চানি তোম্বা ?"

"লিমিং লৈজদে তামুনাল ।"

"ফরে চুমখাও তৌ, ৯০০ দি শুরেদনা নঙনা লৌরিসে ? চনি খক্তা ঙাইরে । থাগে পুল্লপ, হেরা মুনালদবো ।"

"তৌবীনুদা তামুনাল " তাতোম্বনা শোল্লপ হায়রকই, খর থারবদি ওক্লেদা ।"

"এ য়ারোই । ঐনা হায়বিবসিনি, শুংয়া য়ারোই । চনিমক পুল্লপ চাগদবনি । হেবা, ঐ মুনালনিনে তোম্বা, খুনৌ মুনাল । চুমখাও তৌ নখোযগী খুবাক থাবীসিনদি য়াররোই ।"

"তাতোম্বা " মী যেংলিবা নহাদুনা "মী অনৌবা খরা উইকো । লোইশিনবদি ফরজাৎনি "

"ফজনা যেংউ, নমীৎ ননা শীংউ কন্নাগী গাড়িনো অমা হাইঙ্গৎলকইদো ?"

"দিনোগী গাড়িনি । গাডি অমদি লাপ্লা থাবা উইকো তাতোম্বা।"

"হৈ মুন্না য়েংউ শোয়নিকো । সে, তামুনাল খরা থুসি - "

"সে- সে চনিমক মুন্দাদা । শেরা ফাওদব্রা য়েংগে হৌজিক ।"

মাদি মিহুনবু চোংলমদৌ মান্দে, ভাবকশিংদি মিহুন চেনগুম চেনগানরে । তাতোম্বা অমুক্তং কৌতাদু মকোক মতোন য়ৌনা থাঙ্গৎলগা ফদ্রাক ফদ্রাক নিকখায়রগা দুপ লাউনা উপশিল্লি । মখুৎ অনিদুনা কৌতাদু শৎ- শৎ লৈরগা

" মপু য়োকপী । ময়ায় লম্বী মপুগী । সপ শীংগল । ময়ায় লম্বী কাতেবী । ময়ায় লম্বী থবৎ - "

অকনবা নোংশাগী লাল্লাউ অমত্তং লাউরম্লগা কৌতাদু শৎ হাংদোকপবু, হাই হাই মুন্দাবু তরুকমক হেক লোংদুনা লৈরম্বা । কয়াদি ফজরে, নিংথৌগী লুহুপ্তো । তাতোম্বা ব্রা ঙাংদে, লোংলিবা মুন্দা তরুক অদুদা শংত্রিক য়েংই । তামুনান্দি ফন চোংখৎলি । হরাওমনখিদুনা লোংদুনা লৈরিবা মুন্দা তরুক্কু লায়ুম মথক্তা উপথরগা মচিন্না অমুক্তং চুরুপ চুরুপ চুপ্লবু । পাক হৌগৎলক্তে,

ফনা কুইনা চুপ্পী মুন্দা তকক্কু । মকোক হাইগৎলগে হেক তৌবগী অদুদা কনানো অমনা লুশমদা কীৎ নম্লকই । তামুনানদু স্বায লাউবজাৎনি । মমীৎ অনিদুনা চেপযেং যেংলকপু পুলিস ওইবম্বদুদা নুংশুক নুংজাননা হৌগৎলকই । পুলিস লাক্লে খঙবদগী কনাগী ভাবক, তাতোম্বা, শেল তম্বা কেশো কাযদুনা চেন্নখিবনি । লাযুম মথক্তা তুদুনা লৈহৌবিবা তামুনাল মতোমতনি চেলহৌদবা ।

নুমিৎ অদুদাতামুনালনা থনাগী গাডিদা কাখিবা ফিভম, ওইখ্রিবা শকফম ঐ ঙসিফাও কাউদ্রি । মাগী চহী ৩০ গী স্বাব এক্সপিবিযেন্সতা নুমিত্তুমুক থম্মোয শোকপা থেংনবক্লিদ্রা, মদুমদি খঙদ্রে ।

১।৩।৮১

# চাক্কৌবা

অয়ুক্কী পুং ৯ মুক্তি তারম্বা য়ারে । ঙরাং লোইশিনবা ঙমহৌদ্রবা কাঙখলদু লোইশিল্লগে হায়দুনা য়েত্তুমদা লং লেংবদা মঙায়রি । নুপীগী খোঞ্জেল অমা তারকই -

"পাবুং যাইমা ।"

কনাবু ওইবিদৌনো খন্দুনা ঙক্লপ য়েংখৎলুবু শকখঙদবী মৌ নহা অমখক অঙাং নুপা মচা অমা মখুৎনা শল্লদুনা নাকল ওইরপ লেপ্লম্মী । ঐগী চঙক্লবা ইতৌদু উবদা ভাব তারমাল্লে, মখা তারকই -

"ঐবু খঙদ্রব্রা পাবুং য়াইমা?"

"ভাব অমা তাদ্রেনহে ঐবো । কনানোনে ইবেম্মা নঙবো?"

"ঐ নলিনিনে পাবুং য়াইমা ।"

"নলিনি" মুন্না খল্লুরগা ৱাখল অমা লাকপগুম " হায় ঙাইখো ঙাইখো "নত্তে নঙবু ঐখোয় তাম্মোচৌগী মচা নুপী নলিনিরনে ?"

"হোয় ...... মান্নি পাবুং য়াইমা ।"

"ইয়া,ইপাদি খঙলুদরেদনা । চহী মতম কয়া শাংলগেদো নঙনা চৎখিবদুদি চহী অমা খরা হেল্লকপা অদুৱাইদনি । অদুগী মতুং চহী১২ চঙলকপ কান্দা ইপাগী নাক্তা নোংমখক য়াওশং মৈ থাবা নুমিত্তা লাক্লম্মী । হৌজিক্তি নয়ুম নকৈ পান্দুনা নমীত্তা নচা উবা ফংলল্লে ।"

ভাব ইতা তাহৌদনা মীৎলুদগী পি মতুম ২ /৪ নাম্বরকই । মখা তারু ই "নমাদি কমদৌরি ? কল্লিব্রা?"

"লৈখিদ্রে ।"

"কয়া" ঐনা ঙক্লপ "কয়াম কুইরবা?"

"হাকুম ফিরোই শোনখিবনি ।"

"ও! নুংশিবনিদা ইতৈমহন্দো । শোরাৎ ফাওবা তাক্লখিদ্রেদনা। নমাদো মথম্মোয় শোকখ্রবনি ইবেম্মা । পুন্সিগী মরী তৎনরে, শিরফাওবা চঙনরোই ব্রাশকখি । মাগী ব্রাশক ঙাকখ্রেদনা । ফরে ফরে, করিগীনো ইচানা ইপাগী নাক্তা লাকপদি ? করি অব্রা অনা তাবা য়াওরে ?"

"পাবুং য়াইমা "

মখা তাবা ঙমদে, নুংহিক্লনা হাইফেৎ য়েংখৎলকই । মথম্মোয় নুংদা মীনা লাকচখিবগী মৈরী অমা ফুল্লি হায়বদি মায়থোঙদুনা তাক্লে ।

"অ : কৈদৌরবা হায়ুনে হায়ুনে ।"

"হন্দক্কী নিংঙোল চাক্কৌবসিদা ঐবুসু খব কৌবীয়ু হায়জগে লাকপনি পাবুং য়াইমা ।"

মসি হায়রগা মথম্মোয়দা ফুল্লিবা পেন্দবদু ফুদোক্তুনা হিক হিক কপথোবক্লে । ঐগী পুক্লিং থুক লাউখিব্রা - হাযফম খঙখিদে । ঐনা নাউথেম্বা ওইনা নোক্লদুনা -

"হে, হে অদুগী ওইরেকো । কৌরগা হেক লোইবেদনা করিগী কপ্লি ? অঙাওবীসিদি । কপকনু কপকনু ইপা লৈরিনা কবিগী ইচানা পিদোন্না হিংজরুনি ।"

"পাবুং য়াইমা ঐবু মীনা থীনাহায় - লক্লে, উশীৎ থওইবীদে । ইপুরোইবনফাওবা নপা জাৎ খঙদবগী মচানি হায়বী । পাবুং য়াইমা অসুক কুইবা মতম ইপানসু হন্না যেংবীদে। ঐনা করি লানখিবা লৈখ্রবগে পাবুং য়াই মাখোয়দা ? চুম্মী, ইমানদি লাল্লম্বা য়াই । ইমানা লানখি হায়দুনবু মচাবু হন্না য়েংদবা মপা য়াওরমগদ্রনে পাবুং য়াইমা ? লৈমিন্নরিবা মৌ খুদিং চহী খুদিংগী মপাম চাক্কৌবা চৎনৈ । ঐদি, ঐদি পাবুং য়াইমা - ইমাগী মবুং মৌপ্পা কনাসু লৈতে । ঐবু কনানা চাক কৌবীগনি ?"

মখা তাবা ঙমখিদ্রে । শুৎ- শুৎ তৌরদুনা মমীত্তগী মপি অরৎপা লৈতনা শীন্থ্রকই। ঐদি কমদৌখি ছিলাই মেছিন মথক্তা মঙলাক্লখি । মরুপ মপিজা কয়াগী মমাঙদা মহাক্লা ইকাই ফিরুক খুল্লমগদবা । চহী অমগী মনুংদা অমুক্তমক তাঙনা ফংজরবা নিংঙোল ওইবীশিংগী হরাও তয়াম্বা নুমিৎ অদুদা মহাক্লা

মথম্মোয় শোক্ল কপচরমগদবা । মপুরোইবনা পাউথংনদুনা ঙাংবীরমগদবা । ঙসি চহী ২৭ হৌখ্রে । অসুক কুইবা মতম মপা মতোন মশক খঙদনা মপুন্সি হিংলক্লবা । মমানা পিক্লা হুন্দোকপীরমদুনা মবেনগী মতমপাক্তা শারেপ কাঙদোং ফাজরক্লবী - ঙসিনা সমাজগী মীনোক খাঙবা ঙমদ্রদুনা মতোনগী খোঙ্গুল লীরক্লিবা । ওহ ! তায়বঙ পানবগী মিনুংশি, ধর্ম্ম, মচা ওইবগী নুংশিবা ঙম্নমক কদাইদা চৎখ্রবা ! ঐ- ঐবু ঙসিদমক মীৎকপ থোক্লিব্রা ? ফম্ন া ফম্না কুইখ্রবগী ৱারী অমা মমি শামি নিংশিংলকই- চহী ২৫ মুক্কী মমাঙদনি -

ঐ ওফিসতগী হল্লকপদা মঙায়রি । শুমাঙ ময়ায় য়ৌ রকপগী অদুদা ইমুংদা লাউনবগী খোঞ্জেল অমা তারকই । সাইকলদু য়েন্নখাদা ইনশিল্লম্লগা ইমুং তম্না প্রপ প্রপ চঙশিল্লুই-

“ঐনা হায়রিবসিনি, ঐ লোইনমক খঙই । ঐঙোন্দা কনা অমতনা ইন্টরফিযর তৌবা য়ারোই ।”

“অদুবু নুপামচা” ইমানা মখোল তনিক তনিক “ইমানা হায়রিদনা, নঙ ইমাগীৱা তাবরোই হায়রিব্রা ?”

“ইমানা করি খঙবগে ? হা, ইমানা কবি খঙদুনা ঙাংলিবনো? ঐ লোয়না খঙবজাৎনি, ঐঙোন্দা ৱা মখা তারক্কনু হায়রিবসিনি।”

“ঙাইখো,ঙাইখো ইমা ভাব তানা হায়গে”

“য়ারে ইমা ৱা মখা তারক্লনু । ঐঙোন্দা ৱা অমতা ঙাংবীরক্কনু । ঙসিদগী ঐ য়ুমসিদা খোঙ্গুল ফাওবা তারক্লোই । য়েংউদনা ঐনা তৌবা । ”

“নঙনা মদু হাযরগা হেক্তা য়াব্রনে ?” ইমানা খোল কল্লপ “নঙনা খঙলিবদু করিনো ? ইমাদা হায়ুদনা । করিগী নঙনা মফম মরাং খঙদনা পংঙাং ঙাংলিবনো ?”

“মখা য়াম্না তারেদনা ইমা । হায়দোরকউরা, হা ঃ হায়দোরকউরা ?”

“হায়ু হায়ু করিনো নঙনা খঙলিবা । নঙসু নুপামচানি, করিগী হায়দোকপা কিরিবনো ? ”

“নঙগী নমৌনুপীনা পোক্লিবা নশুনুপীসে ঐগী ইচা নত্তে খঙলব্রা ?”

“নঙগী নচা নত্রবদি কনাগী মচা-? হা কনাগী মচানো হায়বা ?”

“নচানিপা য়াইমগী মচা - ভাব তারব্রা, নচা য়াইমগী ।”

“বিষ্ণু বিষ্ণু, নুপামচা !”

স্বায় লাউই। খোঙদগী কোক ফাওবা তু খ্যাও চুংখি। থাংজিনগে তৌরুবা খোঙথাং চপ লেপখি। শাউনীংবগী মৈরী মকা ফোংনা চাকখৎলকই। খোঞ্জেল কল্লপ ঐনা

"তাম্মোচৌ - "

"হে করিগীনো অদুক কন্না লাউরিবা ? ঐসি কনানি হায়না খল্লি ? মরুম্বা বদমাস - "

"তাম্মোচৌ"

নাতোন নাকচিদা কারক্লিবা হুমাং মরিকশিংদু শৎ নাম্হোক্লগা " করিনো তাম্মোচৌনা হায়বীরিসিবু ?"

"ব্রা মখা তাগনু। ঙসিদগী নহাক ঐগী ইনাও নত্রবনি। নমাগুম্বা নতৈমদফাওবা মরুম্বা ঙম্বা নহাক ঐগী ইনাও নত্তে, খঙলেদনা ?"

কনানা কবি ভাব তাবা ঙমখিদে। মাঙ্গোল কাচিন্দা ঙারিবা য়েপ্পুদু তাপ পায়রগা -

"তাম্মোচৌ "

"য়াইমা" ইমানা পাখৎলপ "ইমাগী ইবুংঙো য়াইমা মাঙলে মাঙলে, ইমাগী ব্রা তাখোনে নঙবো।"

"থাদোকউ ইমা, ঐবু ফাগনু। বদমাসসি মথ্বায় লৌথোক্কে। ফাগনু থাদোক- ও, করিগীনো ঐবু ফারিবা ?"

"তপথখো য়াইমা, নয়াম্বনা পংঙাঙ ঙাঙবনি করিগী শাউবিবনো?"

"করিগী পংঙাঙ ঙাঙবা। ইমানা শৌগৎ শৌগত্তুনা নাও চাওহল্লিবা নত্রা ? মানা ঙাঙলিবসিবু মীরোল্লা ? থিলহৌ কয়া য়াল্লে মানা ইতৈমগা ঐগবু বদনাম তৌরিবা ? মথ্বায় লৌথোক্কদবনি মা - মীওইবগী ব্রাখল চেন্দবা জঙ্গলদা লৈগদবা শা।"

"মরীল ফরেদা মীশিংসে। লাউ লাউ নরীল কয়াম লৈরবগে য়েংগে।"

"তাম্মোচৌনা করিবু খঙলবগে ? করি প্রমাণ লৈরবগে ? ঙসিগী নুমিত্তা চপ- চাবা প্রমাণ পীদ্রবদি অঙম অঙম হাৎনগনি।"

"য়াইমা" ইমানা খোল কল্লপ "য়াইমা মতোইনরা নঙ ? ঐনা হায়বা ইল্লরোই হায়ব্রা ?"

"ইমা ঐনা হায়রিবসিনি, মখোয় মতে মনাওনা য়ুমসিদা লৈতবা অমাঐনা লৈতবা অমা। হৌজিকমক ইমানা অতাবী অমা খঙহনগদবনি।"

"চৎপা তারবসু করিগী নতোমতা চৎকনি ? ইমা য়াওনা চৎকদবনি। তৌবতবু অশেংবা মরম অমদি খঙতোক্লবা তাই। নমা ঐবু য়েংদুনা অশেংবতা হায়গদবনি অদুগা নুপামচা নঙসু নমীৎমক্লা হেক উরুব্রা নত্রগা কনানা হায়বনো ?"

"কনানা হায়বা হায়দবা ঐ লোইনা খঙই ইমা। মানা কোয়রিবনি হায়দুনা চহী ৫ চুপ্পা পান্নরম্লবনি। মহাক মদুগী মহাও কাউবা ঙম্বা নত্তে। মখোয় অনীগী লীচৎ শাজৎ ঐনা করিগী খঙলোই। নত্তে, ঐবু অপঙব্রনে ইমানা হায়রিসিবো ? মাগী মচা নত্তনা কনাগী মচা ওইগনি ?"

"অদুবু মীনা তারগা ফজবা ৱারনে ? লাইরিক লাইশুদি ফন য়াম্না হৈবে হায়ববু জ্ঞানদি অমতা য়াওদ্রেনা। ননাও নুপাগী করি মরালনো ? পাখং লৈশা ওইবিঙৈদা মবী লৈনরম্মী হায়দুনবু মমাগুম্লবা মতৈমদবু নত্তবা লীচৎ চৎকদ্রনে ? নমীৎমক্লা উবসু নত্তবা মীনা হায়রগা হেক্তা থাজগদ্রা ? নঙগুম্বা জ্ঞান তাদবা ননাওনুপা নত্তেনে খঙলব্রা ? অমসু মনাও নুপা ওইবগী ব্যবহার কায়দ্রি, অমসু মতৈমা ওইবগী ইকাই খুম্নমা লোয়নরি। য়ুমদা লৈবা ঐনা খঙদনা কনানা খঙগদৌবিবনো ? থৱায় মাঙনবা য়াবা ৱাবু করিগী পংঙাঙ ঙাঙলি ?"

"ইমা তাম্মোচৌনা ঙাঙলিবা ৱাঙাঙ শাঙাঙ ঐ য়াম্না পেন্দে। ঐ ঙসিমক য়ুম থাদোক্তুনা চৎকনি। ঐগী ইতুং ইনগে হায়ব্রা, তাম্মোচৌগী নাক্তা লৈহৌগে হায়ব্রা ইমানা অপাম্বা খল্লু।"

অদুম্মক থোরক্লে। ইমানা করি করিনো কপ্ল কপ্লদুনা ঙাঙহৌই, থওইনা তাবমদ্রে। মতম অমদা মহাক ঐগা মবী লৈনরম্মী। লৈনরম্মী কৈদৌনি ঙসিদি মদুগী মনম ফাওবা হকচাংগী করিগুম্বা মফম অমতদসু পকহৌদ্রে। ঐগা মরী লৈনৈ খঙদবদগী ইমানা মহাকপু তাম্মোচৌগীদমক হায়রগা লুহোংখি। ঙসিদি মহাক ঐগী ইমা শকপী ইতৈমা ওইররে। মতম অমদা হৈনবা পোকখিদ্রবসু কনা নত্ত্রে খল্লুঙৈ মাবু ইমামক্লি খনবা তাখি। তাম্মোচৌ হান্না খঙলমদ্রবসু থা খরগী মতুংদা খঙলকখি। চিংনবা মীৎযেং অমনা মা- ঐগী মরক্তা খনখি। ঐবু লুনা তৌরম্বা, নোংমগী খুৎশুমলনা ঐবু মহে তমহল্লকখিবা মনাওবু সরকারগী কর্ম্মচারি অমা ওইনবা হোৎনবদা ইকাই ইকি থাদোকখ্রবা তাম্মোচৌ ঐবু য়েক্লবনি খল্লকখি।

করিবুদি তৌবা ঙমলুগনি ঐনা, য়ুম থাদোকপা তাখি। থাসু থাদোরকখি।

ঐগী নুংশিরবী ইমা,ফনমক ফত্রবসু বিথীনা থওইবীদ্রবা লায়রবা তাম্মোচৌবু থাদোকপা তাখি। ঐনা য়ুম থাদোরক্লবা থা ৩/৪ লৈরগা তাম্মোচৌগী অওং অনৈ খাঙবা ঙমদ্রদুনা চহী অমা খরদা হেল্লিবী মচানুপীদু পুরগা ইতৈমহন মপাম খোঙদাখি। পাউ ওইনা তাবদগী হেন্না ঐহাক কৈসু তৌবা ঙমখিদ্রে। মতমদুদগী হৌনা য়ুমগী মহাও কোকখ্রে। মতম খর লৈরগা ইতৈমহল মচা অপিখক অদুবু হুন্দোক্লম্লগা ময়ুম পানখ্রে হায়বা তাখি।

"পাবুং য়াইমা।"

জ্ঞান খংতা তাবকই। হিক হিক কপ্লদুনা নলিনি নাকন্দা থাবিবা ফাঙ্সাংদুদা ফম্লম্মী।

"হা ঃ কৈদৌবা ?"

"ঐ চৎখ্রগে।"

"ঙাইখো ঙাইখো ইপা ব্রাখল অমা খল্লুবে। য়ুমদা লাক্লবদি নংে দামচাখোযসু উন্নগদবনিদো। ইপাসু পেন্সন ফংবা চহী ১/২ ফাবে। অদুদা মতম লেনবা ওইনা কাঙখল তুদুনা লৈববনি। অসুক কুইবসে নপাবু শাউনীংবদগী কনানা কনা খল্লুবা ঙমখিদ্রে। নুংঙাইতবা তৌগনু ইচাসিদি ইপানা নঙবু শোযদনা চাক কৌগনিকো। অসুক কুইবসে ইপানা নঙবু থিবক্তে হাযদুনা ব্রারৌবা তৌগনুকো। মতম হেক যৌবকপগা ইপানা পাউ হায়বক্কনি। সে, সে সিননে অঙাংগী কবি কবিনো খব লৈবীখোসে।"

লুপা চাম্ম চৎপী অমা পুথোক্কুনা পী লৌ হায়বা যাদে। ঐনা নমদুনা অঙাংদুদা পায়হল্লে। মাবু চাক্কৌবীগনি হাযবদুদা মানা কযাদা হবাওজখিবা। কপ্লুবগী পোমখৎলবা মমীৎ অদুদা পেঞ্জবগী মিনোক অমা নোক্লদুনা চৎখ্রিবী মাবু য়েংলদুনা ব্রাখল লীশাং থাহৌই।

৬।২।৮০

# য়োংলি

"হায়রিবসিনি ঐগীদি, চোংথোরকউ কনানো মবীল লৈবা। ঙম্লগা উসি লৌরলাও।"

ফনা ঙম্লি । অৱাং মায়কৈরোমদা য়া- য়া লাংনরকপা তাই। অৱাংলোমগী খুবা ইবোচানা মশীংখা পুথোক্তুনা লাউখিবদু কনাদা ওইরিদৌনো খঙদে । ইবেতোম্বীদু প্রপ- প্রপ চঙশিল্লক্লগা খোঙ্সিদা হায়রে

*" মখোয় বাবা য়াওবীরুনুকো। শিনদৌরি জাংনি মখোয়সি ।*

*" হা ! কৈদৌরবা ?" ঐনা ঙক্লপ*

*"কৈদৌনরবগে হায়বা ?"*

*"তৌরিসিনি, ঙরাংদৈ লোয়দ্রিবনি ।"*

*"ঙরাংদগী ? খুরাইচা নত্রা লাউবিবসে ?"*

*"হোয় হোয় । বাজেনহোয় মচিন- মনাওনা মমাঙ ইঙ্খোলদগী উ- পাম্বী অমা য়াল্লুবৈ হাংনদৌরে মখোয় মশেল । মহোয় বাবা য়াওবীরু য়াদেকো ।"*

*" করিনোহে মসিমা । খামদোকপদি য়াইদনা। লৈকায় খংনরগা যেং লৈগদ্রা ? করিনো মসিবো ?"*

*" মখোয় মচিন মনাওশিংসে ঐদি হৈনদেকো । উবীরেদনা উ মচা অমৈ হাংনদৌরিসে ।"*

*" করিগী য়াল্লুরিবা মখোয়দি, ময়ামগী অপুম্বা পোংপু ?"*

*"হো শীং লৈতে হায়দুনা য়াল্লুবে হায়য়ে ।"*

মপানগী ইরাং কনখৎলকপা তাবদগী মখা তারমদনা থোরক্লে । লোইরম্লে অমুক্তোইবা থাঙ, য়োৎখোক, চৈতুপকী জগোই হৌনরম্লে । খুরাইচাগী মচা নিপাদুনা নাপি হায়নবা থাঙ অমা পায়রদুনা

*"মাঙইবা ময়ামসি নখোয়না শীংগদবনি । নত্রবদি - "*

*"নত্রবদি কৈদৌগে হায়রিনো ? শোয়খ্রে হায়রেদনা । নখোয় হঙ্গাম কোবী খরদু কয়া পীবনো ?"*

*"শোয়খ্রে হায়রগা হেক্তা য়াগদ্রা ? ঐসু নঙোন্দা থাঙনা য়াল্লগা শোয়খ্রে হায়রগে য়াগদ্রাও ?"*

*"ব্রা ঙাংবদা কা হেনগনুকো । নরীল ফবা শারদুনা অরেম্বদা শোইনাইদুনা তোকচনি ।"*

*"লাউনে, নরীল লৈরগা য়েংনসে থোরকও ।"*

*অঙাং মশেল লাউনরম্বদগী খুরাইচাগী নুপী ইন্দোমচাদুসু ফৌয়ানশিল্লকই । মসিদা ওইরে খুরইচাগী মথৌনা হেল্লক্লিবা মমীৎ ঈ কানা থাঙ পায়দুনা মুক্লরিবা মচানিপাদা মথৌ অমুক হাপচিল্লি ।*

*"য়াল্লুনে, থাঙদুনা য়াল্লু হায়বনি নঙবো । ইপা লৈরিনে, য়াহুৎলো। মখোয়না কৈদৌ ঙমদৌরিনো ।"*

*"শিনা তারেমী তৌরিসিবু"*

মচেনা রাজেনবু মখ্বাংদা কোল্লদুনা

*"তোকও ইবুংঙো, মখোয়না ঙম্বা শকচরসনু ইচেনা হায়বা ইল্লু ইবুংঙো ।"*

*"ফাগনু ।"*

*মচেবু ফৎ কম্থোক্লগা*

*"ফাগনু থাদোকউসে মখোয় মপা মচাসিগা শিমিন্নখ্রগা লোইরে। "*

*মচিন মনাও অহুম চঙদুনা থাঙগা থাঙগা হোৎচিন্নরকপদুদদি য়েংলম্বা নিপাশিং শোয়দনা শিনবা তারে হায়দুনা অমমম তাপ তাপ কোনশিল্লগা থামদোক্লে । থামদোক্লে হায়দুনা হনবীবা নত্তে । খুরাইচানা সুমাঙদা ফল চোংথরগা*

*"নঙগুম্বা ঙাখানা কৈদৌ ঙমদোইনো ? অমুক্তা হায়ুনে । নরিল লৈরগা উ- সি লৌও য়েংগে, সে- রা ।"*

*"লৌগে হায়না য়াল্লিবনি । নথৌ করি লৈ ? নখোয়সু য়ান্নীংলগা য়াল্লুদনা।"*

*"নঙনা য়াম্নিংলে হায়দুনা হেক্তা য়ানবা য়াব্রা হায়বা ? ইঙ্খোলসিবু নখোয়তগীরাও ? ফরসু ফত্রবসু ঐ অহল অমনি, য়ানবা তারবসু ঐঙোন্দা হায়রগা য়ানগদবনি । ইঙ্খোলগী পোৎ- চৈ মাঙলিবা ময়ামসি উরেদনা ?"*

*"অদুবু ঐখোয়সু শোয়খ্রে হায়রেদনা খুরাদা। করিগীনো খুরানা অসুক শাউবীরিসিবু ? ইপা লৈত্রে হায়দুনা উশিত্তবা তৌবীগনু খুরা ।"*

*"এ, অদুদি হায়গনু নঙসু । " ইন্দোমচানা*

*"অসুক কুইবসি নখুরা অসিনা য়েংশিন্দুনা লাকপা নত্রা ? নখোয় নপাঙ্গল চাউরে , নচিন ননাও খুৎ লীংঙে হায়দুনা হেক্তা তৌবদি য়ারোই খঙলব্রা ? নখুরা অসিনা ঙাংলিবসি করি লৈগে হায়বদি খন্দনা নখুরাবু হেক্তমক থাঙনা য়ানগে তৌবদি করি নতীক লৈ ?"*

*"অদুই হায়রুরদি"*

ইনাওচানা মখুৎও মশাও

*"তাশেখোনসু ঐখোয় তায়াইবু হাৎকে তান্নবিদুনি । ইন্দোমচাসু পংঙাং ঙাংগনু । ইন্দোমচাখোইগী নচৎ- নতৌনা তৌবিবনি খঙউ ।"*

*"করি ?"*

শেখোনা তাপ ওক্লকই

*"ঐখোয়না করি তৌখ্রে ? ইমাদা অফাউবা শাদুনা পংঙাং ঙাংগনু । ঐনা মঙোন্দা হাৎকে হায়দুনা করম কান্দা তাল্লি ? "*

*"অওন অওন চাবা বদমাস ।"*

কদৌমদৈনো খঙহৌদে লীরবা উয়ুংনা শাবা শীংজংখোক্তুনা অনি অহুম্লক্তুং শেৎ-শেৎ মখোল ফনা ফজখি। ফনা ইচং থৌনা ঙাংলম্বনি অদুবু চৈফমদুদা মখুৎনা পায়রগা ফমথখি। য়েংলম্বা ময়াম গ্রুং হোৎচিন্নখি । মসি য়ৌরবসিদদি অহল অমা ওইনা ভাবক ওইরম্বা ইপন তোলেন তুমিন্না য়েংবা ঙম্লক্ত্রমাল্লে, খুরাইচাবু য়েংলদুনা -

*"সে,সে ঐ ব্রা হায়গে ইবোচা । নখোয়গী নতৌসিদি হাৎনদৌরি। কনানা লাল্লিবা, কনানা চুল্লিবা অমতসু খঙনদ্রে। মখোয় মচিন মনাও অসিনা শীং লৈত্রে, উসি কংসু কংলে য়ানসি হায়দুনা য়াল্লুরে । নহাক্রসু নঙোন্দা তাক্লমদে হায়না শাউরে। হোয় মখোয়সু শোয়খ্রে হায়রে । কৈসু লৈত্রেনা, হা ইবোচা ? য়াল্লিবা উ সি নখোয় ময়াম য়েন্নরো, লোয়রেনে ।*

*কৈদৌনদৌরিবনো নখোয় মশেল পংখৎ খৎনরগা ।"*

*"তাদ ঐ খর শাউনিংই । মখোয়বু নুংশিদবগী নত্তে । ঐঙোন্দা তাক্লমদবগীদমক শাউবনি । মাঙলিবা য়েন্সাং নাপি কচ্চা, মাগুজসনু ।"*

*"ইচাবু চৈফম লৈনা ফুর ফাওবা করিগী লেম্না তোক্কনি । তোকওই, লেম্না থারোই হায়রিবসিনি ।"*

মফেন ফেল্লম্লীবা ইন্দোমচাবু চৈহৎলদুনা ইপন তোলেন্না হায়রকই -

*"নখোয় নুপীনা চগৎ চগৎ ঙাংগনু খঙলেদনাঅহন ঐগী চিঙ্কা ব্রা ওক্কনু । নচাগী নচা ঙাক্লি খামজিনগেদি হায়দনা হাত্তোক্লহল্লগে হায়রিব্রা ? করিনো মসিবো ?"*

*"য়ারোই য়ারোই, লেম্না তোকওই ।"*

*" ইয়া করিনোনে মখোয়সিবো ।"*

ইপন তোলেন তুমিন লৈখি । লাউনবদি লেপত্রি । লৈপন শম্বল, ব্রারক কনাগী লৈবক কোন্সাং মীনা ফিঙৌ ফৌখ্রে । ঐনবু চঙশিন্দুনা হায়রুই রাজেন্দা -

*"ফরে ফরে ইবুংঙো খৎনবা য়াবা মফম নত্তে । নখোয মশেন মক্তা অসুম্না খৎন চৈনরগা কনানা উশীৎকদৌবিবনো ?"*

*"এ, তামনোহর য়াম পেন্দে । মখোয় মপা মচানা তৌবিবা পূন্নমক ঐখোয়বু পু- পাং শুদবনি হায়দুনা উশীত্তবনি ।"*

*খন্দি খল্লি, ব্রাদি খোক্লবনিসে । ইবেতোম্বীনা ঐবু তুং ওইবপ চিংথোক্লে ।*

*"য়াওরুনু হায়বমক্তদা কৈদৌবিনো ? লাকওসে ।"*

*"হৈস"*

ঐনা শাউরপ

*"শিদৌরফাও সুম য়েং লৈগদ্রা ?"*

*"সিগী ব্রাদি ইবুংঙো মনোহর " খুরাইচানা পেন্দবগী মওংদা*

*"ইবুংঙোখোইনা খঙবা খরা ব্রাংকনি । ঙসি ঙরাংতগী ব্রাফম নত্তে । মসিমসু খঙউ ইবুংঙো মোয় মচিন মনাওখক্তনা তৌবগী ব্রা নত্তে, ঐগী ইনাও সিমসু য়াওরিবনি । ঐ মী মশক লোয়না খঙই ।"*

*"করিনো তাদনা হায়বীরিসিবো ?" ঙসাইমখৈ তুমিন্না লৈরম্বা খুরাতোন্না*

*"ঐনা করি তৌখ্রবগে ?"*

*"করি তৌদনি ? নঙ য়াওনা তৌরিবা থবক নত্রা ? নঙনি খ্বাইদগী ফত্রিবা, পূন্নমক নঙনা শিল্লিবনি ।"*

*"হে সৈত্য, উসি য়াল্লমদাইদা ঐঙোন্দা হায়রম্বা নত্তেকো। ঐনসু যাল্লু হায়খিবা লৈতে। ঐনা হল্লকপদা য়াম্দুনা লৈরম্লে। য়েম্সাং নাপী শোকপা তারে হায়দুনা ঐসু হোংচিন্দুনা য়াওরুবে ব্রানি। সিদমুক তাদনা ঐঙোন্দা নামা থোংজিনবীরিসিবু করিগীনো? তাদসু য়ানবা উবীরি নত্রাও? অদু ওইরবদি শোয়বা তারে হায়দুনা হোচিন্দুনা য়াওবীদ্রি কৈগীনো?"*

*"কবিগী য়াওগনি? য়াল্লমদাইদা ঐঙোন্দা পাও পীরম্লাও? নঙনা করিগী হোংচিন্দুনা য়াওরি? নঙনা ইনশিন্দুনা য়ালহনবা নত্রা?"*

*"করিগীনো খাতোন অমুক চেন্নবিরিসিবু? ঐখোয়না উ য়াল্লগা খাতোন্দা তাইনবি কৈগীনো? করিনো খুরানা পাম্বীবিসিবু?"*

*"ইবুংঙো ব্রা ঙাংনদনা কান্নদে, কো। সুংকান কান্নদে। অদুগী শরুকপুদিনে ইঙ্খোল য়েনথোক্লবা তাই। খঙলব্রা? নাখে শেংদোক্লগানি। হায শেখো - চৎলু, প্রধানগা আমিনগা কৌক, ব্রা লোয়থোক্লগে। সে- বা শালাশিংসিগা য়ুমথংননা লৈগদবা নীপা নত্তে ঐ। ইঙ্খোলসি পাঙলদা য়োহ্লোক্কে, হে সৈত্য যোহ্লোক্কে খঙগনি।"*

খব খব ইংথনগদৌবগী মমি অমা উবক্লে। থকুমদি হন্নদ্রি। মচিন- মনাও পূম্নমক খব- খব হন্দোক্লদুনা মখ্বাং মেৎ মেৎতুনা লেপ্পরি। প্রধানগা আমিনগা কৌবা চৎখ্রিবদুবু লাকপু লাকপীদৌরিব্রা খঙদ্রে। খুবাইচানা থৌবী লীশাং অমা পুথোক্লুনা সুমাং মতোন্দা থম্মী। জবীপ তৌনবা ওইবমাল্লে। ময়াম পূম্নমক মুশুক মুশুক মচি মকুমদা লেপতুনা যেংনৈ। ইপন তোলেন্না খুবাইচাবু য়েংলদুনা হায়বকই -

*"শাউনবা হাযবসে অফবা নত্তে ইবোচা। অদুগী শরুকপুদি মাগী মাগী অধ্যায নাইবীরগা হেক লোযবে। মসি পূম্নমক অসে লাইওয়খ্রবা অহলশিং অদুনা ব্রাখল থেল্লম্বদগী নত্রগসু ইচম চম্নবম্বদগী থোক্লিবনি। নখোযতা নত্তে, খুল অমদা ২০।৩০ দগী তাদনা অসিগুম্বা ব্রাথোক অসি লৈনবিবনি। মতম অমদদি মচিল মনাও পুল্লপ তাশিন্দুনা লৈমিন্নরম্মী। ঐগী মাগী মীগী লম খায়দোক্লরমদে। পুখ্রি খোংবান পুন্না চামিন্নরম্মী। হযেং মতম অমদা শিবদা পুবা য়ারোইদবা সম্পতি অসিগী মচিন- মনাও থাঙ শৎনরক্লনি হায়বসি মখোযনা খঙলমদে। খঙলম্বা তাববদি, নঙগীনা সি, নঙগীনা সি হায়দুনা অধ্যায় নাইনা থম্বীরমগদবনি। মদুদতা খৎন- চৈনবা লৈরোইদবনি। অহনশিংনা তৌবীরমদ্রবসু*

*হৌজিক্তি নহাক্না অহল ওইদুনা লৈরে, করিসু ব্রানীংঙাই লৈতে । মাগী মাগী শরুক য়েঙ্খোকপীরগা মানা মানা থোকপা তৌজসনু, হা করি হায়বগে ?"*

*"অচুম্বনি তাধন, ঙসিমক লম য়েনগনি ।"*

*"এ, ফৈ"*

রাজেন্না ফুক হৌগৎলগা

*"য়েঙ্খোকপা ফৈ । মদুনি ঐখোয়না পাল্লিবসু । খুরানা তৌনীংবতা তৌ । অদুগা মসিমদি হায়বীদে হায়নি, লৈপল মথক্তা হৌরিবা হৈনৌসে ঐনা থাখিবনি । মসিমদি কনানসু খুৎ থিংজিনবা য়ারোই ।"*

*"য়ারোই চপ মান্ননা য়েন্নগদবনি । নঙনা থাবা থাদবা ঐখোয় খঙদে ।"*

*"য়ারোই হায়রিবসিনি । য়োংচাক পাম্বী অসিসু মযাম চামিন্নগদবনি ।"*

*অমুক লাংখৎলকই । মখোয়গী মতৌদুদা খুরাইচানা লাউহৎলকই -*

*"ময়ামগী হায়বা অমতা লৈবা য়ারোই ? শুংলৈ লৈহল্লোই । খবরদাব, করিগী ময়াম ? মাগী মাগী শরুক থুংবদা লৈরম্বশিং মানা মানা লৌগদবনি ।"*

তুমিন তুমিন লৈনখ্রে । খৎনবা লাউনবা ব্রারমাল্লে, উকম থি- থিদুনা ফমনৈ । নুমিৎ ফনা ব্রায়শিল্লক্লে । ফনা কুইনা ঙাইরবা তুংদা প্রধান, আমিন থুংলরে । পুলিস ৪/৫সু লোয়নরকই , ব্রাথোক লাঙ্খোক ঙাক্লবা ওইবম্বা যাই । ঙাংনগদবা ব্রা ঙাংনরে, মেপ পুথোক্লুনা যেংনবে । পাতা কমদৌনা শেৎকদবা,শেলনা কযাম চংগদবা হায়বগী মরোল শুগাযনা তাক্লুনা ময়ামবু ভাব তাহল্লে । খুরাইচানা সুমাঙদা লৈরিবা থৌবিদু আমিন্দা পীশিল্লি । হায়রকই-

*"সে, ইবুংঙো, অমুক্তা ফজনা ওঙ্খোকপীয়ু । মী অমদা পোইন্ট কযা থুংবগে হায়বদো ভাব তাহল্লু, কাউদনবা নূং য়ুংদুনা থমগে।"*

*আমিন্না নোক্লদুনা -*

*"থৌরিনা ওনবা য়ারোই খুরা, য়োৎলি তাগদবনি । মদুসু হেক্তমক ইরাই লাইনা তাগদবা নত্তে । লৈরিবা য়ুম পূম্নমক শীগদবনি । নিয়মগী মতুং ইন্না হায়রগদি মসি নত্তনা উপাই লৈতে। লম- শমদা তৌসি হায়রগনা ব্রা অমা ওইখ্রে । হয়েংমক ওফিসতা দরখাস্ত অমা থাবীরক্লো ।"*

*আমিন প্রধান চৎখ্রে । ময়াম পূম্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ, চেক মোক*

*লাউদে । অমা চংখি অনি চংখি, মফমদু মী ইতাক তাকহৌবে । সুমাঙ মতোন্দা মুচবা মেংলদুনা খুবাইচা ৱাখল খলহৌই । লাইওইখ্রবা অহলশিংবু নিংশিংলকই মতমদুগী ৱাখল হৌজিক্কী ৱাখল ।*

১।৭।৮২

# মমা মচাদুবু কমদৌরমগবা !

অঙাংদু নৌরি । মানা শুগে শুরবদা চহী ৭/৮ গা শুরম্লদ্রা ! মযামদুগী মবক্তা কোইচেন চেন্দুনা প্লেট, গ্লাস লৌথোকপা হোৎনরি । মশা খিং খিং লাউই হেক যেংবদা নুংশিবা পোকপা শক্তানি । ঐনবু হংই নুংশিনা -

"নমিং কির কৌই নঙদি ?"

"ইবোচৌবা "

খুম্লম্লগা চেনচৎ চৎখি প্লেট পুবগা । ঙাইহাক্তা শংদে । মাগুম্না অঙাংদি শান্নবগা চাবগনা মপুং ওইবিবা মতম্নি । মমাদুসু নহানি, চহী ২৭/২৮ গী লেংনি । করম্বা ঈরৈদা তাউথবকপা কৌশীং ওইরিদনো, মসিমদি খন্থবদা ফল ইতা তাদে । ঐনবু খলহৌই -

"অঙাংসিবু মাঙবা তারব্রা ?"

ইবোহনবীনা নোক্লদুনা হাযরকই । মাগী হৌনবীনি ময়া ইহি হিগৎলদুনা -

"যাম্না ইমোম্নেল ওইবগী ৱানিনে ?"

"নত্তেদা, অঙাংসি যাম্না নৌরি।"

"উম !" গ্লাসতা য়াওবিবা ঈদাক্তু অমুক্তং চিংশিল্লুরগা তপ্না মখা তারকই ।

" য়াম্না নৌরি । করিদি উপাই লৈরি ভাই ?"

উপাই ! উপাই লৈররোইদবা ! উম, উপাই লৈররোই । কনানসু মখোয়গী মতেং পাংনীংলোই । হেন্নদুম চিংথবীগে হায়বক্কনি, নমথী কোমদুদা । তাম্লকসিদা মমানা লাউখিবা তাই ।ঐ খঙই অঙাংদুদাওইবিনি । শাওবদি মাল্লি খোঞ্জেলদু - অদুবু শাউরমদৌসু মান্দে অমুক -

"ইবোচৌবা ।"

"কবি হাযগে ইমা "

"কৈদৌবি ?"

"লাকঅগে" প্রপ- প্রপ চেল্লক্ল হাযবৈ "কৈনো ?"

"সে,আলু কিলো অমা,বেসোন কিলো মখায ঙাইববনি ।"

"পীবক্ত্রদি ?"

"চৎত- চৎলু, কবি অঙাংনোনে মসিবো ?"

অঙাংদু চেনখি পাইতু অমা পাযবদুনা । মখা তাকনবগী শক্তি মঙোন্দা লৈতে । মাগী হাযবু মমানা হাযবকপা খুদিং খুদক্তা থবক্ত ওন্থোকপনি । মানা চেনখিবদু মুন্না যেংলুবগা মমাদা ওনশিন্দুনা যেংলুই - মমাদু মথৌ ওন্থোক্ল । চিল্লি, ঙৌবগা তাউবগা হোটেল মমাঙগী ফুট পাথ অদুদা তঙৌববী তথোৎ তথোৎ উবিবী মাগী মাযথোং, মৈশানা ঙাংশিলহল্লবী নৌববী উনশা, লুমাংদা হাইথবকপা শন্নাং খবদু শেন্নবদা চোকথববী মপান্থোম । পুম্নমক্তু উকবগা থম্মোযসি খঙশোন শোন্থবকই। খল্লকই পুক্লিংদা "মপাং কাযনববী কনাগুম্বী অমবা ।"

"তামোসিনা নুংশিদুনা মাগী হোটেল মমাঙসিদা ফমহল্লিবনি ।" ইবোহনবীনা তপ্লপ হাযবকই " মনুংগী ৰাদি খঙদে । অঙাংসিবুসু তামোনা হোটেলগী থবক তৌহল্লি, চাক পীজে, শেল পী । নুমিৎ তাবগা মাগী নিপাদু লাক্কনি, মমা- মচাবু লৌবা ।"

"ও নিপাসু লৈবিবোইবে ।"

"লৈ লৈ টেক্সাসনি, পুবা কাউবোই ।"

কুইদে অঙাংদু হল্লকই । মানা লৈবকপা পোৎ হিসাবকা লোযননা মমাদা পীশিল্লি । কযাদা ঙকখ্রবা । লাইবিক- লাইশু তমদুনা অহাংবা লমম্ধাংদা মনীং তম্না শান্নদুনা লৈজগদৌবা অঙাং অসিনা পুকচাক্কী লাল্লকসিদা লাল থেংনবা যাওবিবা । ইবোহনবীনা মখা শমথবকই

"মাত নত্তে, মাগুম্বা অঙাং কযা কযা লৈখ্রবনি লৈবাক অসিদা । সবকাবনা মখোযগীদমক নিংদোল ফাওবা পোম্বীদে। মচিন্দমক ঙাংবনি চাইল্ড লেভবগী ৰা, থবক্তি জেবোনি ১"

"চাইল্ড লেবব ।"

"উম, চাইল লেবব । অন্টবজাতিগী থাক্তা অঙাং নমদুনা থবক শুহনবা

থীংই । করিগুম্বা শুহল্লম্বা তারবদি আইনগী মতুংইন্না দন্দি ফংই । লৈবাকসিদদি মসিগুম্বা আইনসি কবুই কৈওইবগী উতোংগা চপ মান্নে ।"

অঙাংদু ঙাইহাক্তা মশা ৱাই শংজদে । শৎ লৈথোরক্লগা লুকমায় মতোন্দা থল্লিবা মিথাই হাপ্পা লিক্লিদু তাপ পায়খি । ঐনবু খল্লি -

" চাখি তারে, মমানা লৈত, লৈত হোৎনজরিবসি।"

মুন্না য়েংই মানা তৌগদৌরিবদু । মখুমদু ফজনা হাংদোক্লগা মনুংদা পক্লিবা লিক্লা, উফুল ৱাইফুলশিংদু ফদি মচেৎ অদুনা শেংনা তৈথোক্লগা মখুম অমুক লৈশিন্দুনা হান্নগী মফমদা থমখি । অদুদগী মিংশেল চনবা উপু মচাদুগী মিংশেলদা তৈরিবা উফুলশিং শেংনা লৈথোক্লুরগা মমাদা হংই -

"লৈগদৌবা লোয়রব্রা ইমা ?"

"উম !" মমানা খুল্লকই, লুমাংগী শমদু খোমগৎলদুনা "উম লোয়রে ।"

"অদুদি প্লেট চামলুরগে ?"

"ইহে ঙাইখো, খামেন খরা লৈরমখো ।"

"অসুক থেঙলবু কনাসু লৈরম্লরোই ।"

স্বাই লাউই । কয়াম থেঙলজাৎনো খন্দুনা খুদাং থাঙ্গৎতুনা য়েংলুবু পুং ৬ তারমদৌরে । মমানা মখা তারকই -

"লৈরমখিনিদা, ঙরাংসু থেঙলকান্দা লৈরক্তাইনে নঙবো ?"

"হয়েং বন্দনি হায়রিদুদি ? ঙসাইনা হৌখ্রবনি ।"

চুম্মীনা হয়েং বন্দনি । তৌসু তৌখ্রেদকো মখোয়গী বন্দসে। মমাদু হৌজিক্তা জ্ঞান তারকই হয়েং বন্দনি, ঙসি পুং ৬ তগী হৌগদবা । খুল্লকই তপ্লপ -

"ইস কমদৌনি অদুদি "

"চৎলসি, হোটেল পাবুংসু থোঙ লোল্লনি হায়, মীসু অমতা লৈত্রে ।"

"হৌজিল্লুরিবা ময়ামসিনা কমদৌদৌরিবা ?"

"পুরসি হয়েং য়োন্নবা ।"

"হয়েংদি বন্দনি কদাই য়োল্লুনি ?"

"অদু ওইর চাথোক্লা লোইরে । পংখ্রে ঐখোয় ইমাসিমা।"

"হৈ য়াদে ।"

"কৈগী ? "

"য়াদে হায়রিসিনি ।"

"অদু ওইর মাঙজরসনু চৎসি ।"

"নপা লাক্লিসিদি ?"

"মাদিনে য়ু ঙাওরগা লৈরম্লনি, ঙাইরগুমসি।"

য়ু ঙাওফিং ঙাওফিং তৌবা মরক্তুদা হাইফেৎ নোক্লিংলকই। কয়াদা চমখ্রবা । অঙাংদি অঙাংনি অহল নত্তে হায়বা মাগী মতৌ উরগদা খঙলকপগুম তৌই ।

"করি ঝাৎলি ? খরা লৌখিসিরা ? চানবা হায়রা ফজরি।" ইবোহনবীনা খোঞ্জেল ফাইরপ" খরা লৌখিসি হায়ব্রাও ?"

"য়ারে লেপ্লসি বন্দগী পুং তারে ।"

"হেরা, করিগী বন্দ ।"

"হায়নুদা,হোরেল লমখাঙদা অঙাংশিং থেংনরবদি নুংঙাইরোই হায় নঙবো ।"

"ঐ বন্দগী এগেন্সতা লৈবা মীনি, লৈরমসনু ঐনা মখোয়বু লেসন অমা তম্বীগনি ।"

"করি লেসন্নোনে তম্বীদৌরিবো ? কান্নদে ভাই মখোয়গী মায়োক্তা লৈবা অফবা নত্তে । বন্দ তৌবা হায়বসি মরম অমা লৈবদগী তৌরক্লিবনি ।"

" লৈ খঙই । মরম লৈতনা বন্দ তৌবা হৌনদে । অদুবু বন্দগী অর্থ খঙদবশিংবুদি ঐ নুংশিবা ঙমদে ।"

"মরমদি ?"

"মরম হায়ববু বন্দ অমা তৌবা তারবদি মদু লৈবাক্কী তঙাইফদবা ইশু ওইগদবনি । লন্নাই মীওই খরখক্তগী ইন্টরেষ্টতা বন্দ তৌবা য়াদে । তৌরিবা বন্দ অদু মীয়ামগী মতেং ফংদ্রে হায়না খল্লবদি থা ৬ য়েথোক্লগা মীয়ামবু ভাব তানবা কেম্পেন তৌগদবনি । মতেং ফংবা য়ারে হায়বা কান্দুদা বন্দ অমুক তৌবা য়াই । অদুম তৌরবদি প্রজানা য়ারবা মপুং ফাবা বন্দ ওইগনি। মদুদি হেক নত্রে করিগুম্বা মরম অমগীসু হেক্তমক বন্দ তৌই। মসিদি প্রজাগী মায়োক্তা থবক চথবনি, সরকারগী মায়োক্তা নত্তে । লৈবাকসে অহে- অশিং শাবনা খুল্লিংলবনি ভাই । কান্নদে ভাই লুপা চাম্মখক্তা পুথোরকউ ।"

"করিগী চাম্মনোনে, কৈদৌনবনো ? "

"ইবানিসু পুং ২৪ গী বন্দ তৌসি । মরম অমা হায়জিল্লগা চে চাইথোকখ্র লোয়রে । চেদু নম্বদা লুপা চাম্মদনি চঙগদবা । অদুগা ইবানিনা য়ুমদা ফম

লৈথোকপা,বন্দ অদুম ওইরে । লৈবাকসিদদি দুকান থোঙবু লোল্লবদি মী চৎলবসু বন্দ অদুম ওইরে ।”

“ওম্থোক ওম্থোকপা”

“ওম্থোকপা নত্তেনে, মসিনিনে লৈবাকসিদা তৌনরিসে বন্দবু হেক্তা তৌবা য়াব্রনে ? বন্দ তৌরগা ব্বারিবসি সরকাররা নৎত্রগা প্রজারা ? নঙসু খল্লুনে ।”

“ফরেসে তোক্লসি ব্বারীসি অমরোমদা চৎখিদৌরে।”

“পেন্দবগী ব্বানি ভাই । ঐখোয়সু রাইট লৈরিবা সিটিজেন্নি, অশোয়বদুদি খুদোম্বী থীন্দুনা তাকপা ফৈ ।”

“কনানা তাবীগদৌরিবা ? তাবীনবা মীবু লৈরিব্রনে লৈবাকসিদা?”

“মদুবু য়াব্রনে ? মখোয়না হেক্তা তাদবা ঙমগদ্রা ?”

“খিৎ তোকওসে ।”

“অদুদি পংহিং হিংলসি সিনিনে ?”

“অদু ওইরগা মাইচৌ শারগা পাউচেদা ইরোদনা, অখঙ- অহে মান্নবা । অদু ওইরবদি মী ২/৪ দি নুংতিগী থিবা লাক্কনি । মদুসু প্রজাগী সেবা মখল অমনি ।”

“ব্বাথীদু অমুক তৌরকঅনু ভাই ।”

“করিগী ব্বাথীনো ? নঙসু রাইট লৈরিবা সিটিজেনা অমনি, করিগী ইবা ঙাংবা য়ারোইদৌরিবনো ? মীসু য়াম্লা ইনৈ ঙাংনৈনা ময়েক ২৭ না চুম্মী ৩৬ না চুম্মী । মৈতৈনা চুম্মী মীতৈনা চুম্মী ।মৈতে লোন্না চুম্মী, মণিপুরীরনা চুম্মী । নঙসু হেক্তা হায়য়ু ময়েক ৪০ না চুম্মী, প্রমাণ পীদুনা হেক্তা তাকউ। পাউচেদা মচা খায়না ফোঙদোকউ । ময়ামসু মথোঙ মরম খঙদনা পংয়েৎতা য়েৎনজনি । নরাইবক লৈরবদি নঙসু নমিং চৎহৌনি। য়ারোইদৌ মমি উরগা চীংখৈদ্গী ফংবা পুয়া অমদা য়াওরম্বনি হেক হায়জিল্লু ।”

“সাবস - ।”

“লৈবাকসে পণ্ডিৎ, মাইচৌ শাবনা থল্লবনি ।”

“ফরে ফরে ইবুংঙো মাইচৌ, তোক্ত তোক্লসি ।”

থেৎ- থাৎ- থেৎ- থেৎ । মখোল অমা তারকই । মখোলদুগা ইরোয়ননা মখা মায়কৈদগী মীয়াম অমা অব্বাং পাংনা শমজি খায়না চেনখৎনরকই । দুকান পূম্নমক থোঙ লোন্নখি । ইবানিসু ফুক ফুক হৌগৎনৈ চেন্নবা শেম শাই

। তামোনবু হায়হৌই -

"ঙাইহাক য়েংখোদা নখোয়বু, লাল নংবা য়াওরুরগেরা?"

"এ য়ারে তামো য়ুম য়ৌহৌরগা লোয়রে ।"

তামোনা খাম্বগা চঙদমখৈ গাড়ীদু থৌবোই ইনবোই ময়ামগী মতুং ইং দুনা চেল্লকই । কনানা কনা মথোঙ খঙবা নত্তে । করিগীনো , করি মরমগীনো কনাসু খঙনদে । মথোঙ মরম খঙদনা পংচেন্দা চেন্নে । কনাগী হীদাক ঙাউবগা পুমহন হল্লি । ইবোহনবীনা নিংশা মপী হোল্লদুনা ।

'ওম্বোকপা লৈবাকনিদকো সৈত্য । ঐগীদি য়ৌবে, ঙাইহাক পনখিসি হায়ব্রা ?"

"পল্লরোই ভাই, য়ৌশিনখ্রগে ।"

"য়ৌরো, নথ্বায় হিংনবা, চেল্লো ভাই ।"

থোঙ্গাল হেক য়ৌবদা ভাব তাই । স্বর চনীং তানা হোন্থে - হৌজিক্তদা নিংশিংলকই -

"মমা মচাদুবু কমদৌরমগবা ! মাগী নিপাদুবু লৌবা লাকপীরিদ্রা ! "

১০।৮।৮৪

# তাইতোম্বী

তাইতোম্বী লৈকায় লৈশাবীশিংগী চান্নজরবা নিপা মরুপ্পি । মহাক য়াওদবা থবক খুদিং মঙ্গল ইওই ওইদে । চাকচা হৈজানবা লিলা- ফালা, নিংঙোল পালি, থাবল চোংবা তাইতোম্বীগী খুত্তা চৎখিবা ঙাক্তনি । তাইতোম্বী হায়খ্রগা অদুম লোয়রে । কনাগী কাংঙৌ বোরা চাগী হিসাব ফাওবা মানা পায়বিবনি । লৈশাবীশিংনা চখোক খোখোকপদা মাবু য়াওখ্রবদি মমা মপাশিং চিংনবা লৈতে । লৌ কুম্লে তাইতোম্বী চীং কারে তাইতোম্বী, অৱাং খুঞ্জাওদদি তাইতোম্বী হায়রগা লোয়রে ।

য়াওশং চাক চানখ্রবা মতুং লেমহৌবা শেল অদুনা লৈশাবীশিং সিনেমা য়েংবদা তাখ্রে । মদুগী থৌবুরেল তাইতোম্বীনা ওইরি । মহাক্না ময়ায় তাংবল লৌরগা সভা মচা অমা ফমদুনা য়াম্না ইংনা চিক্লা খন্নরবা তুংদা সিনেমা অদু প্রতাপপতা য়েংবা হায়না ৱারেপ তারে । চাক ঙন্না চানরগা কাবক চৎনবা য়ানা কেনরদুনা অঙনবা গাড়িদা হাইগৎনরকই । মতাংসিদা তাইতোম্বীগী ফিজেৎ চাকচাগী মরমদা খরা খজিক নৈনহৌবনা ঐখোয়দা য়াম্না খুদোং চাবা হেনগনি । তাইতোম্বীগী কুচুদু ঙৌরম্লবদি ৱারু নুংজু থোক্লরম্লোই। মুবগী মথক্তা লংখৎপা অমসু য়াওরি । মদুগীদমক ওইরম্বা তাই লৈশাবী মচাশিংনা মনাক নকপা তান্নরিবসি । ফুরিত্তি অঙৌবনি,তাই অঙাংবা (মদুসু খুবী মুক্তা পাকই) খাগী মচুগী ৱাউথরক্লবা খোঙ্গ্রাউ (মদুসু মতোন লাউবীনি ) অঙাংবা ফি খোঙউপ মদুদা থারবা মিলিটরি মোজা । শমহাত্তি হোংদে, মাগী হৈনবী পুল্লপ হুগৎলগা তপ নপ্পা হাৎপী শমহাৎনি ।

কৈশামপাত্তা গাড়ি খাম্মী । কুমথরকই । কোক ঙাওই হায়দুনা ফমথখিবদগী হৌগৎলক্তবা য়াওই । তাইতোম্বীনা চৈ, ঙাংই 'নুপী মান্দে ' পাংমন্দে ' । ঙাংন- ঙাংন মহৈ মহৈ পাউনা কৈথেল শমদুনা অৱাং পাংনা হাইগৎনরকই । উষা সিনেমা হোলগী মমাঙমক্তদা থেৎলম্লিবা লাইদু উবদা কুলৈ কুচুদা লময়ৌবী নোকপদা রাশি হৈজিনবীদুনা হংলকই "তাইতোম্বী করি ফিলমনোমী শিবু ?"

তাইতোম্বী হংঙ্গৎনা য়েংই । অয়েকপা লাইশিংদু উবদা খংপ্রেক খংই। ওম্মোক্লা মচোংপাক নাইদে ।

খুমলকই -

"মসিগী ফিলমসিরনে, গুঞ্জ উথি সহেনাই হায়বদুনি "

"হায়মা করি হায়রিনো অদুদি ?"

তাইতোম্বী ৱং লাউই । মপুক্লিংদদি খল্লি - 'তৌরক অদৌবনি মখোয়গী হৌনবী' । অদুবু ষনলুপ হোইরিবা হূইথৌ লাবনি অখঙ- অহৈ খরসু শাদবা য়াদ্রি । লৈশাবীদু হন্দে তকশিল্লকই -

" করি, হায়রিনোমী তাইতোম্বী ?" .

"হেরা, গুঞ্জ হায়বদি ঙংবা হায়বা, উথি হায়বনা হৌগৎলকই হায়বনি, সহেনাই হায়বনা কৈরা নোংশারা অমা মাইনা ওইজরম্মনি।" হায়রল্লগা মীরক খায়দুনা চখৎখি । লৈশাবী মচাদু ভাব তারবগুম -

"অচ্চা নুংঙাইনিমি থরোশংবী নংবু "।

মমান্নবীদুগী মরেংবান্দা পোপ হেক থাই । লৈশাবী মচাশিংগী হৌনবী তুমীন্না চৎপা হৈনদে । খাং অশাবদা ফৌ থাদবগুম্বনি, প্রোক প্রোক পোক । মদু উবদা তাইতোম্বীনা -

"চুপ, লাঙবা য়াদে, য়াম্না লেম্না চৎকদবনি "।

লেম্বগী অর্থ খঙদবা লৈশাবী য়াউই । অমনবু হায়রকই শোল্লপ, ফুট পাত্তা য়োল্লিবা ফিরোলদু উবদা

"লৌখাও ফুরিৎতুম ওইবা কান্ননি "। হাইফেৎ তাহৌমাল্লে তাইতোম্বী, নাক- য়েৎ ফৎ ফৎ য়েংই । কনা থোইদোকপা তাহৌদবা মাল্লি । খুজিন্না শীকউবা য়াবা জগাসু উদে । তাইতোম্বী হুমাং পাখৎলকই।

উচিন নাচিন্না প্রটাপ টৌকিজ য়ৌরক্লে । হোল ময়াগী পোৎফমদগী চুশাং অমা লৈরগা লৈশাবী শিংদুদা পীজরল্লগা তাইতোম্বী টিকেৎ ককলুগে চঙখি

। কুইদে, শৎ হেক্তা থোরকই। হায়বগা তৌবগা মান্নবাএক জবানগী তাইতোম্বীনি । ফনা হায় শাবনি লৈশাবী ২ /৪ পুরক্লিবনিনা খর- চা- থক্তবসু য়াদ্রি । হেক মায়োক্লবদা লৈরিবা ঐখোয় হোতেলদা লৈশাবীশিংদু পুশিন্দুনা চঙলক্লে । ফমথবদা মঙাইরি -

"তামো করি পুজরকউগে ?"

তাইতোম্বী আরপিন্না চক থিল্লকপগুম খংপ্রেক খংই । মরমদি, মহাক অচা অথকশিংদু মমিং অমত্তা খংদে । মুন্না খল্লি, ঈশ্বর ইবুংঙো অখঙবা অমত্তদি য়াওরম্মুদা । উপাই লৈতে, খনমখৈ খল্লুরগা -

"য়ানি ইবুংঙো ঐ তৌজরগে ।"

ফুক হৌগৎলগা মেনেজরগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মিংশেল চন্বা উপুদা থল্লিবা অচা অথকশিংদু নোম্বদুনা মুন্না য়েংলগা মীংশেল মপাদা খুদোম্বী থিল্লদুনা মেনেজরদা হায়রুই -

'তাম্মো সিদগীসি মঙাখক্তা "

প্রপ- প্রপ হল্লক্তুনা হান্নগী ফমফমদা গীৎ ফমথৈ । লুমান লৌথোক্লগা হুমাই হুম্মী । (তৌববুদি কা হেন্না শাবা মতমদি নত্রে) হোতেল বোয়না চানবা মঙা পুরক্তুনা থম্মী । মদু উবদা মুনং তৌবী ঙাংগনবীদুনা -

"শিবু কৈনো তাইতোম্বী"?

"হৈ চানবনিনে, করিনো মসিবো ?"

"অদো মমিং করি কৌগে হায়বা " ?

তাইতোম্বীদু হুমাং হেন্না শৌরকমাল্লে, লুমান্দুনা মমায় পূম্বা তৈথোকই, খুল্লকই -

"হেরা, পংচা মচাও, হৈকক মপীনি ।"

"হৈমা য়াম্না মাল্লিমি সিবু ।"

"হোইনহৈ,ঙমজররোইদা ঐদি ।"

"য়াম্নাবু হৈনা শারিনে তল্লদ্রা ।"

তাইতোম্বী হোয়- মায় হায়দে । মীরৎ নারৎ য়েংলগা শৎ- শৎ চাশিনখি । মখোয় মরিদুদি সিংহরাদুদা য়েংলগা নোকহৌরি ।

থা মখায়মুক্তি হৌরম্লদ্রা । শজিবু থয়াইদি চল্লম্লনি । লৈশাবীশিংগী পাউ অমা লাক্তুনা তাইতোম্বীদু হোবে হোবে চেল্লকই, নুমীদাং ৱাইরমনি । লৈশাবীশিংগী সভা হৌরম্লে। তাইতোম্বী হেক উবদা থাগৎ ৱাহৈনা ৱেল- কম তৌনরকই।

"তাইতোম্বীগা চৎমীন্নবসিদি সৈত্য ঐখোয়দি ওম্ব্রোক্লা নুংঙাইজগ্রে ।"

"লম্মীৎ- তুম্মীৎনা খঙলিবা, তাইতোম্বীবু য়াওরমদ্রবা ঐখোয় মথোঙ অমত্তা খঙলরোইদবনি ।"

"নখোয়সু পঙহায় হায়রে "।

মথম্মোয়দদি চাউথোকচৈ 'নুঙাইতদি নবুংঙো ঐগা চৎপবুদি' মখা তারকই -

" করিগীনোনে নখোয়না পাউ চেল্লক্লিবো ?"

"অদুবুরো মহাবলি খুরুমলুসি হায়গে তৌবা ।"

তাইতোম্বী পাক খুমদে । খুন্নবগী শক্তি অমা মঙোন্দা ইব্রাৎ ব্রাৎলে। য়ারক্তা হাইফেৎ ঙংলকই ঃ-

"কৈকান্নোদা অহলনা চৈনবা ।"

"চৈরোই কৈসু ।"

"য়াম্না চৎনিং তৌনি, চৎলুসি হায় তাইতোম্বী ।"

তাইতোম্বীগী অশোনবা খরা লৈ । লৈশাবী মচাশিংনবু হায়রবদি মহাক য়াদবা শুকঙম ঙমদে । লৈশাবীশিংনসু খঙই, অহানবা হায়বদা য়াদ্রবসু অহুমলক শুবদদি শোয়দনা য়াই হায়বা। গ্রী- গ্রী তকশিল্লকই

"চৎতা য়াদেকো তাইতোম্বী "।

"সিদবু য়াদ্রদি কৌনরোইদৌনি ।"

"খঙদে খঙদে, অশংবা নুমীৎ অমা হায়রো ।"

দন্দি তাবে তাইতোম্বী চত্তবা ইয়া য়ারোইদৌরি । লৈশাবীশিংনা শাউখিবা হায়বসি মঙোন্দদি অরুবা লানফম অমনি। খুল্লকই শোল্লপ ঃ-

"ফরেনে,হয়েংদু পাউ হায়রক্কে । য়ারেকো ?"

"য়ারে,যারে।"

য়ৌ- যা,য়ৌ- যা মখোয় হৌনবীনি । লমদম খুদিংগী লৈশাবী ইমান মান্নে । ব্রা অমতং ঙাংনবদা নাচিক্লনা ঙাংনদে । মাইদা, তল্লিদা নুংশিদেদা,হিংচাবীগা কোৎচাবীগা, ভাব মেন তাদবা মখোয হৈনবীনি ।

তাইতোম্বীদু নিংকোক নিংকোক ময়েক খঙদবা ঈশৈ অমা য়ারক্তা ঙংলদুনা হল্লক্লে। অতৈগী নত্তে, লৈশাবী পুরগা মহাবলিদা চৎপা মঙোন্দা করিসু লৈবা থবক নত্তে । হেক লুরিবদি মহাবলি কদাইদা লৈবগে হায়বা মহাক খঙদে । মীঙোন্দা হংবা হৈনবা তাইতোম্বী নত্তে । করি উপাই লৈ ।

মপুক্লিংদা খল্লি । হয়েং নোং হেক ঙানবগা মহাবলি থিবা চত্তবা য়াদে ।

বসতগী হেক কুমথবগা মতম মাঙহন্বা তৌদনা কোইথি থিরকই । মহাবল্লি । লমতা মতুংগী মচিন মৈ মুরক্লিবা নুমিৎনা কোক্তোন্দা মাগী তৌবা ঙন্বা শক্তি উৎলি । থোইনা খল্লুদে তাইতোম্বী, ইম্ফাল সহরগী সরক থুংনা চৎলকই । লোংনা লৈবা উনা উপশিল্লি, উপ্না লৈবা উনা লোংথোকই । মাগী মমীত্তা মহাবলিদগী হেন্না উখিদ্রে । খল্লি- হেরা ইবোতোম্বীদবো, খঙদ্রিফাও থিখিনি । য়ুমগা অমত্তা হল্লোই।

মমৈথংদদি তাইতোম্বী নুমীৎকা লানশিংনবদা মায়থীরে । উখা অমদা চঙদুনা ঙাইহাক পোত্থাই । মখুৎ খন্দুনা মশোং ফল্লিবা নুমীত্তা হাইরপ য়েংই । অদুদগী মুশিন মুনা মনীং পাংখ্রিবা লমশাংদুদা মীৎয়েং তারকই । মীদি পঙচং চৎনৈ, কানানা কনা য়েংনদে । মানা খঙবা মীসু অমত্তা য়াওদে । অসুম্না হকচিক লাংলিঙৈ ফিঙৌ শেৎপী ময়াম অমা লৈ পোল্লাং পায়দুনা থোক্ল রকপদু উরকই । হৌজিক্তদা নে- হেক তাই । হে- হে ওম্থোক্লা নক্লা লৈরম্লেদা । পোৎ থিবদা লাপনা য়েংলুনু হায়বদু হেক চুম্মীদা। সিদগীদি তাইতোম্বী পন্থরমদ্রে, লাইফমদু হাইফেৎ য়েংলমলগা খুল তম্না হোখরক্লে ।

মথংগী নুমীৎনি লৈশাবীশিংদু মাঙ- থানা পুরদুনা মহাবলি তম্না লাক্লে । গাড়িদি খুরক হাঙদে বজাব য়ৌবা মখোয়না হাল্লি। ঐখোয় স্বাইগী য়াথিন পয়া থেক্লরিঙৈ পোৎ তীকপা লোয়রদুনা ময়ুমদা কুম্লখ্রিবনি । হন্দক্তি তাইতোম্বী নাপল মথোই কারে। খঙবা হৈবা লম্মীৎ- তুম্মীৎ খঙবা খুঞ্জাউদদি মতোমতনি খঞ্জরকই ।

মন্দির য়ৌরে । পুনরকপা হৈ- রা কৎনৈ । খরা অমনা পুরকপা কবোক পুথোক্তুনা য়েনখা লুকখা কোইয়েং য়েংই করিবু য়েংলিবা খঙদে । তাইতোম্বী ওম্থোক্লা হৈনরক্লে । শোম্থাংননা হংলুই ময়াম তাহন্দনা

"হৈ করি য়েংলিনোনে মীগী য়েন্নখাদুদা ?"

"য়োংদি অমত্তসু উদনা ।"

"হা !

তাইতোম্বী স্বায় লাউই । চুম্মী মহাবলীদি উমংনি য়োং য়াম্নালৈ হায়বা মহাক তাখ্রে । অদুবু মফমসিদদি য়োংসু লৈতে উমংসু লৈতে । করিনোনে তৌরিসিবু ! চোপ্লা য়াবা তাইতোম্বী নত্তে, খুমলকই

"ইহে,ঙসিবু করি নুমীৎনোনে ?"

"লৈপাকপোকপা ।"

"দুত" - শাওরপ "লৈপাকপোকপা নুমীত্তবু য়োং থোকই হায়ব্রনহৈ গধাশা ।"

সিনা হেক ফৈ । তাইতোম্বীনা খল্লি । স্বর শাংনা হোল্পে । তাল্লকসিদা নাকন্দগী নাশোন অমা তারকই -

"হা ইবেম্মাখোই মসিদি মহাবলি নত্তে অরাম নিত্যাইনন্দনিনে ।" নুমীৎ অসিদগী তাইতোম্বী অব্বাং খুঞ্জাওদা পওনা উখিদ্রে ।

২।৬।৯৬

# মীদি লায়রদনা শা ফাওবা থাজনদে

হৌজিক্কী মতমদা থাজনবা হায়বা ৱাহৈসি কাউনখিবগুম তৌরে । কনানা কনাবু থাজবা হায়বা মাঙখ্রব্রা করিনো  অমদি ইতৌ তৌরে । তৌবসু চহী কুনমুকসিদা ওইরক্লিবা লৈবাক্কী ফিভম অসি নুংঙাই নীংঙাইদি শুংওই ওইদ্রে । জাতি অমগা জাতি অমগা থাজনরক্তবা কুইরে। মাগী মাগী দিমান্দনা হেন্না লূম্না লৌনবকপগুম্বা অমা উবা ফংলি । মসিদগী ওইবা তাই লৈবাক অসিদা ৱাথোক লাম্থোক মশীং হেল্লক্লিবসি । হোয়, থাজনদবগী ৱাসিদি মী খক্তগী নত্রেদা । হুই ফাওবা মখোয় মশেল থাজনখিদ্রবনি । মসিগী ৱাবী অমা লৈ ,

মথায় থায়না তায়বঙপাল মপুনা তায়বঙ মালেম লৈশেমঙৈদা জিব পানবা পূম্নমক্কী মচিঞ্জাক লাউথোক্লম্মী ।

মদুদা লৈখিদ্রে ।

করিনা চারা তম্লগা থৱায় হিংগদৌরিবনো হায়বসিদা মীফম অমা পাঙথোক্তুনা খন্নরম্মী । শায়াম  পূম্নমক্কীদি তায়বঙ শেম্বা মপুনা মচিঞ্জাক পীরগা হূই ঐখোয়গীনা পীরমদবসিদি থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবতা নত্তনা ঐখোয় পূম্নমক শিরো হাযবনি, মরম অদুনা তায়বঙপানবা মপুগী মনাক তান্না চত্তুনা হংলুবা তাই । মসিদা শরুক য়াবা ঙমগদবা মবীল লৈবা হূই কনানো চোংথোরকউ । ৱাদু তাবদা হূই নহা অমনা হংই -

“তায়বঙ মপুগী লৈফমসিবু কয়াম লাপ্পজাৎনো ?”

“মদুমদি খঙদেহৈ ঐসু ।”

“সে.. সে... (হূই অহল অমনা হায়রকই ) তায়বঙ মপুগী লৈফমদি লাপ্পা লৈতে, নকপা লৈতে, নীংজবগী মখা পোল্লি । ”

ৱারিসি তাবদা হূই নহা অনীখক ঐখোয় চচ্চগে হায়দুনা চোংথোরক্লে। অদুদি ফরে হায়দনা হূইয়ামগী ৱারেপ পুদুনা মখোয় অনীবু তায়বঙপানবা মপুগী মফমদা চৎলো হায়দুনা থারক্লে।

হূই নহা অনীসিনা লাকপসি তরাই তরাইবা লম্বী লমদাং নত্তে। শাথীপ্রবা উমং ৱামং কয়া ফাওদুনা লাকপনি। সুম লাকপনা শাথীনা ঈরৈ কনপ্রবা চাউপ্রবা তুরেল অমখক থেংনরম্মী। তুরেল অদু শিব চঙবা কিদনা ইরোইদুনা লাম্থোক্লে। সুম লাকপনা ষন খরা শজিক চাদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা হূই অনীদুনা ঙকপ্রদুনা হংই,

"এ করিগীনো ময়াম্না নাপি চাবীরম্লিবসিদি ?"

(ষণ অমনা খুম্লকই) "তায়বঙ পানবা মপুনা পীবা চিঞ্জাক্লি ঐখোয়না চারিবসি,"

"ও, ফৈ-ফৈ ঐখোয়গীদমক্তি চিঞ্জাক পীবীরমদবদগী হংগে হায়দুনা লাকচবনি। চাবীয়ু চাবীয়ু।"

মসি হায়রম্লগা নাপি চারিবা ষণশিংদুদা নোকমি নোকমি য়েংলদুনা হূই অনীদু তায়বঙ মপুগী মনাক তম্না চেল্লক্লে। মখোয়না লম্বীদা লাক্ল-লাক্ল খল্লি

*"নাপিবু চারগা কমদৌনা হিংদৌরিবা ?"*

সুম লাকপনা নুমিৎ খরনিগী তুংদা তায়বঙপানবা মপুগী মনাক য়ৌরে। হেক য়ৌবগা পম্বা তৌদনা তায়বঙ পানবা মপু লাইনিংথৌদা হংই,

*"হে, লাইনিংথৌ ইবুংঙো, ননাই ঐখোয় হূইশিংগী ৱাকৎ খরা পুদুনা লাকচরি। তাবীগনিদো লাইনিংথৌ।"*

*"কবিনো হায়য়ু তাসি হূইয়ামসা। করি পেন্দবা ৱাফম লৈরবগে ?"*

*"সুমদৌবনি লাইনিংথৌ, মালেম অসিদা লৈরিবা য়ুমশা লমশাদা নত্তনা তাইবঙ মী ফাওবগী মচিঞ্জাক লাউথোকপীব্রেদো। মসিদা ননাই হূইয়ামশিংগী মচিঞ্জাক লাউথোকপীদববু করি নোংগীনো, খঙজগে লাকচবনিদো লাইনিংথৌ।"*

*"ঙাইখো, ঙাইখো মালেমদা লৈরিবা থৱায় পানবশিংগী মচিঞ্জাক লাউথোকপা মতমদা নখোয় হূই অমতসু লাকখিদে। নখোয় লাক্তবনা মরম ওইদুনা নখোয়গা য়ুম নক্লবা হৌদোংদা হায়থ্রবনি। নত্তে, মখোয়না তমদব্রনে ?"*

*"এ, মখোয়দি করি অমতা হায়বা লৈতেনা লাইনিংথৌ । হেরা খঙগনিদনা হৌদোং ।"*

*"শাউরুবনু হূইয়ামশা, মখোয় মহৌশানা মরৌ খরা লৈবনি। "*

*"মদু য়াবা ঙমজরোই লাইনিংথৌ । হূইয়াম পূম্বগী শিব হিংবগী ৱাফম্বু মখোয়না মরৌ তৌদুনা ৱা লোৎপা, ঐখোয় হৌদোংগী মথক্তা লমন খুমজগনি লাইনিংথৌ । মখোয়বু হেক উবা মফমদা হাৎকনি ।"*

*"মদু য়ারোই । মালেমদা লৈরিবা থৱায় পানবা পূম্নমক ঐনা শেম্বনি । কনানসু কনাগী মাঙনবা তৌবা য়ারোই । ঐ হায়গে তাউ নখোয়না পেন্দবগীদমক মখোয়বু উবা মফমদা লাউ খোংবদি য়াই । করিগুম্বা মখোয়না নখোয়বু কিবদগী নমু তায়বঙ মীওইবগী ইমুং তান্না চেনশিনখ্রবনি নখোয়না করিসু তৌবা য়ারোইকো, থোঙজিন মপান্দগী নখোয় হেঞ্জিনবা শুংয়া য়ারোইকো। মসি ঐগী অরোয়বা ৱানি ।"*

*"ফরে লাইনিংথৌ । করিগুম্বা লম্বী লমখাঙদা ঐখোয়না মখোয়বু ফংবা থোক্লবদি কমদৌজৌ হায়বগে তাকপীয়ু ।"*

*"নরায়বক য়েংনজৌ ।"*

*"থাগচ্চরি লাইনিংথৌ ।"*

*"ফরে অদুদি, নখোয়গী নচিঞ্জাক হায়রগে তারো।"*

*"ঙাকপীগনি লাইনিংথৌ । হৌজিক লাউথোকপনাদি হূইয়াম্না ঐখোয়বু থাজররোই । মরম অদুনা লাইনিংথৌনা খুৎয়েক পীবীবগা লোয়ননা ইরগা পীবীয়ু ।"*

*"হোয় হোয় পীরগে । সে সে নখোয়গীদমক চাগদবা নচিঞ্জাক লারোল অসিদা ইরগা ঐগী খুৎয়েক পীরবনি । মসি লাউথোক্লগা হূইয়ামদা খঙহল্লুরো ।"*

*"থাগচ্চরি লাইনিংথৌ, থাগচ্চরি ।"*

মসি হায়রল্লগা হূই নহা অনীদু লাইনিংথৌগী অইবা লারোলদু পুরদুনা ময়ুম মায়কৈ পাংনা চেল্লক্লে । সুম চেল্লকপনা ঙসাইগী অচৌবা তুরেলদু হেক থেংনরে । মখোয় অনী খন্নে করম্না লানগনি । লাউনা খোংনা চেল্লিবা ঈশিং অসি লানবা মতমদা লাইনিংথৌনা ইবীরকপা লারোল অসিদি চোৎলগনি । করি করম তৌসিবা ! তাঞ্জা অদুদা হূই অমনা হায়রকই ,

*" ইতাও ইবুংঙো শুমদৌরসি । লারোল অদু পিক্লা থুপাচিনবীরো অদুগা*

*ঐগী অমাংথোঙসিদা নমশীনবীয়ু । অদুগা হোরোল কংফাল য়ৌরগা লৌথোকসি ।”*

মুন্না খন্নরগা মদুনা ফরে খন্নদুনা লারোল অদু পিক্না কোল্লগা হূই অমদুগী অমাংথোঙদা নমশিল্লগা তুরেল অদু লাম্থোরক্লে। অসোম ৱাংমা য়ৌরবা মতুংদা ৱারুবদু ঙাইহাক পোখানরগা ঙসাইগী লারোলদু য়েংলুবদদি য়াওরমদ্রে । ইপাক্তু লান্নবা ইরোয়বদা মদুমদি তাহৌরবজাৎনি । অদুবু মখোয় অনী ঙংখৎনৈ। নঙনা লোৎপনি, নঙনা লোৎপনি । লায়খায় তাবা ঙমদনা মখোয় অনি চেন্না চেন্না লাকমিন্নে, খৎনবদি লেপ্তে । খরা চৎলি খৎনৈ, খরা চৎলি চিক্লে । অসুম্না লেপ্তুনা লাকপনা হূইয়াম লৈরিবা মফমদুদা থুংলরে।

পাউ অদু অমতা চিশ্খদনা তন্লে । অদুবু কনানসু থাজনদে। মখোয় অনিদি খঙলগা লাক্লবনি, ঐখোয়দা নমথাক তৌবনি । য়েংউ, তান্নৌ থিয়ু । মখোয়গী মশাদা শোয়দনা লোৎশীন্দুনা থল্লমগনি । মীনম্বা, ওইদবা ঙাংবা ফুরুপ অমগী শিব হিংবগী ৱাফম্দু নাথুপ্লা । মখোয়বু তান্নৌ, মনম নমদুনা থিয়ু ।

মসিদগীনি ঙসিফাওবা হূইগা হৌদোংগা উন্নবা য়াদ্রিবা। অদুগা হূই অমগা হূই অমগা হেক উন্নবা মতমদা অমাংথোঙদা হান্না মনম নম্নরিবসি ঙসাইগী ঈশিংদা তাহৌরবা লাইনিংথৌগী খুৎয়েক লারোলদু থিরিবনি হায়নৈ । হৌদোংদা ঙসি ফাওবা হংলি- মখোয়গী মচিঞ্জাক করিনি হাযরকপগে । হৌদোংনা তাকপা লৈত্রি । হূইনসু তাক্তুবদি নখোয়না চাবা ঐখোযসু চাগনি হায়দুনা ঙসিফাওবা তায়বঙ পানবগী য়ুমথোঙ খুদিংদা খৎন- খৎনদুনা লৈমিন্নরিসিনি ।

৬।৭।৯৩

# ইস, হরে, হরে !!

তাইবোহল ঙাংথোক শক্তোক্লকপদা তুম্পক তুম্পক ঙাংবা ফাগিসু কাবক মতৌগনবা মীশক্লি । সরকারগী থবক তৌদে, অদুবু শেলদি অদুম্মক পায । প্রাইভেৎ ফার্ম অমদা থবক তৌরি হায়ব্রা কৈনো, মকাদি ইরাম লামদে । মীয়াই চল্লে, নিশাদি অদুম্মক শীজিন্নে । মাগী মনি বেগতু তরা চৎপী থারপ হাপ্লগা য়ুয়োনফমদা য়ু থকপা হেক হেক চঙই । য়ু গ্লাস অনি হেক শুখিবদগীদি ব্রা ঙাংনবা য়াদ্রে । অতৈগী নত্তে ময়ুমদা পৈশা লোৎফম লৈতবগীনি । শেল হাপ্লবা য়োৎকী উপু লৈবা ঙমজদবদগী মানা লোৎচরম্বা শেল মতু মচাশিংনা হেক হেক লৌথোকপীবজাৎনি । মসিদগী অশাউবা হায়বা লায়নাদু পকখিবনি ।

নোংমা তাইবোহন্দু শেল খরা ফংলকপজাৎনি । শুম পুদুনা চৎলবদি তাহৌবসু খঙদে হায়দুনা মাগী মোম্পাক শেগায়বদুদা কিৎ নমশিল্লন্লগা থবক চৎখিবনি । অদুগদি থবক হল্লকপা মতমদা নহানমখৈ অমুক্তা ফৌদবা মোম্পাক্তু শুমাঙ মতোন্দা ফৌরগা হেক্তা লৈরম্বনি । তাইবোহল খংপ্রেক খংই, লব্রাই লুতোনগী শম চপ য়ুংদে হায়বতা থাকই । মোম্পাক্তুদা মুন্না য়েংই । অদুদৈ মচানুপীদা শাউরপ হংই -

*"মোম্পাকসি কনানা ফৌই ?"*

*"ইমানা ।"*

*" নহান মখৈদি ফৌদ্রগা, ঙসিনা করি নিংশিংলক্তুনা ফৌরিবা? নমা কদাই চৎখি ?"*

নমহৎ হৎই । মচানুপীদু খুন্নক্তে, মানা তৌগদবা থবক তৌদুনা অদুম্মক লৈ । মচানুপীনা খুন্নক্তবদুদদি উপাই লৈত্রমাল্লে মখা তারুবা তৌদনা ফৌরিবা মোম্পাক্তুদা মুন্না য়েংই । অদুবু অহোবা মফম অমত্তদি উবা ফংদ্রে । শেগায়বা ফোৎপগী মফম অমদি লৈ । তাইবোহন জ্ঞান পোপ তাই । শেগায়বা মফমসি ফোৎপদা পৈশাদু শোয়দনা ফংখিরম্লগনি ।

থা মখায় অমরোম তাইবোহন ব্রা ঙাংদে । মোম্পাক শেগায়বদগী মাঙখিবা পৈশাগী ব্রা হৌদোক্তে । তুমিন্না খঙদবা শাদুনা অদুম্মক লৈ । তশেংবদি পৈশা খুৎলোক্তুদা পুকচেল পিকপা তারদ্রা কিবদগী তুমিন লৈশিনবনি । মরক মরক্তা ইতৈমদুনা মাবু য়েংলগা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদু মা খঙদবা নত্তে । অদুবু থওইরুদে, মথংগী প্লান কন্না শাগৎপা হোৎনৈ ।

মথংগী শেল ফংবদা তাইবোহন ব্রাখল খন্ন- খন্না ময়ুমদা হল্লকই ।মফি মবোল হোংদোক্তে, মাঙ্গোলদা লৈরম্বা মোরা অমদা ফমথবগা ব্রাখল মখা চঞ্জে । খনমখে খল্লুরগা নোকফেৎ তৌদুনা মীরৎ নারৎ য়েংলগা ফুরিৎ খাউদগী পৈশাদু লৌথোক্লগা তংখায় তাথোক্লে । তংখায় অমনা ফুরিৎ খাউদা, তংখায় অমনা মখুৎনা পায়রগা ইমুংদা চঙখি ।'উপু মমাঙদা চপ লেপ্পী । উপু মথক্তা লৈরিবা থাইনগী খোংনদ্রবা বেদিওদুদা মুন্না য়েংই । তাঞ্জাদুদা মচানুপী অতোনবী হৈ- শিংবীদুনা খংকৌ হেক কৌরকই । তাইবোহন খংপ্রেক খংই । চৈহৎলকই ।

*"কৈগীনো অদুক কন্না কৌরিবা ? থোরাই মচাসিদি ।"*

*"ইমানা পৈশা ফংলবদি ঐঙোন্দা শিন্নরম্মু হায়বনি ।"*

*"হুম শক্তাশিংসিদি । সে, লুপা চামরি পীরম্মী হাইয়ু ।"*

*"পৈশা অরেম্বদুনা কৈদৌদৌরিবা ? য়ু থক্লুদৌরিরা ?"*

*"হৈৎ, তুমিন লৈয়ু । নঙনা অমুক ইমা শারিব্রা ? সে, নঙগী লুপা অনী । চৎলো কদাইদনো শান্নরুরো ।"*

মচানুপীদু হরাওদুনা মমাদা পীনবা পৈশাদু কদাইদনো কিৎ নমশিল্লম্লগা মপাল্লোমদা অদুম্মক চেপ্তোকখ্রে । পন্থুবা তৌদনা তাইবোহন ফুরিৎ খাওদগী পৈশাদু লৌথোক্লগা খোংনদ্রবা রেদিওদুগী মনুংদা লোৎশিল্লম্লগা ঈশৈ ঙংলদুনা থোঙ্গাললোমদা প্রপ প্রপ থোকখি । লম্বী চৎনা চৎনা খল্লি - ঙসিদি তাঞ্জা অমনি, সুম থোকউ হায়দুনা য়ুমদা মী অমতা হেক লৈরমদেদা । লাই

হায়বসি লৈতবদি নত্তেকো । নুংতিগীদি মীগী মীঙাক্তা, মীৎ পাংথোক্লবা অহাঙবা জাগা থিবা ফংপোৎ নত্তে । খন্না- খন্না মোন্দা নুংঙাইনা কাখুলোংলোমদা হাইজিনখি ।

ফনা থেঙলে তাইবোহন্না হল্লকপদু । অঙাংখৈ চাক ঈশিং চানরদুনা তূম্নবা য়াওরম্লে । হীদাক ঙাওরি ঙাওরি ঈশৈ ঙংদুনা হল্লক্লিবা তাইবোহন ইমুং লময়াইদা চপ লেপ্লি । ঙংলকপা ঈশৈগী শুর খংপাই পাইথোকখি । থাজমন্দদুনা মমীত্তু চেজেৎ উইশিল্লগা অমুক পাংথোক্লুনা য়েংই । শোয়দ্রে, লৈতবা অশেংবনি । রেদিও উপু লৈরমদ্রে । তাইবোহন খংলাউ লাউরকই।

*"উপু মথক্তগী রেদিওদু কদাই চৎখ্রে । কনানা পুখ্রে ?"*

*"হো কৈদৌরগে অদুক কন্না লাউরিদুবো ? য়ু ঙাওবৈ হৌনবী হৌরব্রাও ?"*

*"হায় য়ু ঙাওবা নত্তে, উপু মথক্তগী রেদিওদু কনানা পুখ্রবগে হায়বনিনে নঙবো ?"*

*"নচা য়াইমনা ঙসাই পুখিদাইনে ।"*

*"করিগী ? নত্তে, য়াদবা রেদিওদু মাদি মপা তৌনবা পুরিব্রা হায়বা ?"*

*"মাঙ্গোলদা পুথোক্লগা য়াম্না শেল্লস্বনি, পাউ তাদবসি য়াম্না নুংঙাইতে হায়দুনা । উপাই লৈত্রমাল্লে কোকথোং নারগা চৎখ্রবনি, হনবু হল্লক্ত্রি ।"*

*"অদুবু নহানমখৈদি তানীংদ্রগা ঙসিখক্তং পাউ তানিংলক্লিবদুবু করিগীনো হায়বনি ?"*

*"কৈনো মোই পাবুংবো ঙাওরব্রাও ? নহানমখৈদি শেম্নবা পৈশা লৈতবা, ঙসিনা লৈরদুনা শেস্বা চৎখ্রবা ।"*

*"এ, ঙসিনা কদাইদৈ পৈশা ?"*

*"হো মতৌদুদা নুংঙাইত্রদুনাঐনা লুপা চাম্মখক পীখিবনি। কোনবু কোন্নরমগদ্রা খঙদে ।"*

*"হা, নঙনসু লুনা চাম্মা পীখ্রবা ?"*

*"কৈনোনে মসি নুপাসিবো । নত্তে, রেদিও শেম্নসিবু য়াদ্রজাংলা হায়বা ?"*

*"য়াই, য়াম্না য়াই । মতাং মতম চাদবা। ঙরাং শেস্বা ওইয়ু ঐ করি হায়নি ? ঐ ঙস্মরোই,ইমুংসিদা ঐ লৈবা ঙম্লরোই। নখোয়না থোকপা তৌ, ঐ ব্রা ঙাংলরোই । য়েংউদনা ঐনা তৌবা।"*

মখা তারমদনা ফমুংদা শৎ চঙখি । ফি হোংখিদে। চাক চাখিদে। ইতৈমদু মরমবু খঙব্রা কৈনো নোকফেৎ তৌরম্লগা চাকশঙলোমদা চঙখি ।

থা অনীরোম হৌখ্রে । রোদিওগী ব্রা কাউনখ্রে । কনাসু ব্রা ওইনা ঙাংনখিদ্রে। ইতৈমদংদি তাইবোহন য়েংলগা তুমিন তুমিন হেক হেক নোকই । তাইবোহন্দি খঙবা নত্তে, মাগী তৌগদবা থবক ইনখাং তৌদুনা অদুম্মক লৈ । নুমিত্তু মীগী মেছিন অমা য়োম্থোক য়োঙ্গিন য়াওরুবগী শেল খর ফংলকপনি। হীদাক খর থক,য়েঙ্গাং নাপি খর লৈথোক তৌখ্রগা অরেম্বা খরদু পুরদুনা ময়ুমদা হল্লকপনি । ইমুংদা পাক হেক চঙদে । অমম্বা মাঙ্গোলদুদা লেপ্লগা ব্রাখল ঙাইহাক তৌই । অতৈগী নত্তে পৈশা লোৎফমগী খল্লিবনি । ঙাইহাক খল্লগা মখা থংবা য়েন্নখারোমদা প্রপ প্রপ চঙখি অমুক তম্থোক থোরকই । খল্লি মথম্মোয়দা তস,কমদৌই লৌথোকখোদনা । ইমুং চঙলগা মানা পুরকপা য়েঙ্গাং নাপিদু মচানুপীদা পীশিল্লি নুমিৎ অদুমদি তাইবোহন মোন্দা নুংঙাইনা চাক ঈশিং চারগা নাখোক্তুনা তূমখ্রে ।

অয়ুক ঙস্তানি । তাইবোহন মচিন শেংনা শেংনা মখাথংবা য়েন্নখাগী শাইজিন্দা য়েংখৎলুই । স্বাই লাউই । মানা ঙরাং পৈশা য়েপ্লম্বা মফমদু ইহো হোনা লৈরম্মী । খল্লি হাইস উচিনা চেনখ্রব্রা নত্রগা শেন্দ্রাংনা চেনখ্রবজাৎলা ! হুম চেনফম থোক্তে, করিগী চেনবা । ঙস্ফম শুকথোক থোক্তে ! প্রপ প্রপ থোরক্লগা দারী ময়াদা চপ লেপ লাউরকই ।

*"হায় ঙরাং কনা কনা মখা থংবা য়েন্নখাদা চঙলম্মী ?"*

*ইতৈমনা ইমুংদগী খোল নৌথরপ খুল্লকই*

*"হো, নচা য়াইমনা শেন্দ্রাং ফারিবনি হায়দুনা ঙরাং নুমিদাং টোর্চ লাইট কাপ্লগা শুরু শুরু য়াম নৈরম্বনি ।"*

তাইবোহন মহৌশাগী লাইমন্দু ফুং কাঙলকই । মখুত্তা পায়রম্বা ব্রস তাখিবা খঙহৌদে । মখুৎনা মকোক পায়রগা ফমথখি,

*ইস- হরে হরে !!!*

৮।২।০৬

# খুৎতা পায়বা ইতাওগী

কদোম লেঙবীরুবনো ?

লাঙলবা সহরগী মীনিল মরক ফাউদুনা মেঙলবা খোঞ্জেল অমা তারকই। হাইফেৎ য়েংখোকলুবু স্বাই লাউই ক্না চারুবগী ঙাংশিল্লবা মায়খোংসিদা হুমাং মরিক মরিক কারকই। মনো নত্রনে। মান্নিদা ! ওহ্ণোক্লা ফরক তানা ঐনা ইহৈ হৈনিংদনা

*"মনো নত্রা ?"*

*"মান্নি, কাউরব্রা ?"*

*"কন্নানা অসুক কুইরবুদি- কদাই চৎলুরিবা ?"*

*"থবক অমা চৎলুবা।"*

*"নুংঙাইরিদনা ?"*

*"হোয়, নুংঙাইরি।"*

*"নুংঙাইরি হায়বদি মায়খোঙদুনা তক্লে। ফরে ক্না চাসি।"*

*"ঐ ক্না চদ্রে।"*

*"নঙবু মহৌশাদি য়াম্না চারম্ননিদা।"*

*"ঐ য়াম্না কন্না নারুরে।"*

চুম্মী মহাক য়াম্না কন্না নারুরে। ঐগা কায়নবা হাক্তক্তা চহী অনি য়াম্ফক তারুরবনি। হৌজিক্তা নিংশিংলকই।

*"করি চানি অদুদি ?"*

*"চাদ্রবসু য়ারেদা, অদু -"*

*"অদু কৈদৌরবা হায়ুনে, মহৌশা নত্রে হৌজিক্তি ইকাইবগী মতম হেনখ্রে।"*

*"য়ুম পাল্লব্রা ?"*

*"অদুগী ওইরে ।"*

*"পাল্লব্রা ?"*

*"মদুগী ৱাদু তোক্লসি মনো । নতোমতা লাকপ্রা ?"*

*"ঐগী পাউখুম পীররোইদ্রা ?"*

*"ৱাহং পাউখুমগী মতম হেনখ্রে মনো, য়ৌরো থেঙ্গ্রব্রনি।"*

*"ঐসু পুম্নমক অদুনা লাকপনি । করম্না কান্দা অমুক্তং উন্নগদগে খল্লক্রিবনি । ঐবু ৱারৌরিব্রা ? ঐগী ইৱাল করিনো? করিগীনো নহাক্না য়ুম পাল্লু য়াদ্রিবা ? ঐবু ৱাহল্লিবা করিগীনো? হায়ুনে, ঐগী ইৱাল করিনো ? নঙনা অদুম্না লৈরগা ঐ নুংঙাইদবোই নীংব্রা ?"*

ঙাংনা- ঙাংনা হীক হীক কপথোরক্নে । মীসু চংলি তুং- মাঙ হাইরপ য়েংলুরগা ঐনা তপ্লপ-

*"কবিনো সবকসিদা ঙাউরব্রা ? সে, থেঙ্গ্রক্লনি লাকও ঐ পার্কিং ফাওবা থিনগে ।"*

*"নঙগীদমক খনবদা চহি অনি য়াম্ফক তাখিবা নত্রা? ঐঙোন্দা ৱাবৌরিবা করিগীনো? কৈসু নত্তবদা ইমাবু মৈথক্তা ঊৌরিবা করিগীনো ?"*

কপ্লদি লেপ্তে, সবক অসিদা ঐ ওন্থোক্ল হৈনদ্রে । ঐনা থেমজিনবা ওইনা-

*"ঐ খঙই মনো, অদুম্না কপকনু । ঐবু অমুক হন্না অৱাবা পীরগনু । করিগী পাদনি হায়বগে, মতাং চাদবননি । মীনা উরগা করি খনখিনি ।"*

*"ঐবু ৱাহল্লরোই হায়না অমুক্তা ৱাশকপীয়ু ।"*

*"নঙগী মহৌশাগী অনম কনবদু তোক্লমদ্রিনা ?"*

*"ঐবু ৱারৌবগী মরমদি ?"*

*"ঐ ৱারৌদে, নহাকপু ৱারৌবা লৈতে । লায়বক্তা তপ্লমদবননি, করিগী শাউরুদগে ! নহাক কমদৌখিবনো, ঐ খঙদবা নত্তে । নহাক্কী নৱাল লৈতে । নঙনা ঐবু মৈরক্তা লংশিল্লহন্সু নত্তে, ঐগী লায়বক্লনি ।"*

*"অদুদি য়ুম পাল্লগনি অমুক্তা হায়বীয়ু, ঐবু ৱাহল্লগনু ।"*

*"ঐনা য়ুম পাদ্রগা নঙোন্দা অৱাবা ওইব্রা ?"*

*"ওই, করিগী ওইদনি । নঙনা ঐবু নুংশি হায়খিবদাই ?"*

*"উম ! তোকসিদা মনো"*

*"য়াদে, ঐবু নুংশিরবদি য়ুম পাল্লু ।"*

বস পার্কিং য়ৌরম্লে। গাড়ী থাগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্লে। কপলুবগী পোল্লবা মমিত্তুনা ঐবু নুংশিনা য়েংলদুনা

*"হায়রো"*

*"হোয় য়েংগে"*

*"য়েংগে নত্তে, হোয় হায়ু।"*

গাড়িদি থোৌবা হৌখ্রে। ফম্না লাপখ্রে। ঐনা খুমখিবা পাউখুমদুবু মহাক তারমগদ্রা খঙদে। লুমথরবা হকচাং অসি পুরদুনা য়ুম লোমদা মায় ওল্লক্লে। থবক অমতং চংলুগে খনবনি, ইতন তম্নুবা পোক্লে। কমদৌনবু উন্নরুবনো ৱাখলসি ওঙ্গোক্লা পল্লেপফম খঙহন্দ্রে। চংনা চংনা কুইরবা মতমগী কাউগে খন্না কাউঙমখিদ্রবা ৱারী অমা মমি শাম্মি নিংশিংলকই .....

*"অদুদি মখা অস্বাইফাওবা হাইথররবসিনে।"*

*"হুম, অৱাংলোমদা চংসি।"*

*"মখারোমদদি কৈদৌরবা ? " ঐনা ফাগি ওইনা " হায়নবিদু লৈবগী ৱারা ?"*

*"ফুনিংদ্রা" মানা মমিত্তু উইথরপ "নঙ হেক খঙবীরিবা "।*

*"খঙবা হায়বু চংসি য়াদ্রিদুনি।"*

*"ফরেসে অসিগীফাও হেক, " শুকথরপ "ঐখোয় মী য়াম্না লৈ হায়দুনা তৌবনি।"*

*"হোয় হোয়, নঙনা হায়বতা ইঞ্জরগে।"*

অৱাং পাংনা হাইগংমিন্নরক্লে। ফম্না শাংনা চংল ফাওবা ৱা অমতা ঙাংলক্তে। ঙৌরোক ঙৌবা মাগী চুবাদা ফর ফর হাইরিবা শম মনা ৩- ৪ দু মুন্না য়েংলুরগা

*"ঙসিদি য়াম্না লেল্লেনা।"*

*"ৱারেমদু অমুক হৌরকঅনু, ৱা অমা হংগে।"*

*"ঙসিনা করি ৱাহংনো ?"*

*"নখোয় লৈকায়দগী রানী কৌবী অমগা নুংশিনরি হায়না ?"*

*"অস !" ঐনা নোক্লদুনা "মদু নত্তবা ৱাহং লৈত্রব্রা ?"*

*"মসি হান্না খুমখো।"*

*"কান্নদে মনো, ঐনা চুম্না হায়দুনসু নঙনা থাজগদৌবা লৈতে। নঙ ঐ লোইনরকপা ফম্না কুইরে। হৌজিক ফাওবা নঙনা ঐগী ৱাখল খঙলমদবসি ঐ খরা নুংঙাইতে।"*

*"ঐবুদি কৈসু হায়দেদা, অশেংবা খঙনীংবৈ ৱানি। ইরম খুদিংদা ঐখোয়দি*

*শোখ্‌দুনা লৈরগদবনি । লবাই লম্মি, অদুগীসু মথক্তা লায়রবা মচানি, নখোয়গা ঐখোয়গা য়েংনরুরবদি য়াম্না থীনা খেংনৈ ।"*

*"ফরে " চপ লেপ্লগা ঐনা শাউরপ "ফরে, নখোয় লমসি করি লাইনা কোল্লি ?"*

*"করিগীনো " মানা ঙক্প "কৈদৌরগে ?"*

*"হায়দ হায়ু !"*

মহাক তশেংনমক ঙক্লে । ঐবু মুন্না য়েংলদুনা হায়কই,

*"ইবুধৌনা কোল্লি, করিগীনো ?"*

*"ঐনা নঙবু নুংশিবা অশেংবনি । নঙোন্দা নমথাক তৌগে খল্লম্নবা লমসিবু কোল্লিবা ইবুধৌ .."*

কদোমদগীনো খঙহৌদে, পিক্তকপী মখুৎ মচাদুনা ঐগী চিনবু তাপ মেনশিনখি
।

*" অদুম তৌবা হৌনব্রা ? ইবুদৌদা নুংশি শাখি থমহৈদে ।"*

*"থাদোকউসে" মখুত্তু ফং কপ্লেক্‌গা "নঙনা ঐবু কায়ননীংলে হায়বদি হায়ু অদুগা ঐঙোন্দা ইরাল থংজিল্লগা মৈরক্তা লংশিল্লমগে হায়বদুদি ঐ খরা পেক্ দ । ঐ চংলগে, অমুক হন্না খোঙ্গুল তবীরক্লোই ।"*

গাড়ী মমায় ফং লৈথোকই । তৌবদি ঐ খর শাউনীংখি । তৌদবা থবক্তা তৌই হায়বসি ঐ খাঙবা ঙমদে । ঐগী ইতৌদু উবদা মানা পাখৎলপ গাড়ী মনীংদা য়াল্লদুনা

*" কৈনো, ঙাউশিন্ননুসে । ঙাইখোবা ।"*

*"তৌনু থাদোকউ, মী য়াম্না চংলি । ময়াম চঙদুনা ঐবু ফুহল্লগে হায়ব্রা ?"*

*"শাউরিবা হায়দুরা ? " মানা কপ্লিং কপ্লিং, "নঙসু ঐঙোন্দা অদুম্না হায়বা ভারীদা য়াওখি । মদুদা ঐ শাউখিব্রা ? কোয়দে হায়রগা লোয়রদুবু ।"*

শুৎ শুৎ তৌদুনা কপথোরক্লে । করিনুংগী শাউজরুবা হেক য়ৌরে । মী চিনবা লম্বী নত্রবসু মী ইচং চত্তবদি নত্তে । ঐনা তৌফম খঙদ্রদুনা -

*" ফাগি তৌবনিসে, অসিগীফাও হেক কপ্পি । নঙ থাদোক্লগা ঐনা কদাই চত্তোইনো ? কপকনুসে, মী উরগা ।"*

*"কপকনি নথৌ লৈতে, উনিং উসনু । নঙ নবুক য়াম্না ফত্তে, ঐবু য়াম্না ব্রাহল্লি ।"*

*"সে, ঐ ব্রা হায়গে । ঐনা খ্বাইদগী শাউনীংবসে তৌদবদা তৌই হায়বসিনি । ঐগী পুন্সিদা নহাক্লা অহানবনি অমসুং অরোইবনি । নঙ মতম অমদা খঙলক্লনি।*

*ঐনা নঙবু কয়াগী মতীক খঞ্জবগে হায়বদো । নঙবু ঐগী ওইবা ফংহৌদ্রবা পুন্সিদা য়ুম কৌবদা পানখ্ররোই ।"*

পিরাংনা চোংলবী মীৎম্রা অনিদুনা ঐবু চিংন য়েংলকই । ম্রাহৈনা ফোঙদোকপা ওমদ্রবা মহাক্কী মীৎয়েং পুন্সিদা কাউবা ওমগনি থাজখিদে । কয়াগী মতীক পুন্নিং হুখ্রবা । নিংথীবী মায়থোঙ, তবা তবাবী চিনবান, পিক্তন্না খোই খোইবী পিশুম ঐনা মথা তারুই -

*"থাজদ্রা মনো ?"*

*"ঐবু ওকপিয়ু ঐ য়াম্না লানখ্রে ।"*

*"করিগী লানগনি । নুংশিনবদাঅমকপা থঙ্গা ফত্তে, চমথোক্লগদবনি । ঐ নঙবু থাজে । অনি তিন্নবদা থাজনদ্রবদি মতম কুইনা খক তিন্নবা যারোই ।"*

*"ঐবু "নোকফেং তৌনা "ঐবু শাউদ্রব্রা ?"*

*"ঐনা শাউদুনা চৎখ্রবদি য়ুম পান্দ্রেদনা ।"*

*"যুম্নীংই - চো, অদুমাইনা হায়নু । কৈদৌঙৈ অমুক লাক্কনি ?"*

*"হল্লসি, ফম্না লাপথোরক্লে । তোংখৎলক্লো থিনবীরম্লগে ?"*

মখোয় থোঙ্গাল ময়াদা হেক খাম্বগা মনাও নুপী দায়া থেংনৈ । নোক্লদুনা

*" কোয়রেদা ।"*

*"নচীন থীনু অঙাং," মনোনা "কৈথেন্দা উন্নবদৈ চঙমিন্নরকপনি ।"*

*"কদর তৌরনু ইবেম্মা । তা কিরন অচাপোৎ অমতা লৈবম্মু ইমাদা হায়দোকপিরোই ।"*

*"অমখক্তা ?"*

*"অনি ওইরসু য়াই ।"*

*"কয়াদা ইকাই খঙদ্রিনো মসিগী অঙাংসে ।"*

*"নখৌ লৈতে, নঙোন্দা হায়রা ?"*

*"কৈ কান্নবা অঙাংসিগা হেক মান্নে । সে সে লুপা অমা, য়ারেদনা ?"*

তাপ লৌরগা চেনখি । ফম্না চাউরবনি, হৌজিক ফাওবা অঙাং মচাগুল্লি ।

*"য়ুম চঙলুখিসিরা ?"*

*"য়ারে, য়ৌখ্রগে থেঙলে । পংচং চখোক্কনু মীনকা ফাখি লাকখিনি ।"*

*"চৈই ঐবু কনানা ফাবিনি হায়গে ।"*

*"মহৌশাগী মীদুদি ?"*

*"মনা কৈদৌ ওমদোইবা ? পল্লকনু মাই ম্রাদু । অদুবুরো নহানসু মীঙোন্দা*

*পাউকা চেল্লক্লিপোৎনি । ঐনা নুংশিমন্দুনা থীনা হায়বীব্রবনি ।"*

*"হৈ মীঙোন্দা থীনা হায়বা ফত্তে । মতুং মনাও অদুম হায়রন্নু । চৎলগে, চেকশিন্না লৈয়ুকো ।"*

*"অদু হায়রমদ্রেনা ।"*

*"কৈনো ঐনা ঙক্পা কৈনো হায়দোইব্রু ?"*

*"কৈদৌঙে অমুক লাক্তোইনো হায়বা ?"*

*"শংঙকান্দা লাক্কে ।"*

*"য়াদে কৈসু, নুমিৎ হায়রন্মু ।"*

*"নুমিৎ লেপহৈদে, হপ্তামুক লৈরগা লাক্কে ।"*

*"য়ুমদা চঙলকউক্লো, সিনেমা য়েংসি ঐ টিকেৎ কক্কে ।"*

*"অওইবৈ ?"*

*"অওইবৈ, চৎলোকো ! থোং হেক লানবগা ঐগী ব্রাখল কাউখ্রো ।"*

*"অমুক হৌরক্লব্রা চৎলমদাইসিদা ।"*

*"সরক্তা ফজ- ফজবা য়াম্না ...."*

*"লৈতুম চাদ্রিউঙদা প্রপ- প্রপ চঙহৌরো । থারকঅগে ইহি হিগাৎলদুনা ।"*

নুংশিনা অমুক্তং নোক্লম্লগা অদুম্মক চেনশিনখ্রে । কয়াদা মথোঙ চাখিদ্রবনো , রাশীনা লৈরিবা । পন্থুরমদ্রে, মাগী নুংশিবী মিনোক্তুগী সাগরদা অদুম্মক তাউথরক্লে

থবক চিনবনে করিনে মফাং- মফাং নুমিৎ ফনা য়াম্না হৌজিনখি । সরকার অসিনা মরোল অমা পাখঙনিকাইনা য়েংবীপোৎ নত্তে । নোংমাইজিং নুমিত্তা চৎচগে তৌই, মন্ত্রি লাক্কনি টুর চৎকদৌরি স্তাফ পুম্নমক প্রজেক্ট ওইফাদবনি হায়দুনা চে অমুক থোকচিল্লক্লে । থবক্কা তোকথোক্লিংবা হায়দু হেক য়ৌই । অমদুনামরোল অমা মচি দু পুরুম হৈত্তুপ শারম্লনি । ঐ লাকপ্রা য়েংবদা ঙক্লিন্দুবু য়াওরমখিদ্রা খঙদ্রে ।

উচিন নাচিন্না য়ুমশকৈশা নুমিৎতু ছুটি নিজরে। ছুটি লৌমন্দুনা মরমবু পীনিংঙাই লৈত্রে । সিফাইগী ছুটি নিবদা হাকুম শিখ্রে হায়বা মপাদু হোস্পিটেলাইজ তৌদুনা লৈরে হায়না ছুটি অমুক নিরুই হায়বদুগা চপ হেক মান্নরে । হোবে হোবে চুপ লুপথোকলুরগা ফি তনশেৎ শেৎচিন গাড়ী ইনথোক্লগা অদুম্মক থোরক্লে । অসুক থুরবকানসিদা থোঙগাল ময়াদা ইনেনা হেক কৌরকই-

*"কন্দাইদনো তোম্বা, লাকখো চঙলকখো ।"*

*"করি হায়গে ইনে ? দাওগা য়াদৌ হেক মান্দে সৈত্য ।"*

*"ঙাইখো চঙলকখো, ইনে ব্রা হায়গে । করিগীনোনে থবক অসুক ঙন্না কারিবো?"*

*"থবক অমা লৈরে অদুননি, করি হায়দোইনো ?"*

*"লাউনে, সে সিদা ফম্মুসে ।"*

*"অসুক থুরকানসিদা ।"* হৈনীংদনা ফমথে মোরাদুদা ।

*"হৈ অঙাওবা নঙবুনে, অরুবা ব্রানিনে । হন্দক্কীসিমদি নঙ য়াদবা য়ারোইদৌরি। নপানা ওম্থেক্লে উজোল চঙনা হায়রম্লবনি। কুঠিগা য়েংনদুনা লোয়রে, য়াম্না পক্লরে হায়রি ।"*

*"অমুক হৌরক্লেন্দনা থবক চংলমদাইসিদা মঙ্গোল ওইরোইদবা ব্রা ভাক্তা । ঐ লুহোংবগা ঙমখিরোই । হোংগে হায়রগা মা ওইনা হেক হোংউ হাইয়ু ।*

*"থীদা অঙাউবসিদি ।"*

মখা তারমদ্রে । গাড়ী থৌদোক্লগা অদুম্মক লাক্লে । করি করিনো য়াম্না ঙাংহৌই, থওইনা তারমদ্রে । শাউনীংমন্দুনা সেলরদু খর কন্না লৈখৎখিমাল্লে মখোয় থোঙ্গাল য়ৌখিবা খঙহৌদে । গাড়ী মখোল তবদা দয়া প্রপ প্রপ চোম্থোরকই । মহৌশাগা ইমান মান্নদনা,

*"ঐনা ঙসি লাকপা য়াই হাযনা খল্লিনে ।"*

*"নোই চে লৈত্রা ?"*

*"ঐখোয় ইচে ?"* মানা ঙক্লপ -

*"হোয়নে অমুক্তা কৌথোরকউ ।"*

*"অদ্রিব্রা ?"*

*"করিবু তাবা ?"*

*"অওইমক্কী অদোকো ?"* শকফম হঞ্জিন্নদুনা হায়রকপনি ।

*" অদে হায়রমক্দা "*

*"লুহোংখ্রেদনা, হয়েং চাক্কৌবনি ।"*

*"হা ! " স্বাই লাউই, মানা ইনোক নোক্তনা হায়রকই*

*"অদ্রিবোইরে ?"*

ঐগী ইতৌদু উবদা মহাক ফাক ফাক নোকখোরক্লে । তশেংনমক ঐগী শকফমদু উবদা মাদি খাঙবা ঙমদ্রজাংনি ।

*" য়ারে য়ারে চঙলকও, পবিক্ষা পাস তৌরে ।"*

*"খঙনিদনা অদুবুদি নঙ ।"*

উপাইদ্ লৈত্রদুনা ঐসু নোক্কে। মনোগী কাদা ফল্লিঙৈমচেগো মমাগদা তল্লগা কয়া হৌনা নোক্লগে হায়বু মায়সি চিনিমুক ঙাংই। মমানা চৈ

*"থীদ করি অঙাংনো সিবো। মীঙোন্দবু অদুম্না লক্লবা হৌনব্রনে ?"*

মনোরমা চঙলকই, নোক্লদুনাহায়রকই

*"ঙসিদি নিপা অমা ব্রাহ্মরমদৌইদা।"*

*"নঙ অমুক য়াওশিল্লকঅনু, খোইদৌ শাউজাংলি।"*

*"অদু দয়ানা চাক থোংহৌরবনি, ঐ টিকেৎ কক্লুখিগে। অদুম ফল্লস্মুকো, পুং তাদৌরে।"*

*"খরা থুরকউইহে ইতোমতা ফস্না তল্লি।"*

*"ইবানি চৎসিরাও ?"*

*"তল্লিদা ইকাই।"*

*"ফরে থুনা লাক্কে।"*

*"ঙাইখোনে।"*

*"কৈনো থেঙলকানসিদা।"*

*"ঙসিদি য়াম্না ফজরম্লে।"*

*"ফুনিংইচো।"*

নোক্লদুনা থোকখি, ঐসু নোকহৌই। অওইবনি ঐগী মীৎনরা খঙদে, ঙসিনবু ইহেন হেন্না ফজবোই নীংই। ইকুইবু কুইদ্রি মানা চৎখিবা। অঙাং অমা তহ্া তহ্া চেল্লকই, পাও তন্লে -

*"দায়া, দায়া হো দায়া।"*

*"কৈনো" দায়ানা পাখৎলপ "কৈদৌরগে ?"*

*"নোই চেদো " নুংশা মপী হোল্লি, "নোই চেদো তাথীরেনখোয় কাঙবুনা চিংখ্রবনি।"*

*"হা!"*

কোকথক্তা স্বৰ্গ নীংখায়দুনা তারকপগা চপ মান্নখি। কন্নানা করি খঙখিদে। নাকোং পঙশিল্লকই, মীৎ অনিমক মমশিল্লকই। মখোয় মমা কপ্ল- কপ্লদুনা মফি মরোল খঙদনা চেনখিবদু মশেল মরান উখি। -

*"তা কিরন, তাকিরন।"*

গ্যান খংতা তারকই। হম্বনা য়েংলুবদা দায়া মপি ঈরা চেল্লদুনা মাঙদা লেপ্পুনা লৈরম্মী। মখা তারকই-

*"কমাই তৌদোইনো, অ কিরন ?"*

*"খঙদ্রে, ঐ ভাব অদ্রে দায়া । ঐ ঐ চংলগে ।"*

খোঙথাং অমনি থাংদোরক্লে । দায়ানা হিক্ল হিক্ল কপ্লদুনা হায়রকই -

*"অকিরন , ঐখোয় ইচোগা অদুম্মক কায়নরগদ্রা ?"*

*"অস ! " ঐ অঙাওবগুমখি " দায়া, ঙসিমুক থরায় শোকপা পুন্সিদা থেংনরক্তি । ঐনা শাগৎচরম্ম আশাগী ফুরা ঙ্মমক উং ওনম্রে । ঐ কোক য়াম্না ঙাওরে দায়া । ঐ চংখ্রগে । নঙনা হায়বা চুম্লে মহাক লুহোংখ্রে । নঙনা হায়বা ফাগি ওইরমদ্রে দায়া ।"*

কমদৌনা মখোয় য়ুমদগী লাকখিবা ভাব তাখিদ্রে । দয়ানা ফনা য়াম্না খামহৌই, থোইদোক্ল তারমদ্রে । শুমাঙদা গাড়ী থমলম্লগা ঐগী কা অম্না চঙলক্লে । য়েংলুবা খুদিং ইহাং হাংলে ফক্লংদা থেংলিবা মনোরামাগী নোকমিবা মায়থোংনা ঐবু য়েংদুনা লৈরম্মী । ফি- রোল হোংদোক্তবা মখৈ ফমুংদা চঙদুনা হীপথরে । ঐনা ভাব তারকপদা ইমানা করি করিনো চবেং চবেং ঙাংলম্মী।

*"ভাব তারেদনা । নুমিৎ লেপ্পগদৌরবনি । ঙাউশিন্নবা য়াবা নত্তে । মশক্ল ফজরিবা, মরম্না ওক্লিবা ।"*

*"কৈনো " ঐনা খঙলাও লাউখি, "কৈকান্নবা চগাৎ চগাৎ ঙাংলিবনো নৱাসু লৌরোইদবদা । কনাগী লুহোংবনো ? কবিগী লুহোংবনো? মতুংদা অমুক হায়বক্লবদি হু চাদুনা শিগদৌনি খঙউ ।"*

## *ঙসি চহি ৮ হৌখ্রে ।*

*"কদোমদনো ? খোঙ্গাল হেন্দোক্লেনে নঙবো ।"*

*"হা ? ইহে ভাব অমা তৌরুবেদনা ।"*

*"পাখং কুইনাওইবসিসু কোক বেরা লৈবোইরে ?"*

ফনা ইকাই, মখা তারুবা তৌদনা চুমদ্রিং অদুম চঙলক্লে । খল্লকই পুক্লিংদা মাবু ঐগী অরোয়বা পাওখুমদুবু তাখিরমগদ্রা !

২।৬।৯০

# লমন খুম্বা

হল্লকপদা ঙায়রি । হকচাংসি চনপ চনপ লাউই হায়দুনা বাথরুমদা চঙলগা ইরুজথোক্লুই । টাৱেল অমনা হকচাং নপথোক্লিঙৈ মপান্দগী লালুনা কৌরকপা তাই ।

*"তাম্মো, তাম্মো ।"*

*"হাই কৌদৌরে লালু ?"*

*"নুপী অমা লাকইয়ে ।"*

*"উম ফমহল্লম্মু, ঐ লাক্লগে "*

কনা ওইরিগবা, অনাবগী ওইরিদ্রা !! খন্না খন্না ফি- রোল শেৎচিল্লগা মপানগী মী ফম্ফম কাদুদা চঙলুই । ফম্লল্লিবা নুপীদু উবদা হকচাংসিদা স্বাই লাউবগুম্বা অমা তৌখি । মাদি করি ফাওরমগদৌনো খঙদ্রে । মহাক বসন্তিনি, মতম অমগী থোইচৎনবী বসন্তি । য়াম্না উপাই লৈজদ্রবা তোল্ল তারবা অমগুম মমীৎ ইতুক তুকথরদুনা ফম্লল্লি । ঙাইহাক চঙক্লনা য়েংলুরগা ঐনা তপ্লপ হংলুই -

*"করি সেবা তৌজৌগে ?"*

*"ঐ তাসুরেসপু কৌগে লাকচবনি ।"*

*"করিগীনিনা, করি তৌবা য়াওরবগে ?"*

*"ঐগী অঙাংদু .....ঙসি তরানি হেল্লে চাক মরু অমফাও চাও য়াদবা ।"*

*"ঐদি মীগী খুৎনেক চত্তেনে, ৱারৌনুকো ।"*

*"তৌবীনু তাসুরেস, ঐনা লানখিবা কয়া য়াওরবসু ঐবু ঙাকপীয়ু । ঐবু নংশিবীদ্রবসু ইচাগীদমক ... ।"*

"নহাক কাউরমখিরোই বসন্তি । নঙনা ঙসি নুংশিরবা নচাগীদমক ঐগী থোঙজিন্দা তেংথাররি । ঐসু নোংমা নুংশিরবা ইপাগীদমক মীগী মখোঙ পায়দুনা হায়জখি । মতমদুদা লায়রবা ইপাগীদমক করম্বা দাক্তরনা ঐগী থোঙজিন্দা লেপ্লখি । ব্রাহে অমতং ঙাংজগে তৌজবা নপুরোইবা ডাক্তর নহাক্লা মচিন মেল্লগা ইমুংদা পুশিনখিবা নত্রা ? লায়রববু শোক্ল শম্ন- য়াদবা হরিজনগুম খনবা নহাক্কী থম্মোয় ঐ তশেংনমক তুক্কচ্চৈ ।"

*"তাসুরেস .... (অহিক্লবা মাগী খোঞ্জেল্লক্তা ঐনা মখা তারুই )*

*"ঐ লেপ্লে বসন্তি, হৌরক্লিবা নোং অসে কৈদৌনুংদা লৈচিল ওল্লরোই ।"*

*"ইচাদা লমন খুম্বীবগী মহুত্তা ঐঙোন্দা খুম্বীয়ু তাসুরেস, ইচাগী মথ্বায়দদি কনবিয়ু ।"*

*"য়ৌরো বসন্তি, ঐগীদি অরোয়বা ব্রা পীখ্রে । ঐতা নত্তে ডাক্তর, মৈত্রবাকসিদা মশীং থীঙমদনা লৈবনি ।"*

ঐদি লেপখ্রবনি, খোঙফমসিদগীহোংলোই হায়না । করম্বা কান্দা মহাক চংখিবনো ভাব তাহৌদ্রে। মানা পায়রকপা খাউ মচাদুদি সাইদ টেবল মথক্তা তাদুনা লৈরম্মী । খঙই মহাক তরং মালংদা তাউদুনা চংখিবনি । ঐসু হল্লকখি নোংমা চংলি হায়বা খঙদনা। ইপাদো- নুংশিখ্রবা ইপাদো উন্নবা ফংহৌদে পুন্সিগী অরোইবা মীৎকুপতা। অহিং কয়া অব্রাবগী চৈনা খাঙলক্লবা ইপাগী নাহেখোল নাকোংসিদা ওস্থোক্লা হৈনদনা তারকখি ।

বসন্তি, হোয় মহাক্কী মমিং বসন্তি কৌই । মতমদুদা মপাদু সরকাবগী অচৌবা ফম্নাইবা অমা ওইরম্মী । ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচা নুপী বসন্তি ইহান হানবা ওইনা কলেজদা থেংনখি । কোন্না খঙলকই ঐগী খুল্লোন্নবদা মাগী ময়ুম লৈ হায়বা । শক ফজবগী ঈথক ইপোল্লক্তা শেঞ্জাও পায়বগী নাপন অমদি ফজরবী মায়থোঙ অদুদা ওস্থোক্লা মযেক শেংনা মমি তারম্মী । মতমদুদা ঐগী ফিভমদি অদুক হাক্লা ইচু তাবা নত্তে । মথোঙ চাদবা পুন্সি মরেল অমদা ওস্থোক্লা ব্রানা হিংলম্মী । খুঙ্গংগী পুন্সিনি, নুংঙাইবা কাঙবুনা নুংঙাইবা অব্রাবা কাঙবুনা পঙব্রাদা ব্রাবা। নুংঙাই য়াইফবী বসন্তি কলেজ অকা অকুম কারদা খোঙনেৎনখি । ঐদি কমদৌখি কলেজ অকা অকুমগী বস ভারামক্তা হুনবা ঙল্লকখিদে ।

নোংমা তান চাদবা হায়বদুনি । ইমান্নবশিংগী মমাঙদা ইকাই খাঙদগী য়াওজরকপা লুপা মঙাখক্তু লোইশিনখি । য়ুমদা হনবগী খল্লুবদা জ্ঞান তাদনা

অসুম ফমহৌরি । কনাদগী লৌরুনি, কমদৌনা য়ুম য়ৌনি । ভারা পীদনা তোংলুরবসু মীয়াম মমাঙদা খৎনরকপা শোয়দে । তাঞ্জাদুদা বসন্তিদু কলেজ গেটতা উরকখি । খল্লুই মঙোন্দগীদুম পুহৌরসিরা। থোইদোক্লা কায়দেনা,মাসু খুল্লোন্নবা মচানি, ইরৈকায়নি । পীরকপসু য়াই খন চঙশিন্দুনা হায়রুই -

*"বসন্তি"*

*"কৈনো* (মমায়দু ফৎ লৈথোরক্লগা ) *কৈনো ?"*

*"ঐ ঙসিদি ফরক অমা তারে লুপা মঙাখক্তা পুহৌগে হোরেল য়ুম য়ৌরগা ..."*

*"ঐ নঙোন্দা পৈশা পুথোকপা লাকপা নত্তে ।"*

পীং লাউই। খোঞ্জেলদু ওন্থোক্লা য়াকখি । মায়সি য়ঙ য়ঙ লাউরকই । ইকাই নুংশি য়ান্নবা মরক্তা ওন্থোক্লা পুক্লিং নুংশিরকখি। মখা তারমদনা অদুম্মক থোরক্লে। নুমিত্তু ওন্থোক্লা ৱানা য়ুম য়ৌরকখি । নুমিত্তুগী মাগী ৱাঙাংদুনা তেমশিংনবগী মরু হুনখি । মাবুদি ইচনগুম ওন্থোক্লা নুংশিনা খল্লুবনি । মথম্মোয়দা পক্লিবা শেঞ্জাও পায়বগী নাপল অদো মপান থোক্লা পোকখায়রক্লবদুদদি ঐগী থম্মোয়দসু থাঙফম অমদি হকপা হৌখি । করিগীনো মানা ঐবু য়েক্লবগুম খল্লিবা ? ঐবু মঙোন্দা করি অকায়বা তৌখ্রবগে ?

নুমিত্তু নোং ফুদিং ফুনা চুখি । মনাক নকপা কাঙবুদি নোং মরক্তা চৎখিবা য়াও, ছাতিন তুপ্পুনা চৎখিবা য়াও লোইনমক চৎনখ্রে । ঐদি নোং হাংবা ঙাইবা তাখি । নোং খরা পাথরকপগী অদুৱাইদা ইতোমতা কলেজদগী থোরকই । সুম লাকপদা কলেজ কম্পাউন্দগী হৈনৌ মখোঙদা বসন্তিদু নোং থুপ্লন্বা উই । ফনা থেঙলবনি, মাগী কারদু লাকপীদ্রবা কৈনো ইশুক শুকথরদুনা লৈরম্মী । মতৌদুদা নুংঙাইত্রদুনা, অমরোমদা লৈকায়গী ইচন অমবু ফিভমদুদা কমদৌনা মতোমতা হুন্দোক্লমগনি খন্দুনা ঐনা-

*"চৎমিন্নখ্রসি লাকওদনা বসন্তি ।"*

খুল্লক্তে, মমায় লৈথোকখি । তৌববুদি ঐগুম্লগবু কনানা চৎমিন্ননীংগনো । ফিরোলনি হায়দুনা শেৎলি চারিবশিং খরা মৌখিবা মীদদি লৌ থাউবদ ফাওবা শেৎনীংলোই । ঙাইহাক ঙাইদুনা য়েংই, কান্নদ্রদুনা ইথন্ত তরক লাকখি । নোং মরক্তুদা ।

অসুম্না চহী খরা হৌখি । মপানা মপান ফরিঙৈ খুন্দোন্দা লৈবা ডাক্তর

অমদা থাজরমখি । মপাদু চহী ওন্দনা লৈখিদ্রে । সানাগী মথক্তা তম্ফা থিনবনি । অফবগা অফবগা পূনখিবা থোইদোক্লা ঙক্লিংঙাই লৈতে । বি.এস.সি. গী অরোয়বা পরিক্ষা পীরমদাইদনি লায়রবগী চৈফুনা ফুবদা চৈফম লৈরবা ইপাদো অনা লাইওং খঙদনা নারকখি । খুঙ্গংগী পুন্সি শাথীনা অৱাবগী মশক্লি । ডাক্তর লৈতে, অনাবা লায়েংনবা ডাক্তরখানা লৈতে । লাপ্লবা ইম্ফালদা পুখত্তুনা লায়েংনবদি হায়রুগনু মাইবা অমতং কৌনবা শেল লৈবা নত্তে ।

অনাবগী পনখৈ লাল্লক্কদৌরবা মতম নোংমা নুমিদাং অমা খুল্লোন্নবদা লৈবা বসন্তিগী মপুরোইবদু কৌবা চৎলুই । হেক চঙখিবদা মতৈ মনাও ফমদুনা ৱারী শান্নরম্বদু উই । ঐবু হেক উবদা বসন্তি চাগদবগুম য়েংলকখি । লায়রববু হঙ্গোইজবী মীনুংশি পক্লবী মাগী মীৎয়েং ঐ ওস্থোক্লা হৈনখিদে । হংলকই

*"করি হায়গদবনো ?"*

*"ডাক্তরবু অমুক্তা কৌজগে লাকচবনি ।"*

*"ঐখোয়গী ডাক্তরদি খুৎনেক চত্তেনে ।"*

*"তৌবীগনু, ঐবু নুংশিবীদ্রবসু ঐগী ইপাবুদি নুংশিবীয়ু । অমুক্তদি লেঙবীয়ু ডাক্তর, নখোঙ পাযদুনা হায়জরি ।"*

**"- কয়া কন্না -"**

ডাক্তর ৱা মখা তাবা ঙমখিদে, বসন্তিনা মচিন মেনশিনখি মাগী ৱা হিক্তোকপা ঙমখিদে । করি করিনো মথোঙ হুক্তবা ৱা খরা ঙাংলম্লগা মতৈ মনাও ইমুংদা চঙখি । থস্মোয়সে সেৎ কায়খি । মীত্তগী তারক্লিবা পি অমুক্তং নাস্থোক্লুরগা নীংবা কায়না হল্লকখি । লৈহৌরিবা ইপাগী ফিভম খল্লুরগা খোঙ থাংবা থোকখিদে । অসুক য়াম্না মীনুংশি চেল্লম্লোই হায়বদি খনখিদেকো ঐ ।

কনানা খঙগনি মীওইবগী পুন্সি তম্বা ঙমদে । ইপা লৈখিদ্রবা মতুং সরকারগী মতেংনা ডাক্তর তম্বা চৎপা কুমদুদা বসন্তিগী মপুরোইবদু মশানা মশাবু কঞ্জবা ঙমদনা সংসার থাদোকখি । সিদগীদি চহী কয়া মাগী মপাও তাখিদ্রে । করি করম হিংলিবগে খঙখিদ্রে ।

*"তাম্মো চাক লোইরে ।"*

*"হা ?"*

*"চাক চাথোক্লসি ।"*

জ্ঞান থংতা তারকই । পূম্মম মন্নম্মে থোইদোকপা চাক্কী বাখল তৌরুদনা ঙসাই বসন্তিনা হুন্দোক্লম্বা খাউদু পায়রদুনা গেরেজদগী গাড়ি থৌদোক্লগা বসন্তিগী ময়ুম তান্না থৌরক্লে ।

৪।৬।৮৪

# করিগী ওইরিগবা

ঐনা খ্বাইদগী ঙকপা মীসি অৱাং লৈকাইগী তাতোম্বনি । ঐগী পুন্সিদা মামুক ঙকপা মী লৈত্রে । মী মখল যাম্না থেংনরে ঐ । যু থকপদা অমুক্তদা পৌৱা অমমম চিংবা মী । য়ু গ্লাস অমা থকপগীসু য়েন থোংবা লুপা ২০ গী লৈরগা পুবকপা মী । সিনেমা য়েংলুসি হায়দুনা চৎলগা সিনেমাদি য়েংদনা হোল মনুংদা পংতৃমদা তৃম্বা মী । লিলা য়েংবা চৎমিন্নবগা মীগী লেংবান্দা ঙাবগা হেক্তা তৃম্বা মী । চা থকপদা চানবা যাওদ্রবদি চা থকউ শুকযা যাদবা মী । জারদা অমা উমদ্রবদি লেত্রিন চংজবোই হাযবা মীসু অদুমক লৈ । এ ! ফন' য়াম্না থেংনরেদা, কাউখিবনা অযাম্বনি । ময়ামসিগা শুকমান মান্নদবা অঙকপা মীনি তাতোম্বা । মঙোন্দা চাক চানবগী নুমিৎ লেপ্পা য়াদে । কবিগীনো হংলুরবসু নুমিৎ লেপ্লক্কনু অহিং তৃম্বা যাদে, চাগদবা ঙাইহাক্তং ঙাইরকান্দা হাযবক্কদবনি হায । মতুংদদি কনা অমত্তা মঙোন্দা চাক চানবগী নুমিৎ লেপখিদ্রে । মদুগী মহুত্তা চাক চারমদাইদা হেক- হেক কৌবা চৎনৈ । শেল খায়নবগী ওইববসু মযাম্না খাযনরিবা শেনফমদু অদুম পুরক্কনি অদুগা' থাদরনি চাক থিগদৌবগী থল্লিবা লা- দুদা হংলক্কনি নোকফেৎ

"অচৌবরা - মচারা ?"

ময়াম্নদি তাতোম্বসি মকোক বেরা অমা লৈ হাযনৈ । অদুবু ঐনা য়েংবদদি থোইদোকপা অশোয়বা লৈবা থেংনদে । ৱা পঙনা ঙাংদে । ময়াম্না ঙাংনবিবদু য়াম্না মুন্না তাগল্লি । য়ানীংদবা যাওববসু য়েৎপা তৌদে । ময়াম্না ৱারী শানবিঙৈ বেরি চমখৎলক্কবা ৱাবীদুদা মানা যানীংদবা যাওরে হাযবসি হেক্তা খঙনৈ ।

মতাংসি য়ৌরবদি ময়ামসু মাগী মত অমা লৌনবা হোৎনৈ । করিগুম্বা মাগী মত হেক লৌহৌদ্রবা থা ১/২ দি কৌবদা খুল্লকপগী ৱা লৈতে। মানা খ্বাইদগী শাউবসি উসব চাবদা য়েন্সাং লেমহনবা সিনা মরোইরে । করিগীনো হংলুরবসু হেক্তা খুল্লক্কনি।

" চাক্তি য়ুমদা নুংতিগী চায় । উসবকী য়েন্সাং মথেল ময়ামদুদি য়ুমদা নোংমতা চাবা ফংবসু নত্তে । অদুক তাংনা ফংলবা মথেল ময়ামদুবু করিগী মাঙহনগদৌরিবনো ?"

মানা হায়রিবসিসু অদুম চুম্মী । মসিদনি মঙোন্দা ৱা য়েৎলুবা ঙমদ্রিবসি । মানা নোংমা ৱারী তৌই -

"আর.কে." মানা ঐঙোন্দা আর.কে. কৌই করিদগী কৌরিবনো হায়বদি ঐসু খঙবা নত্তে ।

*"আর কে, নঙ থাজরোই ঐগী পুন্সিদা শুমাঙ লিলা অমতা মকোক য়েংবা ফংলক্তে । থাবল চোংবা মতমদসু মশক ফজবী নুপী অমতা পাযবা ফংলক্তে ।"*

*"করিগীনো ? (ঐনা ঙক্রপা হংলুই) করিগীনো তাতোম্বা ?"*

*"থাইনদি লিলা হৌবসি মৈতৈ লৈমা ইমাগী মিংখৈ শোল্লসে হায়রগা হৌনৈদনা ? মদুবু হেক লাউবক্লবা ঐ খোঙ অদুম হাম্লিংলক্লে । মদুদগীদি কনানা কনা খঙদ্রে মোংশোং অমদা হেক্তা চেনশিনবনি । অদুনা লিলা অমতা মকোক য়েংবা ফংলক্তে ।"*

ঐনা হায়ফেৎ নোক্লিংবা খাঙলগা হংই,

*"থাবল চোংবগীনা কমদৌবা ?"*

*"হেরা সিনিদা আর.কে. থাবল চোংবা হায়বসিমক্তবু নুপী ঙাক্তা হান্না চোংবা হৌইদনা ?"*

*"উম হৌই তাতোম্বা ।"*

*"মিনিট মরী অমা মঙা অমা চোংলবা মতুংদা লাউথোরক্কনি 'জেন্টলমেনশিং য়াউবীবা য়াবগনি ।"*

*"অদুবুদি লাউনৈনা ।"*

*"তো তো মদুবু হেক লাউরক্লবা ঐ খোঙ অদুম হাম্লীংলে অদুদগীদি তুরেল মখাদা, ৱাপলদা ।"*

তৌদা তৌরমদৌ হেক মাল্লি । ৱারী লীবদা মচু মমেন ফজনা থাকপা হৈ

তাতোম্বা । নোংমা ইমান্নবা অমা উন্নবা চৎপনি । ৱাখল অমদা উংদুনা চৎলিঙৈদা কোক্তোন ওইরপ কনানো অমনা কৌরকপা তায় হায়দুনা মথক্তা য়েংখৎলুবু তাতোম্বদু শঙ্গোই মথক্তা ফমদুনা লৈরম্মী । ঐনা ঙক্লপ-

*"এ ! কৈদৌরিবা তাতোম্বা ?"*

*"তৌরিসি উদ্রব্রা ? শঙ্গোই কুপ্লিবনিনে । ইগী শঙ্গোইসে কনা অমতা কুপ্পা হৈত্রেনে ।"*

*"তাতোম্ববু হৈব্রনে ?"*

*তৌবসু মানা য়ুম কুপ্পা ঐ অমুকতা উদ্রি ।*

*"হৈবা হৈতবা তৌরিসিনি । ঙাইখোনে নঙবু বেরিগা য়াওরিব্রা অমতা থকহৌগেনহৈ । য়ুম্বুনেনা তৌরিসিনা বেরি পুথোক্কনিকা খঙব জাৎ নত্তে ।"*

*"য়াওবুদি য়াওরি, অদু মখাদা কুমথরগা থকসিদনা ।"*

*"হেরা করিগী মখানো । কদাই লংখৎলকউ ।"*

*"হা !"*

করিনোনে হায়রিসিবো ? ইগী য়ুমথকসিদা বেরী থক্তৌরিবা ? করিগুম্বা চাকপা খোৎপা থোক্লবদি কমদৌবা ! অস ! ঐ অবেম্বগী সোমদা লাকচরল্লেদকো । কমদৌনিসিদি। ঐনা কিরপ মখা তারুই-

*"তাতোম্বা ফরক তানিদা ।"*

*"হৈ মসিগী অঙাংসিমা, কদাইনো লংখৎলকউনে ।"*

*"মখাদা কুমথরকপনা ফনিদা তাতোম্বা "*

*"কৈরাকসু য়াওদনা কদাইদা কুমদৌরিনো ?"*

*"হা (ঐনা ঙক্লপ) কৈরাকসু য়াওদনা কদাইদা কারিবা ?"*

*"পুখ্রেদনা (শাউনা খুল্লকই ) য়াম্না থুনা পুরক্কনি হায়রম্বনি, মহাচন্দাগী দা হৌজিকফাও লাক্রিসিনি ।"*

কান্নররোই মানা থোকপা তৌরসনু খন্দুনা বেরি মচৈ অমা মৈখেৎ উপুদুদা থেৎচিল্লগা লংখৎখি । মানা তাপ ওক্লগা শঙ্গোই য়াংলেন্দুদা ফম্লগা মৈখেৎ খেৎলগা বেরিদু চম্মী । ইশাসি হুমাং অনপ্পী কাংগে তৌরকই । কনা কনা থোরকপগে হায়দুনা শুমাঙলোমদা চেপথদুনা হাইফেৎ য়েংই । মঙোন্দা অমুক য়েংখৎলি । বেরিদু চম্লগা মৈখেৎ মরু অচাকপদু খুৰীগা খুদোম্বীগনা নোইদুনা মুখৎলগা শুমাঙলোমদা কন্না লংখি । ঐ পাকথদুনা য়েংবা হোৎনৈ

মৈখেৎ মরুদু । খল্লি, ঐবু তুমিন চেনখ্রসিরা । করিগুম্বা য়ুম্বুদু থোরক্লবদি কমদৌবা ! ফিভমদুদা ঐ চৎপা ঙম্বগী ব্বাদি লৈত্রে । করিগুম্বা শঙ্গোইদু চাক্লবদি বেরি পীরম্বা মী থিনরকপা শোয়দে। ঐ জ্ঞান তানা ফমদুনা মানা বেরি থকপদু লোইদ্রিফাওবা ঙাইদুনা লৈবা তারি । ওইথংবা মখুবাক্তুনা মখাদা য়ারগা য়েৎ থংবা মখুত্তুনা বেরিদু পায়রগা মরী মঙারক ফুস- ফুস চিংই । অদুদগী বেরি মতেক্তু মখুবাক্তা ফজনা শুরু শুরু নৈখায়দুনা মুথৎলগা ফুরিৎকী জেপ্তুদা হাপচিনখি । ঐ নে হেক তাই । পম্থরমদ্রে, চৎলগেফাও তাক্লমদনা তুমিন নাম্ভোরক্লে ।

তাতোম্বনা খ্বাইদগী হৈনদবসি ওইদবা ঙাংবসিনি । মঙোন্দা মীনম শোরি তৌবা য়াদে হায়বসি পুম্নমক্কা খঙনৈ । মাগী শীনফমদি খোংবাল লুকপান তৌবা, লৈপল তাখৎপা, মীগী শীং খায়বীবা, পাখোল চৎপা অসিনচিংবনি । পীগনি হায়খিবা খুৎশুমল শুনা পীদবা শুংয়া য়াদে । মাগী মওং খঙবা মীনা থবক শুদ্রিঙৈ হান্না মমল লেপ্লে । মহাক কনাগসু তিন্নদে । মাগী মমান্নবা হায়ববু ঐখোয় খরসিনি । মাগী কনাসু লৈত্রে । মমা অশোনবীদুসু কুইরে লৈখিদবা । নুপী লৈতে, মচা লৈতে। মতোমতনি চাউরবা ইখোলদুদা খুনু খোংবগুম লৈরিবা ।

কল্লক হেক পেনখিবা নুমিৎ অমা লৈখি । মদুমদি ঐ কাউগে হায়বা শুকঙম মঙমদ্রে । নোংমা অয়ুক অমা চা থক্কে হায়দুনা থোঙ্গালগী হোটেলদুদা চঙলুবনি । মনুংদা তাতোম্বদু মুরুম মুরুম শোন্দুনা ফম্লম্মী । ঐনবু হংই-

*"কৈদৌবে তাতোম্বা ?"*

*"হোটেল মমাঙদগী সাইকলসিবু কনাগীনো আর. কে. ?"*

*"কন্দাইনোনে ? (থোঙলোমদা চেপথদুনা য়েংলুরগা ) হক্সর অশংবসিরা ?"*

*"উম, মসিগীনি ঐনা খল্লল্লিবসি ।"*

*"মসিদি ইনাক খুনবা খোজোগীনি । তাতোম্ববু পামব্রনে ?"*

*"হোযনহৈ আর. কে. মসিমতং তোংবা ঙম্লবদি ।"*

তাতোম্বদু মতিন য়োত্তেদা থাকই । মুন্না য়েংই সাইকলদুদা । ঙকচাউ থেকপা, লৈকায়দুদা মা মঙাইরে চৎচরিবা খোজোগী মতৌদুগা কুম্মৈ মতেক অমা য়েংনীংদুনা ঐনা-

*" অদু ওইরগা লৈরগে হায়রোদনা ।"*

*"য়ারক্কদ্রনে আর. কে. ?"*

*"হায়দুনা য়েংনিদনা, কনানা খঙনি য়ারকপসু ।"*

তাইঙো ধোজোদু মপান্দা ভাষন কন্না চত্থরি । মানা ঙাংবা তাউ, মীনা ঙাংবদি তারোই হায়বা মীতানি । মাবু কনানসু নুংশিনদে। ঐ খঙই, ময়ামদু ওম্থোক্লা ব্রানা খাঙলে । কদোমদগীবু হৌগৎখিবনো খঙহৌদে তাতোম্বদু ধোজোগী মনাক্তা চপ লেপ হায়রুই -

*"সাইকলসিবু তাইঙোগী ওইরব্রা ?"*

কমদৌনি সিদি, ব্রা থোক তারে । ঐ অরেম্বগী ইনশিল্লুইদকো । ঐবু খামহৌবনা ফগদ্রা ! ধোজোনা তাতোম্ববু মুন্না য়েংলগা -

*"মান্নি কৈগীনো ?"*

*"তাইঙো, সাইকলসি ওম্থোক্লা পামজখ্রে, ঐ লৈজরগেনা ।"*

*"হা ?"*

*"ঐ লৈজরগে হায়জরিবা ।"*

ধোজোদু ইশি শিনা নোকই । ময়ামদু তাতোম্বগীদমক ব্রাবীদবা ঙমখিদ্রে । ব্রা ঙাংনদে, তুমিন তুমিন লৈনৈ । নোকখৈ নোক্লুরগা ধোজোনা হায়রকই

*"ফরে ফরে হৌজিকমক নঙগী ফুরিংখাউদগী লুপা চনি পুথোক্লগা থিয়ু । অদুগা পুজখিবা য়ানি ।"*

*"শোয়দ্রেকো তাইঙো ?"*

*"হেরা ধোজোনা ওইদবা ঙাংখ্রবরনে তোম্বা ?"*

তাতোম্বা মখুত্তু ফুরিংখাউদা শৎ হুমজিনখি অদুদগী লুপা চনি শৎ পুথোরক্লগা ধোজোগী মমাঙদা হেক্তা থম্মী । পন্থরমদে, "*সাইকল পুজরে*" হায়রম্লগা ইল্লগা অমুক্তং পুখিবু ধোজো ইঙক ঙক্লা য়েংহৌই । তোম্বনা কদাইদগী লুপা চনি পুথোরকনো, মাগুম্বা খোংবাল তৌরগা মপুক থাকপা মানবু হায়দুনা ঙকচাউ থেকলুবা ধোজো তাতোম্ববু খাম্বা ঙমদনা মমায় ইচপমুক ঙাংদুনা খাঙহৌই । ময়ামদু কল্লক হেক পেল্লদুনা ফুক- ফুক হৌগত্তুনা চৎনখি । নুমিৎ অদুমদি ধোজো তৌবা ঙম্বা মী অমা ওইজরবসু । তোম্বদা করিসু তৌবা ঙমখিদ্রে । ঐ কল্লক হেক পেনখি । লায়রববু মীনি খন্দবা বদমাস !

ঐনা তাতোম্ববু ঙক্লিবসি পূম্নমক অসিগী নত্তে । অমা লৈরি, ঐনা ফোঙবা শুকঙম ঙমদবা পাউখোং অমা । মহাক ঐখোয়দা খবর পাবা হেক হেক লাকই । মদুসু অয়ুক্তা নত্তে । মীনা খবর হুন্দোক্লবা নুংথিলগী মতমদা ।

শুমাঙদা ফল্লোই, মাঙ্গোলদা ফল্লোই। খবর পায়রগা শম্বল মরুমদা তুমিন ফমখিনি । পাক হৌগৎলক্লোই । খবর য়াম্না কুপ্না পাবা মীনি তাতোম্বা । য়ামদ্রবদা পুং ১ /২ খবর থাদোকপগী ব্রা লৈত্রে । পাবমখৈ পারগা ঈরা চেল্লবা মমীত্তু ফিজিনা তৈথোক্লগা তুমিন চৎখিনি । নোংমতগী নত্তে, খবর পাবা খুদিংগী । মাগী মতৌদু ঐনা শুমাং মতোন্দা লেপ্লগা হেক হেক য়েংহৌই । অদুদগী মানা দারী ময়াদা থম্লম্বা খবরদু ফাক্লগা য়েংগনি কপ্পা য়াবা করিবু য়াওরিবগে হায়দুনা নোংমতা থেংনদে, ঐগী পিক্লবা কোক অসিনা লাম্বা শুকফং ফংদে । ঐনা খলহৌবা হায়ববু করিগীনো তাতোম্বনা খবর পাবমখৈ পারগা মমিৎ ঈরা চেন্না হেক হেক চৎখ্রিবা ! ঐনা পারুবা মতমদনা কপ্পা য়াবা পাউ অমতসু থেংনদে । হোয় নোংমা ফাদোক তাবদা নুংঙাইতবা পাউবুদি ময়াওরকই । মদুমক্লা মীত্তগী পি তাবা য়াবমক্তি নত্তে । মসিদনি ঐনা মাবু ঙক্লিবসি । মানা চুপ্লিবা বসসি করম্বা আর্টিকলদনো নত্রগা করম্বা পাউদনো ঐ খঙদে । হংলুববসু নোংমতা খুল্লমদে । খবর পারগা কপ্পা ঙম্বা তাতোম্বমুক ঙকপসি ঐ পুন্সিদা থেংনদ্রি । কবিগী ওইরগবা !

৮।৯।০৫

# নুংশিবা

লৈকায়নদি কন্না হেক্তা মহায়নরে । ইবোহলসি নাত্রংনি, মোন্দ্রং শান্নবনি, অঙাওবনি । ঐতদি মথাজদ্রে । হায়ববুদি তা- মুনাননসু হায় নোংমা লম্পাক্তা ফন্নিঙৈদা -

"ইবুংঙো, খুঞ্জাওগী ইবোহলসিবু মকোক বেরা খর খর লৈবগুম তৌব্রনহে । গাড়ি অমত্তা উবা য়াদে নম্বর পংইদা ইশিল্লি ।"

"খঙদেবু তা- মুনান ।"

"নহান্দি নোক্লিংবা অমবু তৌরেদা ।"

"করি তৌরগেনে তা- মুনান ?"

"হেরা, নহান্দো গাড়ি অমা মখারোমদগী হাইগৎলকপনিদা । লৈবাক হাপলুবা ওইরমাল্লে মদুসু । অদুদা মানা গাড়িদু থোক খামলগা নম্বর ইশিল্লিবনিদনা। অদুদদি দ্রাইভরদুনা লুপা ৫ চৎপী ফজখরবা অমা শৎ পুথোরক্লগা ইবোহলদা পী, অদুগা করি হায়রমগে হায়ববু - ব্রারৌবা য়াদে সার ঙসিদি চে- চাং কাউজরল্লে । মসি হায়রল্লগা সেলরদু অমুক্তং থুম্না নেৎশিল্লগা থৌখিবু - - - ।"

তা- মুনানদু ইশি শিনা নোকই । তৌরমগনি তাইবোহলগী ফিজেৎতুগা। খাকি খোংগ্রাও অমগা শেৎচিল্লে, রেফ্রি অমগা য়ানশিল্লে। মখুত্তনা চে কলম থাবা লৈখিদ্রবা । ব্রাদি কয়া ঙাংগন্দে, মীনা হায়রিবমখৈ মহাক ভাব তাই । ঐনা মাবু মুন্না খংলিবসি দুরি শান্নফমদগীনি। নুংতিগী লাকই দুরি শান্নফমদা মাগী মওং মতৌদুদা ময়াম্না নুংশিবিদুনা ফমহল্লি, ফক মচি অমা পীদুনা মঙোন্দা

পাখোন শীদবা মী খুঞ্জাওদা লৈতে । ইবোহল ফমথবতা ঙায়রি অমনা হেক্তা
- - - -

"ইবোহল ফুরি খরা শিকলকউনহৈ । দুরিনা দুরি চঙদবনে । লাওনে শিদা ফমলুলাওনে ।"

মখা তাবগী দরকার ইবোহলদা লৈতে । হায়বদা অনিরক হন্নদবসি মঙোন দগী তমহৌবা পরান । হোৎচিন্দুনা ফুরি শিকপা হেক্তা হৌখি । মিনিট অমবু ফাদ্রি অমনা অমুক হেক্তা -

"কদাই চৎখ্রগেনে ইবোহলদুবো - হাই লাওনে নঙবো লেংবানসি অমুক্তা পায়রোনে ।"

ইবোহল হোৎচিন্দুনা তাপ তাপ মেৎপা হৌখি ঙাইহাক্তা শংদে অমগী অমুক ফুরি শিক, অমগী অমুক মশা নোইবী, অমনা অমুক পাখোন শীবি। ঙাইহাক্তুং স্বর হোন্দোকপদা ঙাইরি অমনা অমুক

"ইবোহল কদায়দা চৎখ্রে ? হাই ইবোহল সে-সে ইনে চাউবীদগী পান মতপ অমতা লৈরকউ, অবেস্বদুনা নঙ লৌজরো । হিদাক মনা হাপলকপা কাউগনুকো, ভাব তাবেদনা ।"

ফুক হৌগৎতুনা চেনখি । শিনি মাগী নোংমগী থবক দুরি শান্নফমদগী তাঞ্জবকপা শেল খবদুনা মনম নুংশিবা কেপষ্টেন্দু উপু অমা লৈরগা মখাবোম তোম্বীখোয়দা ফম্বা হেক হেক চৎলি নুমীদাংৱাইরম, লৈজবা ফি খবদু ওম্হোক্লা মচু শা শেৎখ্রপোৎনি , ফু-ফু কাম্লদুনা । নুমিদাং খজিক্তুং থেঙথবকপগী পুংফমদা হোবে হোবে লাক্লগা তোম্বীখোয় সুমাং মতোন্দা লেপলৈ । মাবু লাক্লবদি তোম্বীদু কয়া হৈনদে । করিগুম্বা মাঙ্গোলদা ফি শাদুনা লৈবম্লবশু ফিদু তনকোল কোনশিল্লগা ইমুংদা প্রপ-প্রপ মচঙখি। নুমিৎতুমা ইমুংদগী মপান থোবকখিদ্রে, তোম্বী। চঙখ্রে, থোরক্ত্রে হায়দুনা হনবীবা ইবোহল নত্তে । তোংলিবা খোঙউপতু সুমাং মতোন্দা থনম্লগা মাঙ্গোলদা শৎ কাখৎলি । দাবি ময়া নক্লা ঙারিবা কৌনা ফক শেগাইবদু থারগা ফমদুনা পোত্থাই । অমস্বদুদা ফম্মী মতোমতা । থামম্বা অহিংগী অতিয়াদা থোক্লিবা মশীং থীঙমদ্রবা থৱানমিচাক্কী মপৈদু য়েংলদুনা ফম্মী তুমীন । ফুরিৎ খাওদগী কেপষ্টেন উপুদু লৌথোক্তুনা নোংদারদু শেৎ শেগায়বগা মচৈ অমা লৌথোক্তুনা চম্লগা থক্কৎলি । তোমবী থোরক্তে হায়বগী থোইদোকপা মঙোন্দা নাচুংবা লৈতে । ঙাইহাক লৈবগা মানা নুংতিগী য়েপশিন্দুনা থম্লম্বা

কংক্র ঙাম্বক্কু উরা হুমদাংদগী লৌথরগা গঞ্জা নোইবা হৌগৎলি । নোইখে নোইরগা ইমুংদা ওনশিন্দুনা -

"তাবীরিব্রা ? ঈশিং খিত্তা লৌজগে ।"

পুথোরক্তে । পুথোরকপদি লায়রদনা, পাউখুম ফাওবা পীবীরকপা নত্তে। মতৌদু য়েংই তোম্বীনা মাঙ্গোলগী থোঙনাও খজিক হাইদোক্কুনা। গঞ্জাদু কুপ্পা নোইখাইরগা ঙাম্বক অদুদা ফজনা হাপচিল্লগা চিংবা হৌই, ফুস- ফুস। থনুংদা ওমদুনা লৈরিবা মৈখুগী মপৈদু য়াম্না তপনা তপনা কামথোক্লগা ৱাখল তৌই, মখদাং মেৎলদুনা । মতৌদু উরুরগা তোম্বী নোক্লিংলমাল্লে, থোঙনাওদু গম থিংজিল্লগা থিক থিক নোক্লকই। ইবোহল নাচুংবীদে থোইদোক্লা লুথনা খম্বগী মওংসু উদে । ৱাবগী মমীসু তাদে থকপা লোইরগা কংক্রদু উরা হুমদাংদা য়েপশিল্লগা ফম্ফম ফক্তগী চুকটতু মাল লৌখৎলি,মফি কম্থোকই । ইমুংদা হায়রপ ওনশিল চৎলগে তাকলমলগা অমম্বা মরক অদুদা তুমীন চৎখিরম্মী ।

তোম্বী, ময়াম্নদি তোম্বী তোম্বী হায়না অদুমক কৌনরে । মহাক্কী অশেংবা মমানা থোঞ্জবা মিংদি লৈমহল কৌই । মশক থীবমক্তি নত্তে কুলৈ কুচুনি, চুং ফিরাল চানা নিংথীজৈ । মাগীনি হায়বদা মমা লুপ্রাবীদু নত্তনা কনাসু লৈত্রে । মবুং মৌপৱাগা লৈতবগা ওম্থোক্লা কিনা ৱানা মচাবু চাউনবা য়োকচরকপনি । ইবোহলগা তোম্বীখোয়গা থোইনা লাপনদে । ইবোহলবু মানা মশক মুন্না খঙদ্রবসু মপাম্থোংগী ওইবা খরমখৈদি খঙই অঙাওবা নাত্রং চুবনি হায়দুনা কয়া থওইনা তৌবীদে । লাক্লবসু ফিদা থাবীদে, নুমিৎতুমা ইমুংদগী মপান থোক্তে । মমানা চৈ ঙাংই -

"নুপা নহাদা অদুগুম্বা লমচৎ চৎপা হৌনদে । পূম্নমক চম্না লোয়নবা তমগদবনি । মহাকসু মী অমনি হায়বসে নং খক কাউরোইদবনি ।" তোম্বী য়ানিংদে । মাবু নিপা অমনি মী অমনি হায়না খল্লুবদি লায়রদুনা নিংশিংবা ফাওবা পামদে । মহাক্লা উরাদা য়েপতুনা থমজরম্বা গঞ্জা কংক্র লৌথোক্লগা লংথোকপী । লংথোকপগী মশীং খঙদে চৈবগী মথোঙ খঙদে । অসুম্না লেল্লকপই চহী কয়া ।

নোংমদি তোম্বী, ইবোহলগা চপ- চাবী ৱা অমা ঙাংনরগে লেপ্লে। নুমিৎ অদুমদি ফজনা ফক অমা থারগা ফমহল্লি । ইবোহল থোইনা হরাউবা লৈতে, চঙলক্কুনা হান্নগুম্না অদুম ফম্মী । কেপষ্টেন পুথোক্কুনা থকই, তোম্বীনা খিতং কল্লপনা

"তাইবোহল"

"হুম !" ইবোহল খংপ্রেক শংই "কৈদৌববা ?"

"ঙসিদি তাইবোহলদা ব্রা থমতং হাযনিংই ।"

"হায়যুনা, কবিনো নংনা হাং িংবদু ।"

"কবিগীনো তাইবোহলনা মফমসিদা নুংতিগী লাক্লিবসে ?"

"পাখং অমনা লেশাবী অমগী মযুমদা তোইনা লাকপবু কবিগী ওইগদগে? নাঙনা শাউগনবসিনা ।"

লুমাঙদা চাইথবিবা শম মনা খবদু মখুৎ অনি চঙনা অমুক্তং খোমগৎলুবগা হাযবকই ।

"তশেংনা হাযববদা তাইবোহলনা মফমসিদা লাকপসে ঐ কযা পামদে। ঐগা নুংশিনজবা নুপা অমা হান্নলা লৈবে । অবেম্বদা মতম মাঙহনবীগনু। ঐতা নত্তে খুঞ্জাওসিদা লৈবাং লৈখন সুনা শাৎপনি ।"

"শাউখিনুনে নহাকপো, নঙনা শাউগনবসিনা, সে ঐ ব্রা হাযগে।"

"যাবে, ঐ তাইবোহলগী ব্রা তাবা পামজদে । ঙসিদগী হৌনা মফমসিদা লাকপীবগনু ।"

তোম্বীগী নুংহিক্লবা খোঞ্জেলদু তাবদা ইবোহল নাকমদা অশাবা নুংশিং যৈবকই । মখুত্তা পাযবিবা চুকটতু অমুক্তং লৈমাযদা সুক সুক নৈখাযকবগা তোম্বীবু মুন্না যেংলকই । হায়বকই শোল্লপন -

"ঐনা শিদা লাকপসিবু যাম্না কাযবব্রা ?"

"কায!" শাউবপ্লা "কায, যাম্নাকায তাইবোহলনা নুংতিগী মফমসিদা নৈশিন্দুনা লৈবদগী মহাক লাকপা ঙমদ্রবনি । কবিগীনো তাইবোহলনা মফমসিদা নুংতিগী লাকপীবিবসিবো ? তাইবোহলগা ঐগা কবি থোক্লবগে"

"মহাক" ইবোহলনা শোম্থাংননা "মহাক লাকপা ঙমদ্রবা !"

ইবোহল মখা তাবা ঙমদে, তুমীন লৈখি । ফল্লিবা ফক অদুনা মাবু চৎলো তানবগুম চক চক থিনবেই নীংলকই । নোংমতা তোম্বীগী মচিন্দগী অসিগুম্বা খোল তাখিদ্রি । খল্লকই মপুক্লিংদা মানবু তোম্বীদা কবি হাযখ্রবগে ! কবি অকাযবা লমচৎপু চৎখ্রবা । অসুক কুইবামতম, মানা তোম্বীবু নুংশিজবকই, মাগীদমক হিংলিবনি খল্লম্মী । অদুবু ঙসি তোম্বীগী থম্মোয কাযবা ব্রাঙাং তাকুবদগী ইবোহল মপুক্লিংদা লকক্লবকই । পুক্সিগী অহানবা পন্দুপ সিমক্তদা পুক্লিং নুংশি নুংওন্নবকই । লুমান লৌথোক্তুনা মমীৎ অনিমক হন্না হন্না

তৈথোকই । পিরাংবু শিন্থখিব্রা ভাব তাবা ঙমখিদ্রে। তাল্লকসিদা তোম্বীনা অহিক্লনা হায়রকই -

"কনানা পাম্বীগনি হায়দুনা তৌজ শারিনো, নশাগী ফিভমদি ইয়েং য়েংদনা । চোপনিংদ্রবদি মফমসিদা লাকপীগনু । মফমসে তাইবোহলগী গঞ্জা থকফম নত্তে ।"

"লৈমহল- "

ইবোহলগী 'লৈমহল' হায়বা খোঞ্জেলদু তাবদা তোম্বী স্বাই লাউই । মিংগৌ অসিমক্তি মমা নত্তনা কনাগী মফমদগীসু তাবা ফংলক্তি । মমানা ওষ্থোক্লা নুংশিনা কৌজবা মিংনি লৈমহল, তোম্বী করিবু খল্লুববনো তুকথ মীৎয়েং অমনা ইবোহলবু চিংনা য়েংলকই । মানা য়েংলুবা মতমদদি ইবোহল ফমফম ফক্তগী হৌগৎখিদুনা সুমাঙ মতোন য়ৌখিরম্লে । তোম্বী ফিশাফান্দা কয়াম কুইনা ফমদুনা ব্রাখলদা উংলুবনো হায়বা ভাব তাখিদ্রে । মমানা অহুমলক কৌববু, তোম্বী তাখিদ্রে ।

"লৈমহন, লৈমহন - - "

"হুম!"

তোম্বী খংপ্রেক খংই । হন্না য়েংলুবু মমাদু থোঙজিন ময়াদা লেপলম্মী, মতৌদু উরগা মমানা হংলকই ?

"ইবোহল চৎখ্রব্রা ?"

"উম, চৎখ্রে"

মমাদু ভাব তাই । ঙসাইমখৈ থোঙজিন মরুমদা তারম্লিবনি । মখ তারকই-

"মীঙোন্দবু অদুম্মা হায়বা হৌনব্রনে নঙবো, পঙখ্রেদকো নঙঅসে । ইমানা হায়বসে লৌদেদকো ইবেম্মা ।"

"ইমা !"

তোম্বী মখা তাবা ঙমদে । মাগী থোইচৎনবা মতৌদুদা পেলহৌদ্রবা মমানা শমথরকই -

"মীগী মগুন্দি ঙাংথোরকপা, শাজৎনা খক ওইরোই । তৌথোরকপা থবক্লা উৎকদবনি। মীবু মীনা করিগী অদুক হঙ্গোইনা খনগদগে । তুশোন্না লৈরিবা ঐখোয়নি করিগী কাউবগে নঙনা ।"

তোম্বী লুকথখিবদগী মমায় হাইগৎলকখিদ্রে । মহাক লানখ্রে হায়বদি

খঙই । কমদৌনা লানখিবনো হায়বদি মহাক খন্থবা ঙমখিদ্রে । মমাদু মচাগী মতৌ উবদা মখা তাখিদ্রে। শোল্লপ হায়রকই-

"লাকও, লাকও চঙলকও! মতমসি থেঙলবনি ।"

চহী ফানীংচিৎ হৌখ্রে । মতমদি লেপ্পা লৈতে, মীওইবগী পাংথোক্কদবা থৌদাংদনি মৱাৎহৌবা । লেপ্পা লৈতবা মতমগী কল্লবা ঈচেল্লক্তা তোম্বী শাহৌ ফনা শারেপ ফারকই । অউ খুদিং মিতানফম ওইরকই । ৱাখলসু লেপ্তুম ফারকই । ঙাউনা ফৈনা হৌখিবা মতম ঙসিদি নৎখিদ্রে । সংসারগী অফ- ফত্ত খুদিং খন্থবা ঙম্লক্লে ।

ঙসিদি তোম্বী কন্নমক মখল্লক্লে ইবোহলগী ৱা । কুইরে উখিদবা । মানা নোংমা অথীবা খোল থাখিবা নুমিৎ অদুদগী মহাক্কী সুমাঙদা খোঙ্গুল তাবখিদ্রে। কদাইদা চৎখ্রবা, করি থবকপু তৌখ্রবা মহাক্কী অশেংবা ফিগৈ খঙখিদ্রে । মহাক্না মহাক্তগীনি খন, অথুপ্পা থম্মোয় কাচিন্দা লাৎচরম্বা লম্লানবা মহাকসু মকাদগী তামখ্রে । লায়রবী, লুখ্রাবী মচানি খন মাবু থাদোকপিরম অহেনবা কাইদোং য়েংখিবস্মী । অসুম্না লেল্লকপনা কুম অমসু মহৌখি । নোংমা পুন্সিগী ইনখৎলকপা ত্রাঙ্কক অমদা মানা থওইনা তৌবীখিদ্রবা ইবোহন্না 'লৈমহল' হায়না কৌরম্বা মিকৌ অদুগী মমল ঙসিদমক খঙলকই ।

কুম অদু ঈশিং য়াম্না চাউখি । ইঙা অনি পানখিবদুনা ওইরম্বা য়াই, পূম্নমক্না থাজনৈ । হাংবা লৈতে, লৈরক কোন্সাং চবীৎ চবীৎ । পাৎ তুরেল পূম্নমক ঈশিংনা ইমায় চোনখ্রে । মীপূম খুদিংমক মিহুন চেনগুম চেনগানরকই । অবৈবগীদি ৱাবীদে, থওইনবু খল্লুদে । নোংমগী খুৎশুমলনা চাবা নোংখন্নরিবশিংদদি কোকথক্তা বজ্রা তাবগুম থোক্লরবা মতমনি । হাংবা লৈত্রবা কুমগী নোংনা লেপ্পা লৈতনা হৈথরকপনা ইম্ফালগী খা থংবা লমদম খিবিক ঈশিংনা তরং ওইখ্রে । কংফাল মচেৎ অমতবু উখিদ্রে । ঈশিংগী অৱ াবা মরক্তা চাবা ফংদবগী অৱাবনা শদৌ থোংনা খাঙনরকই ।

তোম্বী মমা মচাদি কমদৌরি । কদাইদবু চেনগদবা, কনাগী মফমবু শাইদাংলুগবা। খনবগী লোইবা নাইরক্তে, ৱাখলনা পোৎলুম্নরকই। লৈরম্বা শাগাই শীথদুনা, য়েন্নখাদা তাউদুনা লৈরিবা উকক খর খোমজিল্লগা কাংথক মচা অমদি মমা মচা চঙদুনা শেমজিল্লে । মতম খরদংবু লেনবা য়ারবদি হায়দুনা কাবকপা নাথুপফম অমদি শেমজরে । হৌজিক্তদা নে- হেক তাই ।

ঈশিং মরক অদুদা মমা লুখ্রবী অদুনা হোবে হোবে হোৎনরি । য়ুমলোন্নবা কনাসু মশক উখিদ্রে। মানা মানা থোকপা হিংনবগী লম্বী ঙম্নমক থিনখ্রে। ঈশিংনা তরং ওইখ্রবা,পাক চাউখ্রবা ঈশিংগী ঈপাক অদুদা তোম্বী মমা মচাদমক তরক তাহৌরে । ঙল্লিঙৈ মফরম্মী । মমথরক্লবা, থামম্বা অহিংগী অতিয়ানা ঈথক ঈপোম মরক্তা শিবগী তাণ্ডব জগোয় শারক্লবা মতমদুদদি তোম্বী অকি তুজুংনরকই । করি নত্তবদা ঈপাম্বাগী তয়ীংলবা অহিংদা হুমাং ঈরিক্লরকই ।

তাংদাংবা অমা খঙলবসিদদি তোমবী মমা ঙসাইমখৈ কাউথোকলুরবা চাক্কী ব্রা নিংশিংলক্লে । তোম্বীদি খরবু মফরি, চজিক খর লৈরমদুনা চাখ্রবনি । আরাম খৌরাংবনা তোম্বী মমা ফম্মুংদা য়াম্ফক তাবগুম তাখ্রে। ইখ্বোলদা হৌবা মনা মশীং য়োল্লগা চাজবা তোম্বী মমানি। নোংহৌ অসি মওং অমনি ঈশিংবু চাউগদৌরিব্রা করিনো খন্ন- খন্না করিগুম্বা অমতবু লাংশিন্দুনা থম্বা ঙমহৌদে । তোম্বী ঈশিং কুমথদুনা মপান থোরকই । অমম্বা অহিংগী অতিয়াদা থারবা নোংগী মপৈনা সংসার প্রলয় হৌগদৌরম্লে । থামম্বা অহিংগী মথানুংদা পাক চাউরবা ঈমায়দগী কারকপা পিক্লবা ঈথৎ মচাশিংনা লৈনা জগোই শারম্মী । কনাবুসু উখিদ্রে তোম্বী। অদুক চাউরবা লৈকায় অদো চেক- মোক লাউখিদ্রে, থামম্বা অহিংনা য়োৎশনখ্রমাল্লে । পিদোল্লবী তোম্বী মিৎলুদা পিগী ঈরা হৌরক্লে ।

অসুম্না নোং ঙানখিবা খঙহৌদে তৌফম খঙদনা ফুম্বংনরিঙৈ, মপান্দা মীনা কৌবগী খোঞ্জেল অমা তারকই -

"ইন্দোল- ইন্দোল,, হো ইন্দোল ।"

তোম্বী ফুক হৌগত্তুনা থোঙ তম্লা থোরকই । মশাদু ইতন তম্থে, অরাম খৌরাংবনা খৌগংনরকই । কনাবু ওইরিগবা খন, থোঙ হাংদুনা য়েংলুই। করিনো সিদি ! তোম্বী চপ লেপখ্রে । পোং মথক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী ইবোহল। মনাক্তা লৈরি চাউতক তৌবা বোড়া ময়োম অমগা চাউরবা শীংবুন অমগা । হংলকই তোম্বীবু উবদা -

"ইন্দোন্দি ?"

তোম্বী খুমদে। তৌফম খঙদ মখুৎ মশা থেক লেপ্লি অদুমক । মমানবু হংলকই তপ্লপ-

"কনানোনে ইবেম্মা ?"

মচানুপীনা খুল্লক্তুবদুদা শোল্লি শোল্লি হৌগত্তুনা মপান থোরকই। পোং মথক্তা ইবোহন্না তৌরমলিবদু উবদা ঙক্লপ হংলকই -

"ইবোহল, করিনো নঙনা তৌরক্লিবসিদি ?"

ঙাংবা লোইদ্রিঙৈ ইবোহন্না মথং মথং ঙাংথরকই -

"ঐদি ওইনামলোমদা চেন্নখিবদুদা য়াওখিব্রা হায়দুনা কোইথি থিরুরে। অদুগদি য়ুমদা কাংথক শাদুনা লৈহৌরে হায়বা তারে । অঙম্বা খরা পুরক্লিবনি। সে, কদাই থম্মুগে ? চেঙ হব্রাই, মনা মশীং ঙম্নমক য়াউরবনি । ইন্দোলখোয়, ব্রারমলনি খনবদা তূম্বা হীপ্পা য়াদ্রবনি। কাংথকসিনা কমদৌনা শারিবা ? ও হো উপুসিদি কৈদৌরবা ? লোইনমক চেকখায়বা তারেনে লাউনে লৈমহন কবি য়েং লৈরিবনো উপুসি থাংগৎসিনে ।"

কোইরাঙ হেক লাঙই । তোম্বীমমা চারা হেনবগী অব্রাবা পুমকাউ কাউখ্রে। মীপুম খুদিংনা মশা মশাগী য়েংদুনা চেন্নখ্রবা মতমসিদা অঙাওইবনি হায়দুনা মীথানবীদ্রবা মীশক অসিনা মমা মচাগী মীচঙ মীথোক হায়বদো ওইররে ।

"ইবোহন"

মখা তাবা ঙমদে তোম্বী মমা । ইবোহলবু নুংশিনা য়েংলদুনা তৌফম খঙদ লেপ্লি ।

"কৈদৌরবগে ইন্দোন ? লৈবংকসু অমতা শেম শাদে । কাংথোল অমসিগী মথক্তা লৈবং তারসি অদুগামথক্তা দরম মখুম অমা থারগা থোংনবা যাগনি। ঐ লৈবাক পেক্লগা শারম্লগে লৈমহন চাক থোংনবা তৌ ইন্দোন চাক লাম্লম্লগনি ।"

হেবে হোবে থোকখ্রগা কদাইদগীবু পেকলুবনো লৈবাক ফনা য়াম্না পুবক্লে। মশা পুম্বা ঈশিংনা পুমচোৎ চোৎলে, ঈরুপ্লগবু পেক্লকপ্রা খঙদে। প্রপ প্রপ হোৎনদুনা লৈবং শাবা লোয়খ্রে । তোম্বী হোয়নি মায়নি হাযদে। য়াংকোক থিদুনা চেঙ খপতোক্লে, চাক থোংনবা তৌখ্রে ।

"ইবোহন ইন্দোলবু করি হায়গদবনো খঙদ্রে । অসুক ব্রানরবা, অমনা অমবু হন্না য়েংবা ঙম্নদ্রবা মতমসিদা নহাক্না মমা মচাদু ব্রারম্লনি হায়দুনা চেঙ- চাক থিনবা লাক্লি ।"

"হেরা ইন্দোন, খঙন- চান্নবা হায়বসিদি সি, ঙাক্তনি। কৈসু ব্রারুনু, ঐ লৈরি । কনা লৈতে কিরুনু । অহিং চুপ্পা মপান্দা ঐনা শঙগদৌরিবনি।"

"ইবেম্মা, লৈমহন- নঙ তাইবোহলগী ফি হোংনবা অমতা পীযুনে নঙবো। ওম্থোক্লা ভাব তাদেদকো নঙসে।"

"এঃ যাবে ইন্দোন, ঐ অমুক চৎলুখিনি।"

তোম্বী ফুক হৌগৎতুনা মাগী ফিযোমদুদগী ফি মতেক অমা লৌথোক্লগা ইবোহনদা লানশিল্লি, ৱাদি ঙাংদে।

"হোংদ্রবসু যাবসিদা"

"ইচোৎ চোৎলে নুংঙাইববোই" - তোম্বী ইবোহন্দা মীৎচিনা হাইফেৎ যেংলদুনা মখা তাবকই

"অচোৎপদো ঐ কংননবা ফৌদোকচবন্নগে।"

ইবোহল থোইনা খন্থকদে। তোম্বীগী মখুত্তগী ফি মতেক্তু তাপ লৌবগা অচোৎপা ফিদু হোংদোকই।

"ইন্দোন চৎলুখিগে, হোবেল অমুক লাকখিনি।"

"ফবে ফবে নঙনা খব যেংশিনগদৌবা মঙাইবে, ইমা- ইচাগীদি কনা লৈতেকো ইবুংঙো।"

"এঃ ৱাকনুদা ইন্দোল, ঐ লৈবিসিদি।"

ঙাংনা ঙাংনা পোংদু হোন্দোক্লগে থৌবাংলকই। মাঙ্গোলগী ঈশিং মবক্ত অচোৎপা ফি পাযদুনা লেপ্লিবী তোম্বীদু নুংশিনা যেংলদুনা

"লৈমহন"

তোম্বী, ইবোহলবু চিংনা যেংলকই। কবি হাযবক্কদগে ঙাইবি, খুর্মদি খুম্লক্তে।

"ৱাকনুদা, হোবেল অমুক লাকখিনি। কানবুসু কীকনু নবুং লৈবি ইচনসিদি।"

মখা তাবমদ্রে, পোং হোনবা হৌখ্রে। হন্না ফাওবা যেংলমদনা পোং হো দুনা চৎখ্রিবা ইবোহলবু যেংহৌই তোম্বীনা উবিমখৈ। মানা নুংশিজকবা, মহাক্তনা মহেল্লে খন্দুনা মথম্মোযদা লাৎচবম্বা মহাক অদুনা মাং কাওথোকপীবন্নগা চৎখিবা। অমবোমদা মী অমনি খনবদি লাযবদুনা নিংশিংবা ফাওবা পামখিদ্রবা নুংশি মীৎযেংদি লাযবদুনা অথী মীচৈ ফংখ্রব মহাক অদুনা মমা মচাবু মোংফমদগী চিংখৎপীগে থৌবাংলবিবা খল্লুবগা তোম্বি পিবাং শিন্থবোই ঙমখিদ্রে।

নুমিৎ অদুদগী ইবোহন অমুক হল্লকখিদ্রে মানা হোংদোক্লম্বা, অমুক হন

লৌরখিদ্রবা মফি মরোলদুবু য়েংলগা তোম্বী অহিক্লনা খাঙলকই । ঙাইনা- ঙাইনা লেল্লকপনা ঈশিং ময়েং তাথরকই । ইবোহন্না পীরম্বা চেঙ হৱাই হৌজিক ফাওবা চানরি । মীপূম খুদিংমক মাগী মাগী মফমদা হঞ্জিন্দুনা খুন্দা- লৈতানরক্লে । হান্নগী মওংগুম পাল্লক্লে । অদুবু ঙসি ফাওবা ইবোহল খোঙ্গুল তারদ্রি। নুংতিগী ফিশাফক্তা ফম্লগা য়েংই, থোঙ্গাললোমদা, মাগী হেক হেক লেপফম সুমাঙ মতোন্দা । তোম্বী, মচি মচিদা ফমদুনা চিন্তা পোৎলুম্নরকই । ফোঙঙমদবা অৱাবনা শদৌ থোংনা খাঙলকই ।

মমানা হেক হেক হংই । কৈথেল কুম্লকপা খুদিংগী -

'ইবোহলদুবু লাক- লাক্তেকো ?"

"লাক্তে" হৈনীংদনা খুম্মী তোম্বীনা ।

"করিবু তৌথ্রবনো অসুক কুইবসে মৱা মপাউ অমতা তাখিদ্রো । মহাক্না তৌরম্বা মতেং করম্নবু কাউরসিবা !"

মমাগী ৱা তারুবা লৈতনা তোম্বীনা শোল্লপ হায়রকই -

"ইমা, মহাকসু মীনিকো ।"

তোম্বী খোঞ্জেল নিকপগুম তৌখি । মমা লৈ হায়বা কাউখ্রে । হায়ফম খঙদ্রবা তৌফম খঙদ্রবা মথম্মোয় নুংদা লোৎনা মিকপনরকই। তোম্বী মমা করিবু খল্লুরবনো মচানুপীবু মুন্না য়েংলম্লগা ইমুং তম্না তপ্না- তপ্না চঙখিরম্মী।

৬।১১।৮০

# অনাবদুবু কমদৌরমগবা

অনাবদুবু কমদৌবমগবা ?
খন্না খন্না বস থাফমগী খোংনাং মখোঙদুদা ফল্লি ইবেতোম্বী । মনাক নকপা পোৎফমদৈ অঙাংশিংনা চানবা ঙস্মোক খবসু মবৈশিল্লুই । মশম মনা ইফা ফাববী মচানুপীগী মকোক্কু অমুক্তং নাম্থবীবগা হংই ।

"*নঙবু চাক লাল্লব্রনে ?*"

মচানুপীদু খুমদে । অশিৎ অৱাম্থাগী শবক নালাদা তাশীন্দুনা পৈবিবা খুনাম উফুলদুদা মখুৎ খুদোম্বীদুনা কোৎ কোত্তুনা শান্নবি। মতৌদুদা নুংঙাইত্রমাল্লে ইবেতোম্বী, হাযবকই

"*যুমহেক যৌবগা থোংলগা চাগদবনি ইচাসিদি ।*"

*খাউদগী চানা লৌথোক্লগা মখুত্তা খবা হাপ্পীবে । মমিৎনা বস লাক্কদবা মাযকৈদা*

"*লাকখিদ্রেদকো গাডি অদুসু ।*"

ইবেতোম্বী ফম্না ফম্না মঙ মঙলকই - চহি খবগী মমাঙদা মহাক্লা মপামদা লাখিবা মতমদু নিংশিংলকই। মতমদুদদি মহাকপু কযাদা লুনা চান্না তৌবীখ্রবা । মানা পুজবকপা অচা অথক খবদু মবুং মৌপ্পাশিংগা হবাউ- হবাউ চামিন্নখিবা । মমানা কোযবাং লাঙজদুনা ঙা থোংবা মথেল অমদি শোযদনা পীজবনি। মবুংশিংনা মাগী অৱা অনাদা ৱাবিখিবা । অদুদগীদি মবুংশিংনা পীবকপা লুপা খবদু পুবদুনা মযুমদা হবাউনা হল্লকখিবা । মপুবোইবদা পাউ তমজদুনা নুমিদাংগী চাক চামিন্নখিবা । কযাদা নুংঙাইবা পুন্সি অমা ওইবমখিবা । ঙসিগী

থৌদোকসিগা কয়াদা খেন্নখ্রবা খল্লুরগা ইবেতোম্বী কপ্লোই হায়বা ঙমখিদ্রে ।

মপুরোইবদু কুইরে শোল্লি মাল্লি শিকি থোক্তনা লৈরকপা । মচা মরীদু থাক্লবা হোৎনবদা নোংমতা মীগী খদাং মখা থাখিদবা য়াওদে । মপাদু লৈখিদ্রবা চহী ৪ গী মতুং মাগী মতেং খরদং ওইজরম্বী মমাদুসু ঈশ্বরগী খুয়া তানখি । মমা হেক লৈখিদবা মতুংদগীদি ইবেতোম্বী মপামগী মহাও কোক্লকখি । চৎসু চৎলুদ্রে । কুইরে চহি ২ বু হৌখ্রে । মপুরোইবনগা শোনবগা, শোল্লি কৈদৌনি হীদাক লিক্লি অমা ফাওবা লৈদুনা পীথকপা ঙমদে । খাঙবা য়াবা খাঙলে, মমৈথংদা অতৈ উপাই লৈরক্লদুনা মবুংশিংদা পীয়ু হায়রুরগে খন, নুমিদাং চেঙ ৱান্নবা থমজবা পৈশা খরদুনা অঙাংশিংগী ঙস্মোক খরা লৈশিল্লে অরেম্বা খরদুনা ভারা ওই অঙনবা গাড়ীদা হাইগৎলকপনি ।

মানা থুংলবা মতমদু নুমিৎ চুরি কুমদ্রি । অৱাং থংবা শঙ্গোইদা পাংয়োং শারম্বী মনমহন্না মাবু উবদা কৌরকই-

*"নঙ লাকইবোরে ?"*

*"হোয় ইনমহন "*

*"চঙউ চঙউ ননমতোনখোয় লৈরিনি ।"*

শুমাঙদা লাঙলম্বা অঙাংশিংদু তুমিন লৈনখি । মাবু উবদা চিবোন চিবোন ৱারি শান্নবদুনা পুল্লপ লেপ্লি মখাথংবা য়েন্নখাদা । মাঙ্গোল কাখৎলগা হান্না থাদুনা লৈরম্লবা ফক অদুদা ফমদুনা ঙাইহাক অৱা পোত্থারি । গাড়িনগা মী চিন্না তোংলকপনে শ্বর শাংনা হোন্দোক্লরগা মানা পুরকপা ঙস্মোকশিংদু পুথোক্লনা অঙাংশিংদু কৌশিল্লগা য়েন্দুনা পীজে । ঙাইহাক লৈরগা মনমতোন্দু থোঙ্গাললোমদৈ চঙলকই । চমোৎনবা ফি- রোল শেৎ ইল্লদুনা ফল্লিবী ইবেতোম্বীবু উবদা মনমতোন মচুক পৈরপ কৌরকই -

*"নঙ লাক্লল্লিবোইরে ?"*

*"হোয় ইনমতোন । তাচৌখোয়বু চখোক্লখ্রব্রা উদবসিবু ।"*

*"লৈরমগনিনা । ওফিস কাবা মতমসু ঙাইহাক মৱাংলি । ফম্মু ফম্মু, ঐ থবক ইনখাং অমুক্তা লোইশিনখিগে ।"*

মখা তারমদে ইমুংদা থুরপ চঙখি । ফম্মি মতোমতা অসুম । মনম্মশিংদু চুম্না কৌরম্বদগী হেন্না কনানসু মানা লাকপগী মরম হংলদ্রে । মনমহনা চৎলকই, ফজদে হায়দুনা চঙলকপনি হায়বা ইবেতোম্বী খঙই । মমা লৈরিঙৈ মতমদদি কয়াদা নুংঙাইরমখ্রবা মতমদুদদি ইমুংসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্লা

মাবু লুন- কিনা তৌবীখিবা । মানা মথ্বায় খজিক নুংঙাইতবা উৎলুবদা মমানা মাগীদমক পাম্বোম তিংনা লেপখিবা । মমাবু কিবদগী মবুংশিংনা মাবু থেমখিবা, মনম্মশিংগী চিন্বাম্বোঙগী নুংশিবা ব্রাহৈ ঙসিদি ইবেতোম্বী ওম্বোক্ল া নিংঙম্লক্রে, য়াম্না নিংঙম্লক্রে । খল্লুরগা হেন্না হেন্না ইকাই নুংশি য়ান্নরকই ।

*"হাই মেম্মা নত্রা ?"*

হন্না য়েংথোক্লুবদা মবুংয়াইমা সুমাঙ মতোন্দা লৈরম্মী । খুম্লকই হৈনিংদনা

*"মানি তায়াইমা ।"*

*"কয়াম কুইরে হা, ননম্মশিং উন্নরব্রা নঙবো ?"*

*"হোয় উন্নরে ।"*

*"ফরে ফরে ঐসু ওফিস থেঙখ্রবনিনে ।"*

মখা তারমদনা চঙখি । ঙাইহাক লৈরগা ওফিস থেঙখ্রে হায়দুনা হোবে হোবে অদুম্মক চৎখ্রে । করি হায়বা লাকপনো ? করি অৱা অনা তারবগে ? চাক চারক্লবনে নঙবো হায়নফাওবা কনানসু হংবীরদ্রবা । মবুংশিং অদুনসু চুম্নগী লাক্লিব্রা হায়বদগী হেন্না করিসু হংবীরদ্রবা, মনাক্তা ফম্লম্বী মনম্মশিংসু মানা মানা থোকপা তৌনখ্রবা মাঙ্গোল অদুদা মতোমতা তরক ফমহৌরিবী ইবেতোম্বী মথম্মোয়দু থক থক নিক মীৎলু নাপোম অনিদা পিগী ঈরা ঈহৌরক্লে । কয়াদা আশা চাওনা লাকচবা । অশোনবা মপুরোইবদুগী হীদাক খরদং লৈবীনবা মবুংশিংদা হায়জগে লাকপনি । মবুংনি পোকমিন্নবা, মাবু লুনা তৌবীরকখ্রবা । *"করি হায়নিংবগেনে ইবেম্মা নঙবো ? অনা অয়েক য়াওব্রনে ?"* হায়নফাওবা হংবীদ্রবা মনম্মা মবুংশিংদুদা কমদৌনা হীদাক লৈগে পৈশা পীয়ু হায়রুগনি । শীন্থুরকপা পিরাং ইন্নফি ফিজিনা তৈথোক্লগা ফুক হৌগত্তুনা মচানুপীগী খুজেং পায়রগা দারী মখাদা কুমথরক্লে । মাগী মতৌদু উবদা অৱাং শঙ্গোইদগী মনমহন্না হংলকই

*"চৎলগে হায়ব্রা নঙবো ?"*

*"হোয় ইনমহন অমুক য়ৌখ্রগে ।"*

*"চাক চারগা চৎলোদনা"*

*"থবক অতৈ চৎলুগদৌবসু লৈ, লম্বী থোকই হায়দুনা সুম চঙলকপনি ।"*

*"চৎলো চৎলো, করি অমতা হেক হাপ্পা ঙমদে । নবুংনা য়ুম শানেনা শেল তাশিনবা লাক্লবদা ঙারী ফাওবা থাক্রুবনিনে ঐখোয়সু ।"*

তুমিন্না অদুম্মক থোরক্লে ইবেতোম্বী । মতম অমদা ময়ুম্নি খল্লুঙৈ কেন- মৌনা, হাইন- হুম্না শান্নজখিবা । লৈকাই মমান্নবীশিংগা চিংহি শম্বাল লাংমিন্নদুনা নোক খেনা শান্নখিবা । মবুংশিংদা নাউথী শাজদুনা মীনা খজিক লক্করকপগী ফাওবা মবুং তাক্কুনা ফুহনখিবা। মবুং অহুম লৈরি হায়দুনা নাপন্নজখিবা । অঙাং ওইবা হৌনশা পুম্নমক মাখক্তগীনি খল্লুবা অরেম্বা ব্রাখল ওইরম্লে । মতম অমদা মাগী ওইরম্বা মবুংশিং ঙসিদি মনম্মশিংগী ওইরম্লে । থোঙ্গাল ময়াগী হৈনৌ মখোঙদুদা লেপ্পগা হন্না য়েংলকই ইবেতোম্বী, মমাবু কৌরগা মথম্মোয়নুংদা মিকপ্পকই, "*ইমা ঙসি নহাক লৈরম্বা থোক্লবদি নচানুপীনা মপামদা লাক্লগা পিরাং শীন্থররিবসে শীন্থরম্লোইদবনিকো ইমা* "।

সুম লাকপদা লম্বীদা মবুংহন্দু হেক থেংনৈ । কৌরকই মাবু উবদা

"*কদাই কদাই য়ৌরুরে নঙদি অসুক ঙন্না ?*"

"*পোং থাবা লাকপা । লাক্ত কুইরে হাযদুনা চঙলকপনি ।*"

"*অদু চাক ঈশিং চারগা চৎকনি ।*"

"*মহোয় মপা নাহৌবা ।*"

"*ফরে ফরে কন্না ঙমদবা ওইরবদি পাউহেক হায়রকউ । সে সে সিনা অঙাংগী অচাপোৎ লৈবীখো । হন্দক্তি ঐসু নংবনা পৎ তৎলেহৈ ।*"

লুপা ১০ দু লৌশিল্লগা খোঙথাং থুরপ হাইগৎলকই । নিংশিংলকই, মহাক্না চৎলমদাইদা হায়রম্বা ব্রা

"*ঐ চৎলুখিগে, মসিনদি ওইবা য়াররোই ।*"

"*করিবু কান্নগবনোদা ইবেতোম্বী । অমনা অমবু হন্না য়েংবা ঙম্নদ্রবা মতমসিদা ।*"

"*করিগী কান্নদনি ইবুং ঙাক্তনি পোকমিন্নবা, ঐবু লুনা তৌবিখ্রবা । শোয়দনা পীরক্কনিদা । অদুগনে নঙগী হীদাক্তো শোয়দনা লৈরক্কনি ।*"

"*অঙাংশিংসু চাক চারমখিরোই । ভারাবু য়াওরব্রনে নঙবো ?*"

"*উম য়াওরে । চাক্তি আদা চারুরগে । অঙাংশিংগীদি চফুদা চাক খরা লৈহৌবনি । অদু ঙরাং মাইবনা হায়বদু কাউনিকো । ঐ চৎলে চৎলে । হাই ইবোচৌবা বাবাগী মনাক্তগী হেন্দোক্কনু ঐনা হোরেল হল্লকপদা ঙম্মোক ভারীদা লৈরক্কনিহৈ ।*"

মচানুপা ইবোচৌবদা মপাবু শীন্নরম্লগা থোঙ্গাল তম্না হোবে হোবে থোরকই ।

*"ইমা বস লাকএ।"*

*"হা, কদাই ?"*

ফুক হৌগৎলগা অৱাং পাংনা খুবাক লাইখন শাদুনা যেংলকই। লাপ্ন তাম্না অৱাউবা উফুল মবক্তা থৌবক্লিবা বস অদু মমি শাম্মি উবক্লে। হৌজিক্তদা খন্থবকই, *"অনাবদুবু কমদৌবমগবা !"*

২।৬।৮০

# ফ্লেগ নম্বর সভেন

মবুক মপাও ফবগী ৱাদি হেদ ক্লাক ইবোবী ওখাক ফৈ । ইচা মীচা নাইদে থবক্কী লমদদি হিংচাবনি । মখা থাবা কর্ম্মচারিশিংনা কি হঙ্গোইনা লোযনৈ । ডাইবেক্টব সাহেবনা ফাওবা হেদ ক্লাক ইবোবীবু ইকাই খুম্নবা মতাং লৈখি। চহিদি ৬০ খরা কল্লে । নিশা শীজিন্নদে । মাগী হায়ববু মরক মরক্তা বান্দর বিড়ি অমগুম্বগদি চিংলম্বা হেক-হেক থেংনৈ । লঞ্চ মতমদা মপান থোক্তে। থবক্তা মচিং মখাক থমদে । মসিগী মতাংদদি চহি নৌবিবা ডাইরক্টের সাহেবকা কন্না য়েৎনবা অমা লৈখি । ৱা কয়া ঙাংগন্দে, ঙাংথোরকপদা পকচবা ৱা ঙাংই । মী লোয়নবদা চহি থিদে, পাখং মচাশিংগসু নুংশিননা লোযনৈ । কর্ম্মচারি নুপী নহানা হেলা তৌবা মহাক য়াদে। ফাইল প্রোসেস হৈতবী লৈশাবী মৌশিংনা মহাকপু ওন্থোক্লা ব্যবহার তৌনা লোয়নৈ। ডাইরেক্টব অসিগী লীচৎ শাজৎ, চহি ২৫ হেন্না থবক তৌরক্লবা ইবোবীনা শীৎ নান্না খঙই । লম শুকবে । চীং-মান, অরাপ্পা অনকপা ট্রান্সফরগী চে পুদুনা পুন্সিগী হৌদোকপা য়াবা মণি থিবা কোয়চৎ চৎলুরে । মমৈথংদা পোত্থারমদাই চহি নকলে হায়দুনা হেদ ওফিসতা থম্বিখিবনি । মানা দিপার্টমেন্ট অসিদা থবক তৌরম্বা মতমদু মী য়াম্লমদে, নুপী নহা য়াওবমদে । মখা থংবগী সাইকল সেদ ওইনরিবা শঙতপ মচাসিদা মখোয় ৮ খক ফম্মিন্নরম্মী। তলবকী বাদি হায়রুদুনা কান্নদে লুপা ৩০ খরদা হেন্না ফংলম্মী। মখোয়গী মকোক থোংবা ওফিসারদু বঙ্গালি মচানি । থবক ফৈ । ওফিসকী নিয়ম কানুন অকক্ল বী অমগী মখাদা কুরাও হং চল্লম্মী । ওফিসকী থকসি খাসি, চৎনবী, মীয়ামগী

মীনাইনি খন্না থবক তৌবসি বাঙ্গালি মচাদুদগী তমহৌবনি । নহা ওইনা থবক তৌমিন্নরকপা মখোয় অহুম খক্তা মঙাইহৌরে। মহৈদি কয়া য়ৌহৌদে থাইনগী আই এ নি । অদুক য়াম্না মিহৌ চাউবা ইবোবী নত্তে । মাগী চহী ২৫ গী কর্ম্মচারি জিবন্দা মীঙোন্দগী পাই অমফাওবা নম হাদুনা লৌবক্তে । প্রামোসনগী মতাংদসু ৱাহৈ অমফাওবা হায়বিবা মীতা নত্তে । মাবু লুনা তৌবিবা সেক্রেটরি, মমিংকাদি নিংশিংবা থোক্ত্রে, ত্রিপুরা মচা অমনা মাবু হেদ ক্লার্ক ওইহল্লম্বনি । কনাগুম্বা ফম মিহৌবা কাংবু খরগা য়েৎনবসু লৈখি । ইবোবী পামদা পামদনা হেদ ক্লার্ক ওইবদা তাখি । নোংমা চৎলুই সেক্রেটরিদুগী মনাক্তা -

*"সাহেবপু ।"*

অনোক্তু হাইফেৎ চিংথরপ য়েংলদুনা সাহেবনা হায়রকই -

*"ও ! ইবোবী, চঙলকউ , ফম্মু ।"*

*"সাহেবনা" ফম্না ফম্না "ওহোক্রা ৱানা হোৎনবীখ্রে । করিনা লমন শিংজগদগে খঙদ্রে ।"*

*"করিগী লমননোনে ইবোবী ? নহাক্না ওইফম থোকপা ফম অদু ফংহনবনিনা । ঐনবু কবি ঙম্নি ?"*

*"খঙজরে সাহেব । অদু ঐবু করি তৌজৌ হায়বগে তাকপীয়ু ।"*

*"ইবোবি ঐ করিসু পামদে । ঐ নিয়ম পাম্মী । অৱামন লৌগে হাযদুনা নহাকপু হেদ ক্লার্ক ওইহনবা নত্তে । নহাক্কী কোক্তু অমুক্তং চালু তৌথোকউ মদুগীদমক্তা ওইরবদি ঐগী নাক্তা লাক্কনুকো ।"*

*"সাহেব ।"*

ইবোবি মখা তাবা ঙমদে ।

*"য়ৌরো য়ৌরো ।"*

ইবোবী তুমিন্না থোক্লক্লে । থোঙজিল য়ৌবগী অদুৱাইদা তপ্লপ কৌরকই

*"ইবোবী ।"*

*"সাহেবপু "*

চপ লেপ্পি ইবোবী, মখা তারকই -

*"করি তাকপিগদবা ?"*

*"ঐগী মতম লোইশিল্লক্লে । মথং থাদগীদি হোম ষ্টেটতা চৎলগনি । অদু ইবোবী, নখোয়গী মৈতৈ হীদাকমনাদু খজিক্তং থিবীরকপা ঙমগদ্রা ?"*

*''ঙমজগনি সাহেব । ঐ ঙসিমক পুজরক্কে । অদুদি চৎচরে সাহেব।"*

*"সে, সে পৈশা ।"*

সেক্রেটরিনা মনিবেগ ফাক্লিংঙে ইবোবী প্রপ- প্রপ থোবক্কে । নুংথিলদুদা কোয়থি থিদুনা নপ - নপ লাওরবা মবেক কারবা মৈতৈ হীদাক মনা মপুন চাউরবা অহুম - মরি সেক্রেটরি সাহেবতা থিল্লুই । মদুদা ইবোবীনা নুংঙাইজখিবদুদি,করি হংউরনি ।

হৌজিক্তি দিপার্টমেন্ট অসি ডাইবেক্টোরেট ওনখ্রে। ডাইরেক্টব সাহেবতুগী মখাদা ওফিসার ফনা যাম্লা লৈবে । ওফিসকী শঙ মরাঙ কায়না চাউরে । মশক মতৌ ফজবী, কোসমেতিক্কী ইজৎতা তলব কোন্নদবী মেম সাহেব কয়া অমা হেদ ক্লার্ক ইবোবীগী মনাক্তা ৱাই চাইবরে । চিবোল,খাবোল, লৌতুনবা,শিথশন্নবা, হায়জ নোঞ্জবা,মরৈ- মরা,কদব ফদর কয়াগী মহুম ইবোবীগী টেবিল মনাকমক্তদা শাজিল্লকই । ফজবী হেলোই মানবীশিংগী লীচৎ, মিনোক, ৱাঙাংনা মাবু হুমদুনা পুবদি ঙল্লমদে । তৌবিবা থবক মীযামগীনি খন্না চৌক্রিদা ফল্লিবা ইবোবীনা কনাবুসু কিব্বা লৈতে । মচিন যাংবী , অঙাংবদগী হৈখা অপৎপা মচু ওল্লক্লবী দিলিং ক্লার্কতুগী মচিনবান, নিংথিবী মিনোক নোংমতসু যেংলুদে । মানা হেক শাউনীংবা হাযববু ফাইল অমা পায়বগা মাগী মনাক্তা চপ লেপ, মচিনবান নোকফেৎ তৌনা,

*"খুরা।"*

*"কৈনো ? হা কৈদৌবে ?"*

*"অদু ..... সিবু .... ?"*

*"সিবু কৈদৌববা ?"*

*"ভাব অমা তাদ্রে ।"*

*"কদাই যেংগে ।"*

নোট শীৎতু তাপ লৌবগা যেংই । ইবিবদু উবদা ইবোবী শক হেনবীদুগী নুংশিবপ তৌবা মমিৎতুদা যেংলদুনা,

*"সিদি কৈদৌববা ?"*

*" অদুনে হায়রিসে, খুরাসিমা ।" "কেবপ্লা অমুক্তা তাকপিয়োবা ।"*

*"সিদনিনে হৌজিক কালগী বি এ, এম এ শিংসি প্রাইমারি থাক্তগী হৌহন্নিংলিবসে ।"*

*"অদু খবা ইখৎপীযুকো খুবা, ক্না লৈজগেবা ।"*

*"ঐ ক্না পামদে ।"*

নোটশিৎতু নাকন্দা পোপ থাদৈ,মখা ত'বকই -

*"ঐনা পাল্লিবদি নখোযবু এপোইন্টমেন্ট ওর্দব পীবিবা মীশকুনি ।"*

*"খুবা ওইবৈ হাযবনে, অতোপ্পদা হাযকব্রাও সিবু, শাউনোবা "*

*"ফবে ফবে ঐ লৈবিউঁদবু ইচাশিং কবিগী ব্লাকদগে । চৎলো চৎলো কাটা লোঞ্জকবো ।"*

*"খুবাসিমা ।"*

পিক্তক্না খোইখোইবী পীশুমদুনা অমুক্তং থুপচিল্লগা শুগৎলপ, কযাদি নিংথীবে । হেদ ক্লার্ক ইবোবী নোকমি নোকমি যেংহৌই । খলহৌই মপুক্তা

*"থীদা, মাগুম্বনসু থম্মোয থোঙ নোমগে হোংনশাবি ।"*

নিংথম থা চঙলক্লে । লাযব ইনাকখুনবা মশক খন্দোবক্কদবা কুইদ্রে । হেদ ক্লার্ক ইবোবীগী মনঙ্গন্দা কুপ্লিবা মচু ব্রাউথবক্লবা কোট অদুমক্তা শিনগে খন্না খন্না চহি ৩ হৌজিনখিবা খঙহৌদে ।

মাগী নুপীনবু নোক্লদুনা চৎলমদাই হেক খুদিংগী,

*"মাইদা,সিবু কোটনেনা - চহি ২৫ হেন্না থবক তৌবক্লবু ।"*

ইবোবী শাউদে । মাবু ফজবা ফিরোল শেৎহন চাহন্নিংবদৈ হাযবিবা খঙই । অদুবু থাগী খবদং ফংজবা তলব অদুগী হিসাব পাযবিবী মা- মক্না নোক্লবকপদুদি খবা পেন্দে ।

মচানুপী মেমচৌবীনা থোংলম্বা চাক্কু মাঙ্গোল মচীন্দ পুথোক্লগা চাবগে হেক তৌবকপগী অদুদা ওফিসকী পিওন লালাদু হোবে, হোবে হেক চঙলকই। হাযবৈ ফিংলপ -

*"তাইবী খব থুবসি ।"*

*"কৌদৌবগেনহে ?"*

হুক্লে তৌবম্বা চাক চখোমদু পোপ থাদবগা-

*"ঐবু ঙসি ফাওবদং ছুটি লৌগে তৌবসিদা কবি তৌবগেনে লালা ?"*

*"ওফিসতা লাল তৌহৌবে । সাহেবনা ঙসি কাবক্তবা যাদে হাযবকই।"*

*"ঐবু ভাব অমা তাদ্রেদা, কবি তৌববজাৎনোনে ?"*

*"শুন্য অমা হেল্লম্লমাল্লে ।"*

*"শুন্য ।"*

ইবোবী ভাব ইতা তাদনা চাকলুক মপান্দগী ফুক হৌগৎলগা মফি তনশেৎ শেৎ ,মাগী অহল ওইরবা সাইকল অদু ইস্থোল্লগা থোঙ্গাললোমদা হৈনীংদনা থোকখিবদু মাগী নুপীনা দর্বা মপান্দা লেপ্তুনা য়েংহৌই । করি দশাবু তারগবা ! খন্না খন্না মপুরোইবনা চাগে হায়দুনা মহী তোৎলম্লবা চাক অদুদা মুন্না য়েংলকই।

মানা ওফিস য়ৌবা মতমদু পুং ১১ তাগদৌরে। ডাইরেক্টরগী কাদা হেক চঙখিবদা মীওয় শুনীংচিৎ তিল্লম্লে । একাউন্ট ওফিসার, একাউন্টেন্ট, জোইন্ট ডাইরেক্টর, দিপুটি, ঙম্নমক মাতবু ঙাইনদুনা লৈরম্বগুম্মী । হেক ফমথবগা ডাইরেক্টরনা শোল্লপ -

*"মবম খঙবীরব্রা খুরা ?"*

ইবোবী খুমদে ।

*"ওদিৎ রিপোর্টনি, লুপা লিশিং ৭২ দিফিসিট তাবে ।"*

*"ইবুংঙো !"*

ইবোবী ইঙক ঙকই,

*"করম্বা মতাংগীনিনা ?"*

*"ষ্টেসনবি সপ্লাইগী মতাংদনি । লুপা লিশিং ৮ না লুপা লিশিং ৮০ ওল্লম্লিবসি খুরাদি খঙবীফম থোকই ।"*

ডাইরেক্টর সাহেবনা ফ্লেগ নম্বব তবেৎকী নোট সিট অদু ফাক্তোল্লগা ইবোবীগী মমাঙদা থম্মী । ইবম্লিবদু মুন্না য়েংই । থাজমন্দদুনা কোট জেপ্তগী আনোক লৌথোল্লগা হাপচিন্দুনা য়েংই । মথংদা যাওরম্লিবা ওর্দর অদুদা অমুক । ইবোবী হুমাং অনপ্পী কারকই - লুপা লিশিং ৮০ ! কদাইদগী লিশিং ৮০ । কনানা কমদৌনা ! এ ও সু খঙদবা ! একাউন্টেন্টসু, ডাইবেক্টরসু ! হীরমসিদা ঐহাকপুদি করিগী ! ইবোবী নোট শীট অদুদগী মমায় হাইগৎলকখিদ্রে । শাউনীংখিবনা অফ- ফত্তা খঙদ্রবা ডাইরেক্টর সাহেব, অহল মতম ওইববা ইবোবীবু য়েংলদুনা মখা তারকই -

*"ওফিস অসিদা ঐনা খুরাবুদি য়াম্না থাজবনি । খুরানা ফত্তবা থবক তৌরমগনি হায়বসি ঐ থাজরমদবনি । করিগীনো খুরানা ঐবু হাংকে খনবীরিসিবু ? খুরাগী মথক্তা ঐনা করি তৌবা ঙম্মী খঙবীদব্রা ?"*

ফুরিৎ খাওদগী লুমান লৌথোক্তুনা মমায়দু অমুক্তং তৈথোকলুরগা শোল্লপ হায়রকই -

*" অদুবু ওর্দর অসিদি ইবুংঙোনা থোকপীবনিদো । সহি তৌবিবা মতমদা ইবুংঙোসু খঙবীফম থোকপনি ।"*

*"ঐনা ওর্দর থোকখিবদি লুপা লিশিং ৮ নিনে খুবা থবক লোয়রবকান্দা লিশিং ৮০ ওল্লল্লিবসি কমদৌননো হায়বা ? মসিদি খুরানা শীনবা নত্রা ? ঐ ওফিস অসিগী ডাইরেক্টরনি । ঐবু মিংচৎ থীনবা হোৎনরম্বগীদমক ঐ খুবাবু লেমনা থারোই । নত্তে খুরানা তৌরিসিবু ঐবু উশিংতবগী ৱারা ? ঐগী মমাঙদা লৈরম্বা ডাইরেক্টরবু উৎ চাইবদি খুবানা ঙম্লম্বা য়াই ঐঙোন্দদি যাবোই, লিগেলএক্সন চপ চানা লৌখৎকনি ।"*

ইবোবী ৱা ঙাংখিদ্রে । মাগী চহী মতাংদা মচাগুম্লবা ডাইরেক্টর সাহেবনা ঙাংলিবা খোন তারুবগা মমিৎতগী শিন্থবকপা পিগী ইরানা অনোক লাম্থোবক্তুনা মমাঙদা ফাক্তোক্লিবা নোট শিট অদুগী লামায়দা পোপ পোপ তাবকই । ৱা মচেৎ অমতা ঙাংলমদনা ফুক হৌগৎলগা তুবোই ঙাম্লোইনরব' হকচাংদু পুরদুনা থোঙ তম্না থোক্লকই । থোঙজিল মপা যৌবকপগী অদুব াইদা ডাইরেক্টবনা হাযবকই -

*"মসি পাযশিনবীখো খুবা ।"*

ইবোবী তনহন হল্লক্তুনা ডাইবেক্টবগী মখুত্তগী চেদু লৌবগা মুন্না যেংই "সস্পেন্দ ওর্দব" মকোক হাইফেৎ নোম্লম্লগা ডাইবেক্টগী কাদগী থোবক্লে । তোংখৎকনি কাউববা সাইকলদু ইল্লদুনা ফনা শাংনা চৎলক্লে । মমিত্ত' কনাবুসু উখিদ্রে। সুপ্নতগী লুপা লিশিং ৮০ অদুদা উদুনা লৈখ্রে । কমদৌন' মযুম য়ৌখিবা ভাব তাহৌদে । মাগী নুপীনা হংবগা খুম্লমদনা কা তম্না তুমিন চঙলকই । ঙসি ওইবক্লিবা ইবোবীগী শকফম মাগী নুপীনা চহি ২৬ লৈমিন্নরকপদা নোংমতসু উবকখিদ্রি ।

নুমিৎ অসিদগী ইবোবী অনা লোযচেন্নবকখি । মপুন্সিদা অৱা অন' কযা থেংনবক্লে । মদু পুম্নমক কৈসু লৈতবনি খন্দোকপা ঙম্মী । মাবু মিংচৎ থীনবা হোৎনরকপসিদি ইবোবী খাঙদুনা লৈবা শুকঙম ঙমদে । কর্বিদি তৌরুনি, মাবু নুংশিবম্বশিংসু ঙসিদি ঙম্নমক নাথৈখ্রে । মতম অমদা থবক তৌমিন্নরম্বশিং কয়াদা পুকচেল শেংনবমখ্রবা ! হৌজিক ওইবিবা লোয়শঙগী লীচৎ অসিগা কয়াদা খেন্নরিবা । ইবোবী ফম্ন- ফম্না মঙ মঙলি । কুইথ্রবগী ৱ া অমা অসুম নিংশিংলকই মানা হেদ ক্লার্ক কাবা কুমদা যেৎনখিবা । মথৌমক ওইনা সেক্রেটরি সাহেবতা ৱানোমখিবা নিকুঞ্জবিহাবি । মাগী মওং খঙলবা

সেক্রেটবি সাহেবনা অথাপ্পা লমদা মাবু লোই থাখি ।

চহী খবা হৌখ্রে । থৌদোক অদুগী লংলা লংজিন ঙসিদমক থোকপা ঙম্লকখি । ডাইবেক্টব সাহেবকী মতম লোইশিল্লক্লে । মাগী অবোযবা পুংফম অদুদা অহল ওইববা ইবোবীদা লাল্লে হাযজবা তাখি । মাগী অচুম্বা চৎপা, সাবভিস বেকোর্দতা অমকপা লৈখিদ্রবা ইবোবীগী মফমদা নহা ওইবিবা ডাইবেক্টব সাহেব ঙক নোনবা তাখি ।

মী থাদুনা ইবোবীবু কৌহল্লুবে । কবি মবমবু লৈববনো খন, ওফিস তম্না হাইগৎলকই শাংলবা চহী কযা মাগী ইমুং মনুংবু নাওকোনবীবক্লবা ওফিসকী শঙলেন অদু উবগা মমীত্তা ইবা চেল্লকই, পুন্সিগী চহী মতাং অসিদা। তিল্লমলিবা মীযাম্না মাবু মুনা মুনা যেংনবকই । মাবু লুনা তৌজবা কযানা তবাম তবাম কৌবীবকই । মথং মথং লাকপনা ডাইবেক্টবগী কা যৌবক্লে ।

*"লেঙশিনবীযু খুবা ।"*

*"যাজবনি ইবুংঙো । খুবাবু কৌবীববু কবি মবমগী ওইববনো ?"*

*"অমুক্তদি চৌক্রিদুদা লেঙশিনবীখো খুবা । সুমদৌবনি, ব্রাথোক অদুগী লংজিন ফংলে । খুবাগী ইবাল ওইবমদ্রে । নচামক্লি খনবীদুনা ঐগী ইবাল ঙাকপীযু। ঐগী মতমসু লোযশিল্লক্লে । খুবাবু থবক হঞ্জিনবা যানবা ঐনা হোৎনজবল্লবনি । যাবগনি । সে, চে অসি পাযশিনবীযু । খুবাবু ঐনা শক মুন্না খঙজকদ্রে । কর্ম্মচাবি অমা ওইবগী অচুম্বা চৎপা, খাঙবা কনবা, অকিবা লৈতনা থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তিদো নচাদা পীনবীবম্মু ।"*

*"অচুম্বা খঙলিবসিদগী হেন্না নুংঙাইবা লৈত্রে । ইবুংঙোবু ঈশ্বরনা চানবীবা ওইসনু । অদুগা চে অসিমদি থমজবল্লগে । ঐ কনাসু ব্রাবৌ পুক্লৌবা লৈজদে। কনাদসু দোষ তৌজদে । খুবাগী লাযবক্তা তমখ্রবনি। কৈদৌকনি মতম শাংনা মীযামগী সেবা তৌবক্লে । ঐ পোত্থাজবগে ইবুংঙো ।"*

*"খুবা !"*

মখা তাবমদনা ইবোবী তুমিন হৌগৎলগা মপাল্লোমদা থোকখি । ডাইবেক্টব সাহেব ইবোবীবু মুন্না যেংহৌই । অহাঙবা অতিযাদগী হুন্নকপা অইংবা নুংশিৎনা ইবোবীগী শাগৎলবা হকচাংদা তপ্পা তপ্পা নানবীবম্মী । ওফিসকী শুমাঙদা যুংলিবা মচু অহুমগী ফিবালনা নুংশিৎকী শাহুমদা নীংখা তম্না হাইনা হুম্না পাইবম্মী। চোৎলবা মীৎস্নাদুনা অমুক্তং যেংখৎলুই মচু অহুমগী ফিবাল অদুদা - ।

ঝর্দা উর্চা বহে হামাব ।

৮।২।৮১

# পিরাংদুগী পাওখুম

ক্রিং ক্রিং ক্রিং

থবক চিল্লবকানসিদা তৌরকঅদৌনি। ঐগী টেবীল লোমদা শং ওনশিল্লগা রিসিভরদু তাপ পায়খৎলি

"অকপীয়ু ২০৯৬৮ নি।" ঐগী হৈনবী পাওখুমনি।

"হল্লো" নুপীগী খোঞ্জেলনি, কনা ওইরিগবা খঙদে।

"হায়বীয়ু কনা পাম্বীবনো?"

"ইচে সোরোদু অমুক্তা....।"

"ফনি.."

রিসিভরদু থল্লল্লগা সোরোজিনি কৌবীরুরে। মাসু প্রপ প্রপ লাক্কুনা রিসিভরদু তাপ পায়খত্তুনা ব্বারী শাবা হৌখি। করি ব্বারীনো ভাব তাদে মখোয়গীদু থওইনা নাচুংলুদে ঐগী থবক্কুদা মায় অদুম ওনশিল্লে। মিনিট ৫ মুক লৈরগা সোরোজিনি ঐঙোন্দা রিসিভরদু পীরদুনা হায়রকই, হাইফেৎ নোল্লদুনা

"ঐখোয় সারগা ব্বারী অমা শানীংই হায়রিএ।"

"ঐগা" ঐনা ঙল্লপ "করি ব্বারী"

"খঙদেসে ঙাংনহৌরো।"

মখা তারমদে অদুম্মক চৎখ্রে। ঐনা রিসিভরদু নাকোং ময়াসিদা তপ্লা থল্লগা

"হল্লো.. করি হায়বীগদবা লৈবগে?"

"কৈশু" নোল্লদুনা "কৈসু থোইদোকপা লৈজদেদা"

"হেক্তা তাকপীয়ু কৈদৌবগে ঐনা অঙম্বা ওইরবদি শোয়দনা মতেং পাংজগনি।"

"করি কৌগদবনো খঙদ্রে, তাম্মো হেক্তা কৌজগেকো."

"বেরা লৈজদে কৌনীংবা অমা হেক্তা কৌবীয়ু।"

"তাম্মোগী চিল্লবা মতম ঙাইহাক মাঙহঞ্জরে ব্রাবৈবীবা [illegible]।"

"কদাইদৈনোদা, পাংহায় হায়বীবে।"

"অওইবনি, মীওয়বগী লমচৎ শাজৎ হায়বসি ব্রাঙাংদগীসু খরমখৈ খঙবা ঙমই নত্রনে তাম্মো....?"

"পংথা থাগৎপীরে..."

করিনো তৌরিসিবু....? থবক ময়াম অসিগা করম্বা নুপীনোনেসিবো! মশক মশা খঙনবসু নত্তবা মাগী হায়গদবদু কোক হায়রগা লোয়রে ব্রারেম অমুক শুদুনা লৈরেনে। মাঙদা ফল্লিবা দিনোনা মীৎচি খৎচিল্লকই। ফনা ইকাই চষী মতাংসিদা ঐনা মখা তারুই...।

"করি হায়বীনিংবা লৈবীবগে হেক্তা হায়বীয়ু কৈদৌবগে"

"থোইদোকপা লৈজদেদা! মতম যাম্না মাঙলব্রাও?"

" মাঙদেদ্‌.." ঐনা নোক্লদূনা "অদুই নত্তে।"

"তাম্মোসে ঙাংনবা যাম্না নুংঙাই পুকচেলগা য়াম্ন ফরমগদৌবা মাল্লি..... খংননীংই...."

"খঙনরগা লোয়রেদনা অদু কাদাইদগীনো তৌবীরকইসিবো ?"

"য়ুমদগী"

"কাদাই ব্রাইদা লৈবা য়ুম ওইববনো?"

"নোংমা লাক্লগা হায়জরগে । লাকপা য়াগদ্রা?"

"করিগী য়াদদগে.... লাকপীয়ু। চা গ্লাস অমতং ওইরবসু থকমিন্নসি। লাকফমবু খঙবীরদ্রা?"

"খঙজরে"

"ঐখোয়গী সিদি চঙবদা খব বেরা থাংবনি.. ঐ.গী মিং হায়বীয়ু চংবদা অব্রাবা থোইদোক্না লৈরোই।"

"য়াম্না নুংঙাইজরে... মতম মাঙহল্লে ব্রারৌয়াদেকো.. থমজরগে।"

"অমুক্তা ঙইবীখো ঐগী মিংবু খঙবীরব্রা?"

"ইচে সোরোদা হংজরগে।"

"অদোমগীদি"

"অদোম হায়বীনুদা, কোন্না উন্নরগা হায়জরগে।"

"য়াম্না নুংঙাইজরে থমজরগে।"

" ফনি"

রিসিভর থমখিবগী মখোল তাই। ওঙ্খোক ওঙ্খোকপা করম্বা অঙাওবীনো খঙদে... অরেম্বদা মতম মাঙনবা থবক। দিনোনা নোক্লদুনা

"হন্দক্তি বিস্বমিত্রগী ধ্যান থুগায়দৌরেদনা।"

"হেরা নঙনা ঙাংবা অমা"

"টেলিফোন্দা ব্লেক ম্যেল তৌবীরকএনে ?"

"খঙদ্রেনে কনানো লৈশাবীরা মৌরা। হৌজিকপু চহী মতাংসিদা তখেল্লে মনম থাদোকপীরকইসিবু।"

মাসু নোক্লে, ঐসু হাইফেৎ নোকখি। থবক্তা পুক্লিং অদুম্মক চঙশিল্লে। য়ুমগী অঙাংশিং নিংশিংলুবদা মচোয় মচোয়গে হোৎনরম্বা ব্রাখল অসি অমুক্তং চোইখোম খোমজিল্লগা ওফিসারগী কা তম্না চঙলক্লে।

মতম খব হৌখ্রে। থৌদোক্তু খুল্লুবদি লায়রদনা নীংবু নীংশিংলুদ্রে। য়ুমদবু চঙখ্রবা জগৎকী থৌদোক্লা কোককাসিদা চংলকপা ঙম্বগী ৱা লৈতে। অঙাংশিংগী দাবী মমাগী পৈথোক পৈশিন চুমথোকপা হোৎনবদা কনাগী ১৫ আগষ্ট তাং কয়াদনো কাউথোকপা নুমিৎ ফনা য়াম্না যাওখ্রে। ঙসিদি খরা ঙন্না হাইগৎলক্লে। দিনো লাক্লমদ্রি। ফমথবতা মঙাইবি বেল খিংখিবা তাই খল্লিঙে পাও হায়রৈ....

"ওফিসার সাহেপনা সারবু কৌরি।"

মখা তানবগী দরকার লৈতে। চে কলম তাপ পায়খৎলগা ওফিসারগী কা তম্না চঙলুই। থোইদোকপা অনৌবা নত্তে। তৌবা য়াবা নোংমগী ব্যুজিনেস লোয়শিল্লগা প্রপ প্রপ থোরকই। হেক থোরকপগী অদুদা মখা থংবগী থোঙজিন ময়াদা লৈশাবী মশক মতৌ ফজখ্রবী অমখক লেপ্পুনা লৈরম্বদু উই। কনা ওইরিগবা ফনবু ফজরিনে। পুক্লিংদা খল্লি ঐনা য়েংলুবগা মানা য়েংথোরকপগা মপা চপ চানখি.... ঐ য়েংলমদনা অদুম্মক লাক্লে। মাদি ঐবু মুন্না য়েংহৌবগুম তৌই। কনাবু মাল্লুরবজাৎনে। খন্দি খল্লি। চংশিন্দুনা ঐগী থবক হৌনবা হোৎনরে। তাঞ্জাসিদা ওফিসকী অর্দালি তোম্বনা চংশিল্লকলগা হায়রৈ.....

"সার, নুপী অমনা হংলি"

"হা কনা ?" ঐনা ঙক্লপ "চংহল্লকউদনা।"

"ফনি সার।"

প্রপ প্রপ থোকখি। কনাবু ওইরিদৌনো খলহৌই পুক্লিংদা অওইবা অমা ওইজরসনু........

"অমুক্তা চংজরকপা য়াগদ্রা?"

হঙ্গৎনা য়েংউবদা ঙসাই লেপহৌবা নুপীদু ওইরম্লে। স্বাইবু লাউই। ঐনা ঙক্লপ........

"লেঙশিনবীরকউ।"

চঙলক্লুনা তেবিল ময়াদুদা লেপ্লে। ঐনা মকা ফল্লবী মাগী মায়থোঙ অদুদা হাইরপ য়েংলগা......

"চৌক্রিদা লেঙশিনবীয়ু করি তান্নসি হায়বগে তাকপীয়ু।"

"ঐ"

পাক হায়বা ঙমদে মখুৎ মশা থেক্লদুনা মমীত্তুনা ঐবু ফল্লপ ফল্লপ য়েংদুনা লৈরে.... হায়বা ঙমদ্রে খঙলদুনা ঐনা

"হঙ্গোইবীগনু, করি পাম্বীবনো অঙম্বা মতেং পাংজগে হায়বীয়ু"

"ঐ উম! সোম তাম্মোদা নোংমা টেলিফোন তৌরকপী শকখঙদবীদুনি।"

"অ! হোই হোই নোংমা তৌরকখ্রে।"

"য়াম্না থুনা কাউবীনা?" নোকফেৎ তৌনা.....

"খঙবীরিব্লুনি ঐগী থবক মতাসিনা সোরো কৌজরকউ হায়ব্রা?"

"কৌদ্রসু য়ানি।"

"থোইনা হঙ্গোইবীনুদা হায়বীনিংবা পুম্বা হায়বীবা য়াগনি... ফরে চা হান্না থকসি...."

তোম্বা কৌরগা চাগা চানবগা হায়রুরগা ঐনা মখা তারুই.......

"ঐদি শক খঙজরুদ্রে ব্বারৌবীনুকো।"

"ঐসু খংজবা নত্তে টেলিফোনদা খোঞ্জেলতনি তাবা ফংজবা।"

"সোরোখোয়গা নক্লবীব্রা?"

"নক্লজদে"

থোইদোকপা ব্বারী লৈতে। নুপীগা ব্বারী শানবা ঐ মহৌশাদগী হৈনরক্তে। হায়গদৌবা ব্বাদু মানসু হৌদোরক্তবনিনা ঐসু তুমিন্না লৈরে। তোম্বনা চা পুরক্লুনা পীরে। চাদু পাক লৌদে মা য়াম্না ইকাইনা ফিনাদু শিক শিক্লুনা

লুকথদুনা ফল্লি।

"চা পায়বীয়ু"

"য়ারনিদা"

"পায়বীয়ু হৌজিক্তি হায়বীরো কবি পান্বীবনো? থবক ইনখাংগী ওইরবসু মতেং পাংবা ঙমজগনি।"

"চুম্না শক খঙননীংদুনা তৌজবনিদা, থোইদোকপা থবক লৈজদে।"

"খঙনরবনিনা হৌজিক্তি মতুংদসু কৌনা ঙাংনবা য়ারেদনা"

"ঐনা তাম্মোগী মরমদা ভাবনা শাগৎচখিবা অদুম্মক অমতা চিংখদনা চুল্লম্বসিদা ঐ ওহ্নোক্লা নুংঙাইবে।"

"করি মতাংগী ওইরবনো?"

"ঐনা মফম অসিদা অহানবা ওইনা টেলিফোন তৌজরকপদু অতোপ্পা নম্বব অমদনি। মীশক অদুনা ঐবু ফজনা রিসিপ তৌবীবক্তে। মহাক্লা তাম্মোদা হংউ হায়দুনা তাম্মোগী নম্বর তাকপনি। তাম্মোনা ইহান হান্না ব্রা ঙাংবীরকপদু তাবদা ঐনা খঞ্জখি... অচম্বা মীদি নৎতে হাযনা।"

"পংথা থাগৎপীরে" ঐনা নোক্লদুনা " মদুবু মমল লৈবা থবক্লা?"

"লৈ ঐঙোন্দদি মমল য়াম্না লৈ। ঐনা খনখি মীশক অসি গুণ লৈবা, নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদগী হৌরকপা মীশক অমা শোযদনা ওইরমগনি।"

"কদাইদগী ব্রানোদা" তশেংবমক ঐ নোক্লিংবা পোক্লে সোমনা সেবান্ননা খনবীরে। ঐদি খ্বাইদগী তোল্লবা মীশক অমনি।"

"খঙজরে, ঙাংথোরকপদা মীগী মগুন খরমখে খঙজে। তাম্মোদি হৌন লোনচৎ খঙবা ইমুংদগী হৌবকপা শোয়দনা ওইগনি।

"ঐবু পাংথা থাগৎপীরে। অদু ঐগী মিংদি খঙবীরম্লনি। হৌজিক্তি মরুপ মপাং হায়বদু ওইরবনিনা অদোমগী মিং লৈফম হাযবীবা য়ারেদনা..."

"করিগী য়াবোইদগে. মদু হাযজগে হায়দুনা লাকচরিবনি। চিনলবদি হায়জররোই হঙ্গোইরে, .চেসিদা ইজরমগে......"

"ফনি ইবীরম্মু।"

চে মচেত্তুদা লুকথদুনা মাগী এদ্রেস ইবা হোৎনরি। তাল্লক্তুদা ঐনা চা থক্ল থক্লগা মাগী ফজবা শাবান্দু মুন্না য়েংলি। তশেংনমক নুপীমচাদি মশক ফজৈ মাগী মশাদা অব্রাৎপা মচেৎ অমতা উবা ফংদে। মরকসিদা ঐনা মল্লিবদি লৈশাবী মচা মানা করিগীনো ঐগা অসুক খঙননীংলিবা কবি মরমবু

লৈববজানো করিনো মানা পাল্লিবসিবো!

"সিদা লৈজরে"

খংগ্রেক খংই! ঐগী মীৎয়েংদু কবি খল্লমদৌনো খঙদে ইকপু ইকাইবকই ..... ঐনা মায় ঙাংলপ.....

"য়াম্মা নুংঙাইজরে।"

"টেলিফোন নম্বরসু যাওববনি, করিগুম্বা নীংশিংবীরক্লবদি রিং তৌবীরকউ।"

"ফনি তৌজরক্কে, সেবা মপুং ফাদ্রে ব্রারৌ য়াদেকো।"

"ব্যাবহার যাওদ্রবসু ইচম চম্না হায়বীয়ুদা। মিং হেক্ত কৌবীয়ু কৈদৌবগে?"

"য়ানি কৌজগে।"

"অমুক যৌজবগে হৌজিক্তি যুমসু খঙলবনিনা নোংমা ফাদোকসু কোযথোকপীরকউ।"

" লাকচগে অদুদি সুম লৈজহৌবা তাবে।"

"লৈবীহৌরো"

নোকমী নোকমীবা মিনোক অমগা লোযননা থোকখিরম্মী। ঐ মঙলাক্ল হৌই। মাগী উইথবপ তৌবী মিনোক্তু ফনা কুইনা মমি শাম্মু যাদে। দিনো প্রপ প্রপ চংলকই....

"ঙসিদি থেঙদোকখ্রে... কৌখিব্রা?"

"কৌদে কৌদে। মমাদুনা পাক থাদোকউ য়ারিবোইনে।"

"চখোদা হনুবকানসিদা......"

মানা নোক্লদুনা ।ফনবু ফৈ নুপীদু চৎখ্রকান্দা লাকপা মা লৈরকানদা লাকপা ওইরল্লবদি মাযসি হাইফেৎ ঙাংবা যাই। নুমিত্তুমদি থবক শুবম চৎলম খঙখিদে। মফম খঙদবী মাগী খনবদা মতম খবদি কায়থোক্তবা ইযামক য়াদ্রে। তৌববুদি ইশা থাগৎপগী ব্রাদ নত্তে । ঐসু মীঙোন্দগী পংতা তাবদি নত্তে, শক হাযব পংথি থিবা নত্তে, তনাপ তনাপ শেৎ চাবদা মশা নানবদা মাল্লি হাযনবা ইনাসিনা তাবর্বনি।

নোংমদি ওফিসারসু লৈতে। থবক্লগা লৈতবগা তুম্মিংবোই করিবোই চৌক্রিদা ঙাথবদুনা ফম্বদুদা তুম্মিংবা পোক্লকই। দিনেশতি থবক কন্না শুরি। তাল্লকসিদা টেলিফোন্দু ফনা কন্না খিংলকই ঐনা তন্দে মান্দে বিসিভবদু পায়খৎলগা......

"হল্লো"

“হল্লো”
“তাকপীয়ু ২০৯৬৮ নি”
“ঐনে”
ঐ খল্লি, মা ওইবা তারে “শুশিলা ওইরব্রা”
“মান্নে, ব্যাবহারসিনা ফখিবসিনা”
“কৈদৌরগে মীঙোন্দবু ব্যবহার য়াওদনা ব্রা ঙাংবা হৌনব্রনে?”
“ অদু ওইরসু ঐঙোন্দদি ব্যবহার তৌদ্রবসু য়াই ঐবু অতোপ্পনে”
“ফরেনে, কৈদৌজৌ হায়বগে তাকপীয়ু”
“তো অমুকসু তৌরকএ তঞ্জখ্রে ইম্থোক্লা।”

মানা কেরপ। মানদি চমথোক্লবা হোৎনৈ ঐদি ঙমদে মরমদি মানা মানি ঐনা ঐনি অমরোমদা য়েংলুরবসু মহাক মরূপ মপাং অমা হায়বদো থোক্লে সিতনি ঐনা খল্লুবা। মানা করিবু খল্লিবা মদুদি ঐ খঙলুবা ঙমদে। খঙনবসু হোৎনরুদে। মরমদি াচহী মতাং হেনখ্রে। মাগুম্বী মশক মতৌ ফজবি লৈশাবী অমবুদি চেকশিং গাড়ি অমনা হেন্ন লুপ্লক্লবা মতমনি। মখা তারকই

“ইমাদা ব্রারী তৌরে।”
“তৌরবসু কায়দেদা”
“কয়াম হরাওই খঙব্রো?”
“চুম্না হরাওজবা ওইরিনিদা”
“লাক্কনি হায়রগা লাকত্রেনা!”
“থবক শংদবননি নোংমা লাকচগে”
“ঐ য়াম্না শওনিংলেবো”
“করি মতাংগীনিনা”
“ঐঙোন্দা ব্যবহার তৌদুনা ঙাংলিদু কৈগীনো? ঐবু নুংশিদবৈ ব্রারা?”
“অদুগী নত্তেদা মসি ঐগী হৈনবী হায়দুনি”
“থবক শংব্রা?”
“শংই হায়ব তাই, কৈদৌসিগে?”
“লাক্কে।”
“লাক্কনুদা মীগী মমাঙদা নুংঙাইতে।”
“ঐ য়াম্না ব্রারেবো?”
“থবক য়াম্না কনবীবগী ব্রানিনে?”

"অদুই নত্তেব"

"কবি...?"

"খনবদা, অদুবুরো তাম্মোগী খনবদা।"

পিং লাওই। ঐগী মরমদা! করিগী করি মরমগী! ঐনা লকক তৌনা মখা তারুই।

"কোন্না অমুক উন্নরসি ঐ ওফিসারগীদা চঙদবা য়াদ্রে থল্লগে?"

তশেংনা ঐ মাগা ৱারী শান্নবসে য়াম্না হৈনরক্লে।

"ফবেনে অদু হয়েং নোংমাইজিংনিদনা ঐখোযদা লাক্তবা যাদেকো লাক্কদ্রা হা লাক্কদ্রাও?"

"হোয়..." হৈনীংদনা পাওখুমপীখি.." লাক তাবেদনা

"শোযবা য়াদেকো শোযববদি ঐ শাওনি"

ঐ থোইদোক্লা নুপী অঙাংদা ঙাওশিন্নবকপা মীশক অমা ওইরক্তে। ঐগী হৌখিবা পুন্সিগী তাঙ্কক খবদা হকখিবা থাংফম অদুক হাক্লা মশীংযামদে, শীংথাবা যাবা থৌদোক অমতা লৈখিদে। চম্না হৌরকই- হিংনবদা হোৎনরকই থোইদোক্লা ঙাওশিন ফৈজিন্নবগী মতম ফংলক্তে। মতম চানা নুপী থিখি। মা ঐগী মবক্তা থোইদোকপা তু-চুংবা যাবা থৌদোক অমতসু লৈখিদে মসিদংদি হাযবা যাবা ৱাবীসু লৈখিদে

অসুম্না মথোং খঙদনা মাগা ঐগা লোযনবা হৌবকখি। মবক মরক্তা ঐগী ইনাক্তা হেক হেকলাকই। অবাকপা খুদিং ঐনদি মবু যাম্না চম্না মরুপ মপাং অমগুম তৌখি। মাগী মওংদগী ঐনা খঙবা হাযববু মানদি ঐবু মরুপ মপাংগুম খনবা ঙমদে। ইমুং মনুং ওইনা খনবগুম তৌই, সিখক্তনি। মদুদগী নাম্থোকচনবা হোৎনবনা ঐগী ইথৌনি। ঙাংথোরকপা ৱাঙাং শাঙাংদা যেংলকপা মীৎযেংদা লোযনবিবা মাগী মথম্মোয় নুংগী ইঙ্গিৎ অদুবুদি ঐনা ইবাই লাযনা খঙবা ঙমখি।

নোংমনি, নুমিত্তু মহাক মথৱায নুংঙাইতনা উই। তৌববুদি ঐগী ৱাহৈননি। নুমিত্তুদা

"করিনো নঙনা খল্লিবসিবু সুশিলা?"

"ঐগীদি হায়খ্রবদুনি"

"মসি ফত্তেদা" ঐনা তৌফম খঙদনা" ঐ মসিগুম্বসি কযা পামদে। নহাক্লা খল্লিবা ৱাখলদু থাদোকউ, চুম্না মরুপ মপাং অমগুম তিন্নসি।"

"ঐ ঙল্লোই"

"ঐ নুপী অঙাং লৈববনি, নহাক কবি অমতা খন্দ্রমাল্লে"

"ঐ খঙই, ঐগী খনগদবা লোয়খ্রে"

"নহাকা ভাব তাদ্রমাল্লে সুশিলা। ঐ নুংশি নুংওলগী মতম হেনখ্রে। নহাক্তি ইনখৎলক্লিবী নৌজবিবী লৈশাবী মচা অমনি। ঐ নঙবু মাঙহনবা পামদে। ঐনা নঙোন্দা হন্না হন্না হাযবি। নঙ ঐঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনখো নঙ ঐগী লম্বী তোঙান তোঙাল্লি। নঙনা অব্বাবা তাববা মতমদা মবুং অমা ওইনা নতেং পাঙবদি ঙমগনি। নঙগা ঐগা যাম্না থীনা খেন্নে। নপুক্লিংদা অদুগুম্বা ব্রাখল খল্লিমখৈদি নহাক মফম অসিদা অমুক হন্না লাক্লগনু।"

মহাক কপথোবক্লে। ঐ মঙলাক্লখি। নহা ওইবিঙৈ শাংলবা পুন্সি নুংশিবা কবিনো খঙদনা হৌখ্রে। পুন্সিগীদমক লাম্ভেংনবদা, মী ওইদবা যাদে হাযবগী ব্রাখলদা কনাবুসু যেংল ুদনা ইথৌদা পুক্লিং চঙলকখি অদুবু নোংযাই চবুক যৌশিল্লক্লবা অহিং মযাই চনশিল্লক্লবা তানফম অসিদা মতাং ইচা চাদনা থম্মোয থোঙ নোল্লবে। মাগী অহিক্লবী মিকপ অদুনা নৃংমুক কনগে হোৎনবম্বা ঐগী থম্মোয মহী চেনগে তৌবক্লে।

"কবিগী শাউকদগে। নুংশিজবম্বা ঐগী ইবালনি। ঐনা তাম্মোবু অসুক্কী মতিক নুংশিজখি, শকউন্নদ্রিঙৈ খোঞ্জেলখক্তং তাবদা। নুংশিবদি হোংতোক হোংজিন যাবা পোৎশক নত্তে হাযনবদাই?"

"ফবে মফম অসি কবম্বা জগানো হাযবা নঙনা হেন্না খঙলিবানি। লাকও থিন্দোক্লগে।"

"থিন্দ্রবসু চৎলনি অমুক হন্না লাক্লবোই, সুকলাক লাক্লবোই ঐগী পাও তাবগা নমীত্তগী নপী তাগে খল্লবদি ঐবু হাৎপা পাপ পু।"

ফুক হৌগৎলগা থোকখি। ঐনা ফিংলপ

"হাই সুশি অমুক্তা ঙাইখো.."

প্রপ প্রপ থোক্লগা যেংলুবু গেটলোমদা ফেৎ ফা ফেৎ ফা ফিংলপ থোকখিবদু উই। মযাম মমাঙদুদা ইকাইদুনা মখা তানা কৌকদ্রে।

৫।১০।৮৫ ইং

# মিরাংদা থুরবা তিল

নোংবা অঙাওবা অমা থেংনকই সেন্ট্রেল জেলগী লুনাটিক সেলদা। নহা অমা লৈবম্মী, মীওই মীতৌ ফৈ: মাযথোঙ অদু তক-তকই। অমুবা পাশিং অদুগী মবক্তা মুনা লংলবা মীৎ-নহা অনি, অদুগুম্লবা মীৎ নহা অনিদুগী মনুংদা লোৎনা থুপ্লা লৈবিবা মাগী অবোনবা ইতিহাস, অদুগুম্বা ইতিহাস অদুগী মহাও কযাগী মতীক খোইথুম্লবমগদবা হাযবদুদি ঐনা খঙবা ঙম্বা শক্তিগী ৱাংমদনি। চিং লেপ্লবা মাযথোঙ অদু ইকায হেক কাযদনা যোৎকী থোঙ অদুগী ৱাংমদা লৈবিবা গার্দ অদুদা হংলকই যাম্না ইংনা

"চাউবদগী চাউববা হে অচৌবা।"

"কৈনো" মহৌশাগুম হৈনীংদনা "কৈনো কৈদৌবে?"

"ঐবু শাবং অসিদা থম্বীবিবা কবিগীনো? হে অথৌবা ঐবু জঙ্গলদা লৈবা শানি খল্লব্রা?"

"হৈ ৱা যাম্না ঙাংগনু নঙগী অপাম্বদুতমক হাযবা যাগনি"

"নবক্কী কোম অসিদগী ঐবু কৈদৌঙৈ থাদোক্কদৌবিবনো?"

ইস ৱাহং অসিদি! পুক্নিংদা ঙকচান্নবা পোল্লকই ঙকচান্নবা অদুগী চৈখল মবক্তা ৱাহং চাম্মা চাম্মা চোংথোবকই। মাবু অঙাউব্রনে!

গার্দ অদুদি হান্নগী হান্ন হমু হামুনি খুল্লকই

"হযেং, হযেং থাদোক্কনি।"

"হযেং!"

"উম হযেং।"

"নহানসু হযেং হায ঙবাংসু হযেং হায, ঙসিসু হযেং হায, হযেংসু হযেং হাযবক্কনি।"

মুকম মকম শোল্লদুনা তুমিন চঙখি সেল মনুংদা মাগী মাযথোঙদা শাংনা

তাখ্রিবামমি অদু ওম্থোক্লা ময়েক শেংখিরম্মী। নুংওলগল্লবা ঐগী পুক্লিং অসিদা চৈনা অমা ফাওখিব্র ঐনা খঙবা হায়ববু লেপ্লিবা খোঙফম অসিদগী মচি্ ফাওবা লেঙবা ঙল্লমদ্রে হায়বসিখক্তনি। চংশিন্দুনা হংলুই গার্দ অদুদা

"করি কেশকিনো?"

"ব্রেগুগী"

"পোকপদগীরা?"

"করিগী ওইরবনো?"

"চুম্না সুম, অঙাং অসি যাম্না নৌবি।"

"উম! চহী কুনমুক্তা মঙাইবি।"

"কবম তৌখ্রিবনো?"

"মাগী কেশ হিস্তবী ঐঙোন্দগী ফংলোই বাবু।"

"করিগীনো?"

"সিক্রেসিনি।"

"সিক্রেসি" ঐনা ঙল্লপ "মহাক ফাদোক অমনি। ফাদোক খুদিংমক্কী কেশ হিস্তরি লৈগনি। পূম্নমক অদোম্না খঙবীফমদি থোক্তো। মহাক্কী কবম্বা হায়দোকপা য়াদবা কেশ হিস্তবি লৈবগে?"

"ঐনা হান্না হাযজখ্রে বাবু ঐঙোন্দগী কবিগুম্বা অমতা ফংবা ঙমলোই।"

"ফবে, মাগা অমুক্তং উন্নবদি যাইদনা?"

"কবিগী য়ারোইদগে উন্নবীযু।"

ঐবু হেক উবদা মহাক মশাদু থক থক নিক্লকপগুম তৌই। কবিদগী হোংখ্রিবা মহাক্কী ফিভম্মো ঐ খঙদে। খারিবা থোঙগী য়োৎচৈদুদা চেৎনা পায়রদুনা খুরু খুদক কুন্থখি। শিন্তরকপা পিরাংলক্তা হিক্লা হিক্ল হায়বকই।

"ঐহাক যাওদে, শুকয়াও যাওদে। থৌরাং অদুদা ঐ য়াওদবা অশেংবনি। ঐবু ফুবীগনু ঐবু ফুবীগনু"

ঐনা মাগী মকোক্তুদা নুংশিনা নাম্থবীবদুনা

"কবিগী ফুরুদগে! সে কিগনু ঐ নঙবু ফুবা লাকপা নত্তে। য়েংঙোই নহাক্কী নমিংদি করি কৌই?"

"মিং" ঐবু তঙক তঙক য়েংদুনা" ঐগী মিং"

"উম নহাক্কী মিং, হায়ু কবি কৌই?"

"ঐনা হংলিবদু থওইনা খুমদনা ফুরিৎ তাখত্তুনা মনঙ্গন্দা তারিবা চৈফমদু উৎলকই ইস! কবিনো সিদি?

"ঐবু ফুবনি মখোয়না "লাউরকই" ঐবু ফুবনি মখোয়না চৈফম অমগী মথক্তা চৈফম অমা, চৈফম অমগী মথক্তা চৈফম অমা। মান্নি নহাকসু মী নত্তে শানি। শানি শা। ঐবু হিংনা হিংনা উনশা খোক্লবা মখোয়না থারকপনি নত্র? হা হা হা ওইরোইদৌবদা স্নাগী কৈরাক থাগে হোৎনগনু অথৌবা। লনগৈ অদুগী মপুনি ঐনি হি হি হি খঙউ অপঙবা লনগৈদুগী মপুদি ঐনি লনগৈদুগী মপুদি ঐনি।"

মখা তাখিদ্রে। তুকথরবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা ঙাংন-ঙাংনা চঙখি মাগী য়াহিপফম কাখুদুদা। মতম কয়াম হৌখ্রবা ঐ নিংশিংবা থোকখিদ্রে। ঐনা গ্যন তারকপদা গার্দ অদুনা ঐগী লেংবন্দা পায়রদুনা হায়রকই

"বাবু মসিনি অঙাওবশিংগী ইতিহাস। করি খ্রাৎপীরিবগে?"

"অঙওবশিংগী ইতিহাস! নহাক খঙব্রা করিগীনো মহাক্লা লনগৈদুগী মপুনি হাযরিবা? করম্বা লনগৈনো মহাক্কী?"

"ঐ খঙই, লোয়নমক খঙই বাবু। অদোমদি করি কান্নে ব্বারী অসি খঙলগা?"

"অমাঙ অতোং ঐগীনি। হায়ু মহাক্লা লনগৈদুগী মপু কমদৌনা ওইগদৌবিবা?"

"মবম লৈ"

"ফবে, মহাকপু তশেংনা ঙাওবব্রা?"

"ঙাওরমদে, হৌজিক্তি ঙাওবেদনা।"

"করিনো হায়বিদুবু?"

"ও!" ঐনা খঙমদনা" অদুদি মহাক"

"মান্নি" মবক থৎনা খুন্নকই" মান্নি মহাক লনগৈদুগী অশেংবা মপুনি।"

মহাক্কী মিমং দিনেশচন্দ্র কৌই। মতোমতা পোকই মমান মহাক্কী মমাদু অচৌবা ইমুংগী নিংঙোল অমা ওইবন্মী। মপাদুসু অচম্বা মী অমদি ওইরমদে। সরকাবগী অচৌবা ফম পায়বা মীশক অমা ওইরম্মী। মপাদুনা মহাক্কী মমাবু অনিশুবী নুপী ওইনা লৌখিবনি। মমাগী মপান নাইদ্রবা লল লৈরম্মী, মপুবোক্লা থম্বীরম্বা। মমা পোকপা মপুবোক্তু মানা মতম ফরিঙৈ চৈরাপকী মেম্বর ওইরম্মী হায়, য়ামদ্রবদা লৌ পবি য়াঙ্খেদিমরন্নাই লৌচা ওইরম্মী মদুগী মথক্তা স্ন-মনি-মুক্তা মপাল নাইবা লল নত্তে। মপুবোক অদুসু মমাদুদগী হেন্না

পোকখিদে হায়। মরল পুম্নমক মচানুপীদা শিন্নরন্নগা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি। মমা অহনগী মচানিপা ঙাক্তা মরীনি, ঙম্নমক শারেপ ফারম্লে মতাংদুদা মরায়বক থীরকপনা হায়গদ্রা মহাক্লা চহী ১০ খক্তা ঙাইরিঙৈ মহাক্কী নুংশিজরবী মমাদো লৈজবা লল থুম পুম্নমক মপুরোইবদা মচাগীদমক শিন্নরন্নগা তায়বঙপাল থাদোকখি। নুপী অমা ওইবগী স্বাভাব, ঈং-তম্পা পুকচেল ফজবা, মোংহাদবা মীচঙ-মীখায় নাইদবা, ইচা মীচা খাইদবগী ফজখ্রবা পুকচেল অমা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা নুমিৎকুম মশেক নাইনা লৈরম্মী।

অসুম্না লেল্লকপনা চহী ১০ মুক হৌজিনখিবা খঙহৌদে। মহাক্কী নুংশিজরবা মপাদো ট্রান্সফরগীদমক চৎপদা চাসাদ লম্বীদা এক্সিদেন্ট ওইদুনা শিখি। হৌজিক্তি মহাক্কী পোকমিন্নদবা মচিন মনাও পোক্তবী মমা নত্তনা সংসাবদা কনাসু লৈত্রে। মতম খরদি মাবু লুনচান্না তৌবীরম্মী। মহাক্কী মিহৌবা কল্লকপা করি অমত্তা লৈরমদে। মহাক্লা পাম্মী মিনুংশি, নেল্লুকপা ময়াম্বশিংবু লুনা কিনা মমাহনবু মমামক্কুম নুংশিনা লোযনজরম্মী। অঙাং ওইবগী ব্রাখল চেল্লিবা মানবুদি করি খঙলুগনি। ঙাংলমদবা খোন তারমদবা মীচৈ তাবক্লে-উরক্লে। লাইরিক তম্বা চৎপগী মহুৎ ময়াম্বশিংগী পাখোল চৎপা ফি শুবা। তানফম থোকপা মহাক্কী দাবী উৎতা ঘি হৈখি। মযাম্বশিংনা কোয়বা উবগা কোয়নীংই, চাবে চানীংই, লাইরিক পাবে পানীংই ময়ামদগী লেমথরকপা ফিজেৎ ফিগায়না মাগী শরুক তম্লক্লবা, ময়াম্বনা চাবম্বগী অরেম্বনা মাগী চারা নোংখন্নরক্লবা মতমদুদদি দিনেসচন্দ্র ব্রাখল লীশাং থারেক্লে। করি লৈতবা মরমগীদমক ময়াম্বশিংনা চৈফম নাইনা ফুবীবা মচাশিংগী মীৎলৈদা চৎলিবা মমাহন্নসু মাবু অবানবা মীফত্তা তাহন্দুনা লৈকায় মমাংদা য়োনখিবা করম্বা অঙাং ওইবগী থম্মোয়না খাঙবা ঙমগদগে বাবু।

মানা খঞ্জরম্বা লাক্কনি খঙনা ঙাইবকপা অদুগুম্বা নুমিৎ অদু নোংমদি লাকখি। মহাক উন্নবা লাক্লম্বা মরুপ মপাংশিং হনখিবতা মঙাইবি। মহাক্তি ফমহৌরি অদুম্মক মাগী কাখু মচাদুদা

“কদাই” মমাহন্না” “কদাই নখোয়না তানখিবা ব্রারেপ?”

“করি” ঙক্লুপ্লা” করি ব্রারেপ্লো ইমানা হায়বীরিবসিবু”

“ঙকশিন্নদুনা কান্নরোই। নহাক্লা খল্লিবা চৎলিবা লীচৎ শাজৎ লোয়না খঙলবনি। নঙগুম্বনসু মী খোমদুনা সমপতি মুন্নবা হোৎনবা শাই। কদাই নহাক্লা পায়রিবা ইঙ্খোলদুগী পাটা ঐঙোন্দা শিনৌ।”

"কনাগী করম্বা পানো ইমানা হায়বীরিসিবু।"

"নপানা পীরম্বা পাটা ভাব তারব্রা।"

"মসিদি ঐগী ইমানা থম্বীরম্বা সম্পতিনি অদুবু ইতোমতগী শেল পুম্নমক বেঙ্কতগী লৌথোক্তুনা তায়াইমগী ঠিকাদা থাদদুনা মতেং পাংলি। ঐনা করিগীদমক মী খোমদুনা সম্পতি মুন্নবা হোৎনরুগদগে। চুম্নদগী সংস্থান অমা লীংখৎসি হায়নবদগী ঐবু উন্নবা লাকচরম্বনি।"

"নঙনা মদু হায়রগা ঐনা হেকতা য়াগদবা নত্তে। নঙ ঙাওরবনে খঙলেদনা ঙাওরবা। ঐনদবু কনা নত্তে ঙাওরবসু হুন্দোক্লবা য়াবা নত্তে হায়দুনা অসুম্মক য়োক্তুনা থম্লিবনি। কদাই ব্রা য়াম্মাদ্রিঙৈদা পাটা পুথোরকউ।"

"মদুমদি ঐ ঙল্লোই ইমা মসিদি ইধৌনা থম্বীরম্বা অমতা ঙাইরবা লননি।"

"য়াদ্রেদনা নঙ ফৈ ঙসিগী নুমিত্তা নহাক করি ওইবগে য়েংগে।"

মীনুংশি খঙদ্রবী মীওইবগী ব্রখল চেন্দবী মমাহন্না মচাশিংদা ইনশিন্দুনা ফুহনখি তমথীনা য়াম্মা তমথীনা মশাদা অঙাওবগী লায়না লৈরে ঙাওবা হৌবক্তুনা ময়াম্ববু থাঙ পাযদুনা য়ানগে তান্নরম্মী হায়বগী মরাল শীখি। কবি লৈবা খন্দা লৈকায় পূম্নমক য়াবা তাখি। কনাসু লেপ্লখিদে মাগী মীচংদা মমৈথংদা মাবু অঙাওবনি হায়দুনা মফমসিদা পুরকখি। অঙাওবা ওইখি। ঙাওদবশিংগী মরক্তা নৌরিবা চহী ২০ মপুং ফাদ্রিবা দিনেশচন্দ্র লুনাটিক সেলদা লায়েংবা তাখি। মহাক্না মফমসিদা অহানবা চঙলকপা নুমিতো ঐ কাউদ্রি।

"তাম্মো"

"হাউনে" ঐনা নুংশিনা "নঙবু ঙাওরে হায়রিবসিবু চুমব্রানে?"

"ঐ ঙাউদে তম্মো, ঐ ঙাওদেকো। ঐবু ঙাওরে হায়দুনা মফমসিদা পুরক্লিবা মখোয়নিনে ঙাওরিবা। সংসারসিদা কনাবুনা অঙাউবা কনাবুনা ঙাওদবা ঐ লোয়না খঙই, মখোয়না ঐবু ঙাওহনবনি কনানা অঙাওবা কনানা ঙাওদবা মনানা অঙাওবা কনানা ঙাওদবা মী শা শা মী শা মী । ঐ লমন খুমগনি। লমন, লমন। কনাদা লমন, করিগী লমন-হা হা হা।"

ঙসিদি দিনেশচন্দ্র অঙাওবা অমা ওইরে। অঙাওবগী লৈখোল শুনা তিল্লে। মাঙগী ব্রা কাউখ্রে নীংশিংবা লৈতনা তূমখ্রে। মীকপ থোক্লরোই বাবু অমুক হন্না মিকপ থোক্লরোই। মিরাংদা থুরবা তীল অদুনা কমদৌনা মিগী

তইৎং মী

খাযাত্তগী নাম্ভোকপা ঙমগনি।

কষা কুইনা ব্রাখলদা লুপলুববনো খঙহৌদ্রে। ঐনা গ্যান তাবকপদা দিনেশচন্দ্র খাবিবা যোৎকী যোৎচৈ অদুদা পাযবদুনা নুংশিববা শুব অমনা হংলকখি।

"বাবু ঐবু কৈদৌঙৈ থাদোকপীগনি?"

ঐ খুমলুদ্রে' কবিবুদি খুন্নুগনি। কবিনো ঐন মঙোন্দা পীগদৌবিবা পাউখুম।




তাং ০৮।০৩।৮৭ ইং

মতম মতমগী থোকখিবা ৱাবিদা যুম্ফম ওইবগা শৈথাবনা ৱারিশিংঅসি মী মীগী করেক্তব ফজনা পুথোকই। নোকনিংবা, কপনিংবা মতাংচানা থম্মী। তাইতোম্বী ইরিবা মংলেম পেচিমযুমগী লায়রিক তরুক রোম মীযামদা খুদোল তমখ্রে। জুগালি (১৯৭৩), নোংজুগী অহিং (১৯৭৫), টিংনবা (১৯৭৯),বাধিকা (১৯৮৩), কোকতাংবা নুপা অমসুং ভুৎ প্রেট (১৯৮৬) অমসুং অমুক লাক্লনুকো ইমা (১৯৮৬) অসিনচিংবনি। তাইতোম্বী হাযবা লায়বিক অসিদা য়াওরিবা ৱাবি মচাশিং অসিসু ঙসিদগী চহি ২০।৩০ রোমগী মমাংদা ইখিবা ৱারিনি। কুইরবা মতমগী ৱারিশিং ওইরবসু হৌজিক্কী মতমগা চান্নবদি ওইবি। ঙাইহাক কপ্পা ঙাইহাক নোকপা অদুম থেংনগনি।